| হিরম | লমাই |
| --- | --- |


---

সত্ত্ব পুমনমক লাইরিক লেংবগীনি।

কোঙজবা—হিজম রাজু সিংহ
ম্যাইকুল হিরুহনবা লৈকাই ইম্ফাল।

চাপা মক্কন—ৱাইদা প্রেস। কৈশামথোং

৫

# লৈরাংবা

মোইরাং নোংবান কোণ্ডয়ানবা অণ্ডোম নিংথৌ মপারি ;
খুরাই লৈমা নাওয়োকহৈ চাবা থকপা লোইখরে।
"ঙসি লৈরাংবসিদি খর ঙম্ম কারগে,
নুরা মচা ইবেম্মা থাদোই মানা লাকপদা,
ঙাইগে লমখাং অমদা পিগে পান্ন থৎতুনা।"
অসি খন্না লাকপনা নুরা হৈদিকোন পাখং—
ক্ষুংগাং নাওরোইথোং য়ৌরে। থোইবী য়েংবা উদরে॥
"ঐগী তালোই মঙানা তবা লাংবা থেংবনি
নুপী কুগে হোরেমদি।" শাওখি তালোই শিংহুবু॥
কাপ্রমাল্লে হায়দুনা কাখৎলক্লে নোংবানস্থ।
লাইমাং লোমদা য়েংবদা থোইবী উদে কোংয়ামবা।
খোংগুন তন্না য়েংঙকই। খুকম খোংদা ময়াইচেং
উরে উফুল অহুদা "খোংগুন তারে কৈনো!
লৈরমদবা অসিদে" খল্লে নোংবান মবুক্তা!
খোংগুনহুদি থাদোইগী মমাতোনগী খোংগুননি।
ঙরাং মাগা খৎনবা নিঙ্ঙোন লাকপা অহুনা
ওক্লমই ফিদা মথৈ। থেংনরুরে নোংবান্না।
"কয়া কুইবে ময়ামসে কনা কনা কারক্লে?"
হংউবদা নিপাদো "কৈদৌগগে কারক্লে—
থোংলেন চাওবা য়ৌরক্লে মোইরাং লোইনা স্থদোরে।
খম্ব-থোইবী অনিগা ফৈরোইজাম্বা মবাইনে
মচেম খম্ব কোবীনে লাই মরিদি লাক্তরি।"
খুম্বিরক্লে নিপাদো নোংবান য়েংনিংদহুনা॥
নোংবান মানা "চিংখুবা পংখরেদা নহাক্-তে,

থোইবী নচা অহুদি মানা সীতা ওইহুনা,
খম্বা মানা রাবোন ওই, খম্নু দোলাই অপাইবা,
ষৈরোইজাম্বা শাথোবা পুরহুনা নতুংদা,
সমুদ্র লাইজ লোক্তাক তুবৎ ষৈনা লান্দুনা,
পুখ্রে খুমন লৈপাক্তা।" হায়রম্লগা শোন বোইনা,
চৎখ্রে ফমখ্রে মফমদা নিঙেঙান লাকপা ষৈহৌই।
নোংবান মহু তাখিদে তারবম্ হুন্মমদে॥
মজাইতেম্মা থোইবীদি মমা ময়াম' হোবদা
"ঐদি সেন্নু ঐখোইনি, তপ্ন-কোম্না লাকচগে
লেংখৎপিরো ইমাখোই" কোম্বহৌই থাদোইনা॥
মজাইবেম্মা ঙৱাংহু লৈরাং লেংবা লাকপদা
"ওকচিন থোংদা ঙাইজগে" হায়রম্মীদি হায়হুনা
খুমন ঙাইগে নিংহুনা খর মমৈ ওইরম্বা,
ঙাংখম লৈকাইরোমদগী লাকএ ওকচিন থোংলোমদা।
থোংখোং অহু য়োবদা "সেন্নু! চিন্দৈ খুদৈসে,
খর লুপউ তুরেন্দা।" হায়রকইদো থোইবীনা।
সেন্নু য়েংথোকখিবদা—লমদম খরা তাম্নপ্লা,
খম্নু খম্বা অনিনে মবাই ষৈমোইজাম্বনে,
লাকইবহু উবদা শাওরে—সেন্নু "ফরেদো,
সেন্নু ঐগুম্বদবু খুমন মাবু ঙাইখিসি,
হায়য়ু হেকতা ষৈদৌই। করি থুপফম থোক্নুনা!
কোইজাননা ঙাংবা শাই মাগী দমক হায়হুনা,
ঙসিফাওবা লৈরবা তৌগে ঙসি খংউদো।"
শাওরে সেন্নু কুমথরে। চিন্দৈ খুদৈ হোংদোক্লে।
হরাও ফনেক নিংথিবা থম্লে খোংন্নুং অহুদা।
নূরা মাগী শম্নাংদো শমজি রাংনা পুনখৎলে।
হংগৎহন্দা লান্দুনা ইরোইহুনা লৈথোক্লে।

কারক্তরে সেমুদো। মবেম্মদি মাতুনা,
থোয়না হেন্না হায়াওরে। থোইবী মদোম লেপখরে॥
থাদোয় মানা লৈবহ্ন ফৈরোইজাম্বা উহনা,
"খুমন য়েংউ আদৈসে, মজাইবেম্মা নংতরা?"
"মানি ইবাই ইবুংঙো" খুমই খুমন মবাইদা।
"খুমন চম্নু চংখংলো। লৈপাক বাথোক ওইরনি।
লেপইবসি উবয়া? হৌখো! কামিন্নরম্মো।
ঐখোই তুংদা কারক্কে" হায়মা খম্ন হেঙ্গংলে।
খুমন মসেন মবাইনা ঙাম্নুরম্ থেংখাং শাবা,
মুংসম্নীগী তুথুপ্তা তোরৈথেক কোচিন 'মদা
লৈথহৌরে ফম্মোরে। খুমম মচেম য়ৌরক্লে।
থাদোই মনাক য়োবদা খম্ন মানা কৌরকই—
"মজাইবেম্মা! ইবেম্মা!" কৌই খম্ন অনিরক।
খুমদে অহ্ন ফাওবদা। "কৌজরিবে মনাই ঐ,
তাবিদ্রবরা কৈনো?" অহুন্নক্লি সুবদা
"খুমন চম্নু করিনো ঐবু ইনা পংবরা
করি থৌগী তাদনি!" খম্ন স্বাই হেক লাওরকই
থোইবী পাওখুম তাবদা। থোইবী মাগী পাওখুন্না
খম্ন লক্কক তৌবদা, থোইবী ইকাই কিরক্লে।
খোন্দু হক্মন্খিবনা, অমুক হন্না হায়রকই—
"থিম্লি হায়না ইপাদি দণ্ডি তাহৌরে হায়দো!"
মমাই হেক ঙাংনা ঙাংই। খম্ন মাদি থাজরে।
"হুদি ইপু ইনাইদি, নাংজৌনমা কারসি।"
খম্নুই বাহ্ন তাবদা "অহুবুনে, পাপচেনবী!
ফংতরবী অমনা অমুক বেয়া তৌবিরি।
নহোয় ময়াম অসিগী হাত্তে হুম্ফম ওইবিরো
নহোই তেকচাক নক্ষম্লি নম্সিনবিরো নহোইনা

পেঙ্করে। ঐসিমক্তা ওস্থোকপগী লাইবক্নি।
সেন্নু কৌই ভাদরে কম্মো হৌজিক তৌদৌবা !!"
খুম্মি থোইবী ব্বাসিন্নৈ চুম্মি খল্লি থম্নুদো,
কোকথি মাগী চিংনবা থাদোই মতৌ উবদা॥
মসেম মবাই অনিনা উরে অথাপ্পদগী
"খুমন, য়েংউ! কন্নিনো? বেরা অমা তৌনরে,
আসি ঙাইরিবঁদদি মতম অসি থেংগ্রনি।
ইসেন ইবাই চৎলসি মহোয় কোম্না লাক্লন্নু।"—
"করে ইবাই ইবুংঙো।" হায়না মসেন মবাইদো
সম্না চৎকে হায়দুনা কুমথথরে তুরেন্দা॥
মতম অদু মক্তদা সেন্নু অদু কারক্লে।
সেন্নু য়েংঙে থোইবীনা—"আদৈ নিপা অনিসে,
সেন্নু কনা কনানো? লাইগী লৈস্নু পুরিনে।
ফৎত হাওদি মরক্তা কৌরু ফারু কনানো।"
থাদোই য়াথং ফংবদা হৌনমাল্লে মাসিমা
মপুই মনাই হায়বসে য়াথংদুনা মকন্‌বা
ফৈরোইজাম্বা খম্ববু থংমবনি সেন্নুদো।
মশক মশা য়েংখিদে সেন্নু তাম্নখিদুনা,,
তুরেন মখা অদুদা কুমথগ্রবা অনিদু
খুদাং-খুদাং পায়দুনা চিংখৎলক্লে মথক্তা
"করম করম্বা নিপা, করি লোইশং কাবনো?
ফুজু র্দবু কাবরা। চুগুম চুবা নেৎকনি,
পুরি ঐদি লাইগী লৈ খংদবরা কন্নিনো?
সল্লম মারক শিংলক্তা।" হায়না চৈরে সেন্নুনা॥
তুরেন পম্বক অদুদা কাখৎলগা সেন্নুদা—
"করি সেন্নু নহাক্না ফুজু র্ হায়দি কন্নিনো?
সেন্দোই ঙাকপি নিংবরা করি হায়ে নহাক্না।"

শাওরে কৈরোইজাখদো—খম্ব, "ইবাই ইবুংভো!
ফুজু লোইশং হায়ববু করিবুনো ইবাইবু?"—
"করি বানো অভাংস্থ নিংখিবরা! করিনো!
খোংতেক খুতেকপশিংনা কাবা লোইশং অহুবু,
পয়া সংগাই সুবনি দুবু ফুজু কৌইদো।"
শাওরে কৈরোইজাখনা, থাদোই মানা উরক্লে।—
"লবাই খুম্ব খোংজোম্বী! য়োং খোগন্দবী সিদি—
শাওম্ব তাদ শেলুংবা—সেনে পাম লৌরোনে।"
হায়না মজা ইবেম্মা, পাম পিরে সেমুদা।
সেম্ব মানা—"শেলুংবা শাওম্ব ঐনা নত্তেকো—
ইন্সিন্দুনা হায়বনি" খুমন তোম্পোক মঙোম্দা
পাম চহুম অমগা পিরে সেম্ব মহাক্না।
"ঐদি ওকএ" হায়দুনা খম্বা পাম লৌদরে।
"কৈনো লৌবিয়ুগবা" হায়রে সেম্ব মহাক্না—
"ঐদি চাজনিংদরে শাওজরুবা নংচদে,
লৈরাং অসি কংত্রিঙৈ—তুগী হায়জরুবনি।"
খুমন মবা তাবদা—লৌদ লৌবা করিনো!
ইবাই ইরাই পায়জনি। মবাই মরা তাবদা,
পাম অহু লৌরগা, পিরে খম্ব, মবাইদা॥
খোংকাপ মঙা তরাদং সেগা মাইগা তৌরিঙৈ,
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা লৈপাক পুবা অঙম্বা,
থাংজিং লাইগী মরমদা লৈপাক মরা তপ্নবা,
হি-য়াই লৌগে হায়হুনা লাংগোই তোংনা থৌরকপা,
য়াংলৌ লম্মখাংহুদা মচা মমৌ নূরাশিং
মজা ইবেম্মা লৈরিবা উরহুনা খল্লকই—
"হায়ঙমদবা মোইরাংনি অঙোম নোংবান তারগা,
ওইররনি বেরাবু চাইখাইদবা য়াদরে।"

লমদম থর থাপ্লপ্লা লাওয়ে চাওবা নোংথোম্বা—
"কেগে মোইরাং লমজাওদা মপু সনা য়াথংবু
থৌওইদবা মোইরাংশা! লৈপাক নিংথৌ পান্দবা,
কাক্চুম লাবা অমোম্বু য়েংওইদি থাইরক্লুনা
থোশাদবা কনানো? সেম্লৌ উচান থাংনগে,
চাওবা ইত্তিক খংউদো।" চৈরে সম্মাংখকতগী॥
কৈরোইজাম্বা খম্বুনে খুমন মচা নিপানে,
কিরদুনা অহুমদো, হাইজিনখয়ে খুমন্সা।
সেম্বু মপু মনাইতা চুমজিং লেপ্নে লৈহৌয়ে॥
থাদোই লৌশিং চাওবীদি হাইনা হুম্মা পাঙ্গবী,
কেগেদবু লমকেংপী মোইরাংদনা লমথোইবী,
শাওরে মজা ইবেম্মা! "—মোইবাং ভস্বা কনানো?
লৈপাক পুবে হাইরগা নিংথৌ মনা মখিন চা,
নুপীগীনা লস্বী 'মা নিপাগীনা লস্বী 'মা,
তোপ্পা তোপ্পা শেমদনা লেপাক পুবা ভমদানা
নথুজিন্দি য়াওদনা নফম দ-ম নাইনিংবা

লৈপাক যাথোক য়াঙ্কনবা, খংগনিদে ভসি'দ।
ইপন নিংথৌ হংগংকে নফম থাগে লৈরম্মু।"
থাদোই মবা তাবদা চামনখিবা অহুদা
চাওবা খুম্ফম লৌখিদে—লাংগোই অহু থেংথরে।
"পাংজদেদা" হায়দুনা নোক্লে কৈরোইজাম্ববু
মজাইবেম্মা থোইবানা। কৈরোইজাম্বা সেলুংবা—
"নপু ননাই অহুম্মা ভাহাক কোম্থ-হৌয়োদ।
ইসেন ইবাই হেঙ্গংকে।" হায়রে, তানরক্লুনা,
"চুমই ঐখোই কোম্থগে হেঙ্গংপিরো" হায়দুনা,
মসেন মবাই হেঙ্গংলে। থাংজিং লাইকোম তমথরে॥
থাংজিং লাইগী নুমাংদা মসেন মবাই চংলক্লে।

লৈপাক তিনবা লোইরম্রে লৈম নিংথৌ সুরম্নে।
অনিহুনা লাকপদো উরে মোইরাং নিংথৌনা।—
"থাংজিং হরাও-শক্-শেম্বা, খেলায় পুংদোই লেপ্প,
পুন্সি-মুংশাং লৈবু থি, থাংজিং হরাওবসিদা,
লাংজেং কাইবা ইহুন তম, পাখং পুংদোম কাববু,
শামান লামাম্নবনা, খাবাং লেংফাং চৎপবু,
শক্ন্-চুম্ন বাংতবা সুম্বসি উখিদবা
কুমজা ফনা ওইথরে। পুক্নিং লিম্বা ঙাঞ্জবা
চেংলৌ শক্না থৌগোইবা, অনিসিবু কনানো?"
মপু মনা পুক্নিংদা মশেন মবাই অহুবু
কনা কনা ওইরিদনো অসুম হায়না থনখরে।
ঙসি কোরৌ অসিদা ফজবদা থেংথরে,
নাম ওইরম্বদগী জোড়া তারকপহুদা,
হাম্ন ফজবদগী শরুক কয়া হেঙ্গংলে।
খোয়ুম লাইনা থাবগুম নিংথিজরে অনিদো।
পণ্ডিত অনি ফম্বদা থাংমৈ অনি থানবদা
হেঙ্গংপঙ্গম ফজবা সংসারগী নিয়োম্বা
শীঙনবগুম থোকপনা য়েংবৈ লৈপাক মীয়ামস্থ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—নোংথোম্ববু কৌরকই—
"ইপু-নোংথোন কনানো? লৈপাক কাবা লোইরগা
লাকই লেম্নবগুম্না।" বাফম অহু তাবদা
মুংশা থিরুই চাওবদো। চাওবা পাওখুম পিত্রিবৈ,
"য়েংতা চৎপা অসিদি, থামেন চৎপা শেৎপনি।
ঐগী মীনি, ওইরিনি—ঐনা মিৎয়েং শোনবনি।
থাংগৈ শেংনা খংদরে। ওইদা চৎপা অসিদি,
ফীজম শেৎলি নোংথোম্বা। পুলৈ কুহু ঙংঙ্রাবা,
কবানোনে হাওগয়া ইমুং লাকোই তাংগ-গুম,

নিংথিজবা পাখংসে, লৈপোন পায়'না লাকইবা।
কেগে কনায় মচানো? মোইরাং কনা পোকপগে৷ ?"
হংবিরক্লে নিংথৌনা খুমন মশেন মবাইবু॥
চাওবা মানা নিংথৌদা—"ঐবু লোইবা লৈমাবা।
ম্লেংত চৎপা ননাইসে লৈরাং গুন্দি য়াওদবা;
মপু সনা চোরোম্না শিঙেন মাবু শেম্বিবা,
মোইরাং চাওবা অপংবা ননাই ঐনা পোকচবা,
কৈরোইজাম্বা মনাইনি॥ ওইদা চৎপা অসিনা
মুৎখরবা কাংখুন্-দৈ লৈরাং মৌনা খুমু হন্,
সনা খুৎনা শেম্বিবা, মপু য়াথং কোক্ত থোং,
ঙরাং চিংদা লৈ হেকপা, ঙসি তমদা লৈরাংউ
তাকপিখিবা ননাইদো খুমন লমজা খম্বনি॥"
হংগৎচুরে থিন্দনা মমাক মচা অনিবু।
চাওবা মরা তাবদা—"মুংঙাইরেদা নোংথোম্বা।
কেগে মোইরাং লৈপাকতা অসিগুম্বা শক্সিবু
উররোইগবরদি নিংউরেদো ঐহাক্না॥"
পুক্লিংদদা নিংবদৈ নিংথৌ চিনবু থোরক্লে।
মনাই অনি উবদা সনা পুক্লিং পেনখরে॥
"মচেম লমজা খম্বুদি—লাকওইদরা করিনো!"
হংবিখরে মপুনা মুংশিতুনা চুমস্থু।
চাওবা—"থাংগৈ শেংবদি খংজদরে মনাই ঐ,
লাকনিনা লাককম্নি" অম্নুম হায়না হংগৎলি।
"ঙসি মুমিৎ অসিদি কমকম-লাককম সিমবসি,
অতৈ সিঙ্গনবিরমু। নং মক্না হেক মশিল্লো।
লমজা সারা অপুম্বা নিংথিজনা কম্মান্।
লুপ্রা মুংজেংপান 'তোম্বী মপুক মুংশিহনগনু।
লোইনা শিল্লু নিংথিনা শোইবা য়াদে ইপুনা॥"

সনা য়াথং অতুম্ব নিংথিজনা শিন্নরে।
"মমা মপা লৈত'-বু অমুক হেন্না নুংঙাইনা
ফমহন্নকো শোইগনি।" অসি ফাওবা হায়দোকপি।
চাওবা নোমজেন চেন্দুনা থাংজিং লাইগী মখুমাং,
লৌ পরি অমা হেন্না মরাক মযুং ওইরবা,
লৈপাক তিনবা অতুবু নোম্জেন চেন্না শিল্লকই॥
সিল্লিথৈঙেলিমক্তদা লাকএ নুরা অহুমদো,
য়েৎতা থাদোই ইবেম্মা, ওইদা খম্ব থংতুনা,
অমি তুংদা সেন্নুনা, মপু থোগন তৌতুনা॥
লাইগী মখুমাং মচিন্দা লান্সিল্লকপা মক্তদা॥,
চিংউ মাবু খুরম্মী নিংথৌ প্রজা খুরম্মি,
থাজ মাইথোং মাল্লবী, থম্বাল লৈরিক ঙমজবী,
শাইনোন লুমাং শম্নাংগা, মহু কাইনা লিশিংগা
তাংজ লৈদা চেপ্তুনা। চংশিল্লক্লে অহুমদো॥
চাওব তন্না কৌশিল্লী—"ইপু নোংথোন লাকথোনে।"
চাওবা চন্সিল্লক্তুনা নপু সনা মাংতুদা,—
"তাকপিসিদো, ইনিংথৌ! মপু সনা য়াথংদো
চরৈ নহোং শাজগে, মালৌ থুপকিজনরি!
মনাই চাওবা ঐহাক্না শম্মু নমদা পোজগে॥"
মপু সনা মাংতুদা চাওবা তন্না চংখরে।
"ইপু নোংথোন ঙসিদি পুক্রিং য়াম্না নুংঙাইরে
ঐগী মোইরাং লৈপাকসে চেংলৌ শক্তা হেল্লবা
পুক্রুং লিম্ন-ঙাল্লবা ফজরবা শক-তবু,
উরে তোমথিন ঙাক্তনা। 'মুনবা তাওজিং হৈগুম্বী,
লৈরাং ওইবী অহুমদং চংলকইবা অসিবু;
ইপু কনা কনানো ল্যাকউগবা ঐঙোন্দা।
নিংথৌ ঐদি খংদরে মিংয়েং উরোন শোইবরা

নিংথিজক্লে অহুমসে কেগে মোইরাং মচারা?
হৈরেম খুঙ্গাম লমদৈরা, খুরাই লাইরেন, কনানো?
য়েংথংলিবী অসিবু ফজবগী মথক্তা,
লিক্ল-কোম্ন চরৈনা, সনা মণি থাম্বগুম
কোরৌ মানা তৌবগুম মঙান চাওবী নূরানি।
মাগী ওইদা চৎলিবী, মাবু নমকক্ ফজবী,
ফিগে-ফীরাং শেৎতবী চিন্তা পোৎলুম পুগুম্বী,
মণি চেনবী সিদগী ইংনা হেন্ন ফজবী;
সরৎ নিন্দুং গুমজবি নূরা'সিনা কনানো?"
হংবিরক্লে নিংথৌনা। "ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
য়েংতা চংপি নূরাসে ননাও'বুংঙো যুবরাজ,
চিংখু নহা তেহ্নৈলবা, সনা লকা তাংবুম-ঈ;
ইবেম্মা, সংব লংমাই-নিংথৌ-চম্মু লংমাই-দি
সংলৌ এংখুরাংবিগী; শিঙেল্ লমওক্ লৈ-নিদো।
কেগেদবু তাংলবী মোইরাংদবু থোইরবী;
নজাইবেম্মা থোইবীনি। নাকন মাইকৈ য়েংদবী
মরু লুক্লা চৎলিবী তাংদন হুমাই পায়বীসে,
ননাই সেন্নু কৌবিনি॥ ওইদা চৎপী অসিনা,
কম্মি লৈজদবীনি হায়বিবনা হেম্নখ্রে।
লাইরবীদি খম্ন্নি খুমন লমজা চম্মুনি॥"
চাওবৈ মরা তাবদা সনা পুক্লিং ব্রারৌরে।
"করি ব্রানো নোংথোম্বা ফজৈ হায়রি ঐহাক্লা।
ফজদরা অসিবো? হায়ু কনায় মচানো?
থংনা থংনা হংখরে। চাওব থংলে পুক্লিংদো,
"মোইরাং লৈকোই মপুরেন! চুমই অজ্ঞা" খুমথরে
অমুক হন্না "ননাইসি ননাই খম্বে মচেম্মি,"
খুমন চম্মু খম্ন্নি।" হন্না হন্না হংগৎলে।

সনা পুক্লিং পেনখরে।—"নিংঙোল চুবা ঙাইথিং-থক
খম্বু! শাইনোন ইতাই-খা, সাইদোন পুন্না কপ্লবী।
খুদাং পিকম্ তৈবনা চায়রুং ময়েং তারবী।
নুজা মাগী ফম্ফম্না মরুনিকো নোংথোম্বা!
চংলো ফমফম্ পিরুরো"। তাকপিবগা নিংথৌনা,
চাওবা লৈথোরকপগা. নিংথৌ তালোই অতোম্বী,
চিংখু-তালোই অতোম্বী অনি চেম্থোরক্লুনা,
মজাইবেম্মা থোইবীবু খুংনা খম্ব পুশিনখ্রে।
সেম্নু মতুং ইনখরে।—মৈদিঙু সনা লৈচোন
কৈথেন্ লেন্দা য়োনবা-হৈ. হৈরাং পুক্লিং তাববু,
খঙ্গংলগা, অতৈনা পামদ-তাওজিং মখৈনা
খংতোক্লুনা থনম্বা—মতৌদুগুম ঙসিবু
থাংজিং লাইগী লাইমাংদা কেগে লৈপাক মাংদুদা,
হৈরাং মপান ফরিবী থাদোই পুসিনখরগা
খংতোক্লুনা থনম্লে লমজা খম্বু লাইরবী!!
উত্রা মাংদা তায়ুংবা লমজাউ এহ্লিং থাবগুম
থাদোক্লম্লে নুজাদো॥ তিঙক তিঙক লেপহৌরে।
খম্বা মচে উবদা মিংতা পিবু তারকই।
মৌপুরাগী মতৌদো লমজা মচেম উরুরে,
পলেম পম্থৌ অনিগী ফমফম হাংইবদুনে,
পলেম পম্থৌ মরুপ্তী অমমকম্বু ব্রাংতবা,
লৈরি' ময়ামদুমদি খম্বু মাবু কৌবিদা।
ময়াম অসি খনবদা ইকাই ইকি হুন্দোক্লে।
খুমন মাগী হায়দুনা কনা লৈজদবগী
মৌপুরাগী ফী-খর, মুরা খুংতা পায়জবা।
কোরৌ থম্মুং নোং-খোংলে, লোইজিং ইরাও খোন-গুম্না,
"ইতু নিংথৌ ইবুংঙো! নোংয়াই হান্না কাখিবা,

খঙঙম্মনি মহাক্তি! পলেম পম্থৌ অনিবু,
খম্ব কদায় ফম্মিবা! ফম্বা ওইবা পম্থৌশা!
পলেন ইমায় মতাশা! ইমায় মফম তাকপিয়ু!
লমজা পোকপী হা ইমা!" হায়না খম্ব কপ্লক্লে!!
মমৌনিমা চাওবম্ব চিংশিল্লুবা য়াদরে।
কুইবনত্তে মতমদো ৱাংলেন মিকুপ 'মতমি।
নোংথোনবিস্থ খংহৌদে, থোংলেনবীস্থ ঈহৌদে।
অহন মতম ওইব-ঙাক, মিৎয়েং উ-য়োম শোইরুরে।
"কনামোনে" হায়দুনা সুম্না-হংন লৈবরে।
লৈপাকপুম্ব কপ্পরে। থোংলেন মাদি য়েংউদে,
মমিৎ উইশিল্লদুনা লৈরুই ৱাখন তৌদুনা।
ময়াম লাংনবদুদা থোংলেন মমিৎ পাংথোকই।
ফম্মিন্নবা অঙম্বা, সুৎ-সুৎ লাওনা কপ্পদো,
উরে। থোংলেন হংলকই—"কৈনো তৌরিবদুবেঃ?"
"য়েংউ মন্ত্রি আদেসে, খোয়স্থ থোকপা য়াবনি!
কনা য়েংহৈরবনো।" সুমাংদুনা চাওবনা
উদে খংদে মশক্তি নিম্নরিবা ৱাফমদু,
তম্মে থোংলেন মপাদা॥ থোংলেন খাংশাং সৎখরে!
লমজা মচাই প্রেমদুনা খাম্বী মৈবু ওইদুনা,
চোংপোকখরে থোংলেনবা—"মমা মানবী কনানা,
মপা মানবা 'মতমা চিংসিনবিবা ময়াইনা।
কুমৈ য়েংই হায়ায়ো! থোকফদরা মখোইদে!
অভেল-অশাং খুন্নিনা!!—মপা মমা নংঐ লৈ,
অতুক মুন্না শিন্নরে, অতুগবু মহাক্না,—
অতৈ কোম্না, থোংলেনবী হান্না লোইগে ঙসিদি।
(সন্নাও লাল্লাঙখোল লাওরে। থাংগী জগোই শারক্লে)
ঐগুম্বগী ইচানা মমা মপা কৌদুনা

কেগে লৈপাক মমাংদা কপই হায়বদি ওসি,
(মপি মতুম মতুম্ব থোংলেন শিন্থরদুনা,
ওন্সিন্দুনা নিংথোদা) লমজা লৈবা য়াদরে,
সায়া তাকদবোইয়ে! মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো!
লৈজরয়োই চৎলগে। মপা মমা লৈতবা
লমজা ইচা পুদুনা—মপা মমা থিরুগে!"
থোংলেন মানা লাওরক্লে। মোইরাং নিংথৌ য়াথরে।
মহারাণী য়েংঙকই ইবেম্মদু হৌগৎলে।
ময়াম ইঙক ঙক্লরে। খম্ব মখুৎ পায়দুনা
চিংশিল্লক্লে থোংলেম্মা থোংলেনবীগী মমাংদা।
থোংলেনবীনা "ইবেম্মা! ইচা ওইরে" হায়রদুনা,
থাংবু তাবু কিখিদে থোংলেন ইম্থোক্লমদুনা
কোন্সিনখরে খম্ববু। নিংথেংননা তুহৌই,
অহোয়ননা তুসিন্নে, থোংলেম থাংদু হুন্দোকই।
থোংলেম ফাক-ফাক নোকথোকই—"নিঙোম্মিদি হায়দুনা,
নশরুক্তি তোবোইয়ে। চাওথোকপা শারে—ফৈ-ফৈ।
তৌজৌ তৌজৌ ঐগীস্ব, ইচা শরুক লৈজেদো!"—
থোংলেন চেক্সিল্লক্তনা খম্বা মাগী মমাংদা—
"য়েঙো য়েঙো নমান্না মচা নিঙোন অসিবু,
ইপা' প্যায়রুই হায়দুনা ইন্থবিদো ইপাবু;
ঐস্থ ইচা পমজবি।" হায়রদুনা থোংলেম্মা,
মোইরাং লৈপাক থাংদুদা লৈম-নিংথৌ ভিনবদা,
খুমন মচা অদুবু—কৌজেং হায়ৌ ফারগা,
চেক্লা মপীশিংদুনা মচা মায়োক্লবগুম,
থোংলেন মানা পম্মুরে। থোংলেন মানা শায়রকপা
পায় অদু খম্বদা চিম্থেংননা ইল্লুরে।
থোংলেন মাগী মতৌদো মীনা লাইনা উথরে।

গুণবু লৈবা নিপানা তৌরি মখে ফজ'নৈ
হৌনবোইদো পেম্মবা—পেম্নে মোইরাং লৈপাক্না॥
নোংথোনবীনা চংতুনা লমজা ওইবী খম্বুদা,
"খুমন চম্মু! ইমানা মিংয়েং উ-য়োন শোনবনা
উরুদরে ইমৌবু! ব্রারুগম্মু ইমাও!
ইমা লৈনে ইবেম্মা!" হায়না খম্মু মহাকপু
থোংলেনবীগী তম্পাক-তৈ চিংখৎলুরে।।
"ইমা চরৈ হোংবিগে।" হায়না নোংথোম্বীতুনা,
চরৈ খাংচেৎ হোংবিরে। হরাও ফীজোন শেৎখরে।
থোইবীনদি শক্তিক ওই, খম্মু মামা থবা ওই,
মোইরাং থাংজিং লাই-সুমাং—স্নক্না মুবা অত্তিয়া,
নোংপোক নোংচুপ অনিদা ইলং-লংনা থোকখরে।—
ইন্নুং থাংমৈ ওইখরে। থাংমৈ মাগী মঙাম্না
কেগে ভাবোক অপুম্বা অমুক তোইনা ঙাল্লরে।—
য়েকউবনা পাকউবা, চিংউবমা শাংবনি,
থাংজিং মাগী সুমাংদা থোকই থবক অসিবু,
মিকুপ 'মগী মম্নুংদা চিংউ মাগী লীলাদা॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা 'ঙম্বা ময়াম কৌশিল্লে।
মোইরাং চাওবা য়েংতুনা—"চাওবা—অজ্ঞা। নোংথোম্বা—
লৈমাবা। লুব্রাংসু-ও—পুরিক্লাই। চেংলৌ লাকপা—
ইনিংথৌবু। ঙসিদি, ঐ ব্রা হায়কো শোইজনি।
ঐগী ইবুক থুংনবা থবক তৌবিগদ'নি।
নংত্রবদি 'ঙম্বশিং নকম লোইনা তাগনি।"
হায়ব্রিরক্লে ময়ামদো। ভাবতি ইতা তাদরে,
লাংনরক্লে নিক্লরে, লাংবন লৃদা চংলবা
তাংজ-লিন,গুম,মোন্নরে। মপু সনা য়াথংনা,
কৌরে দোলাই পাব-শিং। লিচৈ কদায় হান্নবদা

কাংজৈ লীভাক পৈরক্লে। মোইরাং অতৈ অঙম্বা
মিছল-লুতোন্ কাম্নরে। খুজিন্না শিরুহুনা
"কৈনো চাওবা নোংথোম্বা ঙসি তৌরিবসিবো ?"
হংনজবা শাবদা—চাওবনা থোইম্না মম্লে।
হৈরাং পাম্বী অমদা তাঙজিং হৈমাম্নদগুম
মীনি মীমাম্নদবোই, ফমদাগনি ৱারুদে
ফম্থোন কানি হরাওদে শিনি থোইনা কিদবোই।
ৱানরিঙৈ সিমক্তা ফাগি তৌবা য়াওরকই—
খুয়োল্লাকপনা—"ৱাসে, ঐদি মংগন হাক্কৈজে,
খংদ্রে করি থোক্কবা !"—"মংঙোম্দগী হৌহন্সি।"
অমনা অমা হেক হায় স্থূম নৈদুম্বা লৈরকই।
ময়ামতুনা চাওবদা ইন্সিল্লক্লে মমৈদা।
মোইরাং চাওবা লৌশিংবা খংঙকত্রবদুদদি
মপু সনা চোরোন্দা ইতিং তিংবা পুকচেন্না—
"ঐবু লোম্নবা ইনিংথৌ, শাগী শাওং খংদরে;
লান্গী লাল-ওং তাদরে। ইচুম চুম্বা মপুগী
সনা য়াথং অসিবু পংবমা ননাই 'খোইম্না
লৌবা ঙমদ্রে লাইমিংথৌ! খংদ্রববু খংনবা
তাকপিবনা মপুনা থোক্কবরা চোরোন্না॥
হংগৎলক্লে চাওবনা॥ "চুনই ঐনা পংউরে,
চৈস্নু হঞ্জিহল্লন্খ্রো ময়াম লোইনা থাদোকখ্রো।"
তাকপিহুনা নিংথৌনা ঙম্বা ময়াম চংখরে।
চাওবা মদোম ঙাইহৌরে। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"ইপু চাওবা খংদ্রেকো—চাওবা নংদি পংখ্রেদা,
মমাই নাক্তা ফমথিবী—চুম্না ফম্বা হায়'হুনি।—
হুবু কমদৌরিবগে ?"—"ননাই খম্ব, লাইরবী
ফীবোং ফিদা ফমজরি। মতিক চাদে হাম্নরগা,

কীজন ওইবা কীদা কন্মনজগে ইনিংথৌ।’’
চাওবৈ পাওখুম তাবদা—“কম্নি চাওবা নোংথোম্বা!
মংগুম্বগী কীবোংমা কম্নি গুন্দি লৈহুনা?”—
“মপুইবুংঙো তাবিয়ু। কীবোং হায়বা কীদাদি,
চাওই গুন্দি মহাক্না; থাগী ফ্রাংজি হায়বদি,
লায়য়োন্দদি পিকই-হায়।’’ চাওবৈ মমা তাবদা—
“নংগী লাইগী ’তুখংদে। কেগে মোইরাং লৈপাক্তা,
মুম্না ইচা ইবেম্মা, চাওম্নিবাইবু মহাক্নি।
মাগা চপ হেক মামনা কন্মনগা ঐ অসে,
শিগ্রবস্থ পেল্লগে। লাইরৈবাক্তা তন্মুগে
মপা মমা অনিদা।’’ বাম্নম অসি তাবদা,
চাওবা মপি নাম্বরে। পিতু সং হেক তৈথোকই।
নোক্লিম্নৈ হেক নোংথোম্বা—“অতুম অসুম ওইবদা,
হৌনবা কম্নি কাইনি, খনবিগনি মপুনা,
লৈপাক ময়াম অসিনা খনখিগবা কম্নি’মা।’’
হংগৎচরে মপুদা।—“কম্নি বানো নোংথোম্বা!
লৈপাক হায়বু কদায়নো? কম্নি মতিক চাদনি,
মতিক চানা থোম্নকপা কনা কনা য়াওবগে?
মতিক চানবহুদি শেম্নগদা চাবনি।
পুরেম্বগী মচানি গুাখ-রৈম’-পোকপনি,
মহু নিংথৌ খম্বনি, চাওব নংগী নমৌনি।
কৈরোইজাম্বা সেল্লুংবা ইনাইহুগী তালোইনি।
খুমন নিংথৌ ধারানি। কাওরবরা নোংথোম্বা?
থয়ু হায়রি অসিবো, নিংথৌ ঐগী ইচানি।
খুমন য়ুমদা মহাকপু লোইদাম থাবুম অহমদা
গুাঙ্গরৈমা মমানা পুখিবদো অতুঙৈ।’’
মপু য়াথং তাবদা চাওবা খোম্নবু নৌখরে।

"য়াম্না ফরে ইনিংথৌ—ননাই চাওবা খংজরে।"
য়াজখরে চাওবম্ব। "অহুমকপু নোংথোম্বা—
ৱাগী শরুক তুদদি ইনাওতোনগী থুংখিসি।
অমুক্তদি হায়জরু তুনা থোক্কদমাল্লে।"
মপু য়াথং কোক্তথোং—মোইরাং চাওবা চংলক্লে।
চিংখুবদা হায়রুরে মপু সনা য়াথংদো॥
চিংখুবনা য়ানিংদ্রে। সনা য়াথং ওইবনে,
মোইরাং ঙম্বা অঙম্বা অচৌবগা ওইবগা,
ৱাহৈ অহু চাওরপ্না চাওবা মাম্ব ঙাংনরুই।
"তুদি ফরে" হায়তুনা চিংখুবগা চাওবগা—
মপু সনা চোরোন্দা চংনরক্লে অনিমক।
চিংখু নহা তেইহেলবা ময়াম্বুংগী চোরোন্দা,
মখুৎ অশি লোন্নরে।—"ননাই নচা থোইবীদি,
কেগে মোইরাং লৈপাকতা লৈরাং তোমসাংনবিনি।
মোইরাং মীচম অমগা মামনা ফীদা থানি,
সনা য়াথংনি হায়না তাকপিররি ইপুনা।"
হংগৎপদা—নিংথৌনা মনাও ৱাফম শমতুনা—
"চুম্মি শানৌতোন, ঐনা ফম্মল্লু হায়খিবনি।"
হায়না তাকপিরক্লেদো। চিংখুবনা য়ানিংদ্রে।
তৌনু হায়না নিংথৌনা হন্না হন্না খাম্বদা—
"ননাই ঐদি য়াওরবোই মোইরাং থাংজিং হরাওবা,
লাইগী লৈমন পুতুনা হরাওরগে তোংঙাম্না—
মপুই পুক্লিং থুংবিরো মোইরাং নিংঙোম মরক্তা,
তিহ্লল্লরোই ইচাম্ব। লৈরসুদি হায়রগা
লৈজররোই মোইরাংদা।" হংগৎখরে চিংখুবা।
মনাও মবা তাবদা মোইরাং নিংথৌ মুংঙাইদ্রে।—
পাক-চাওবদি লাইজনা সমুদ্র ইথক হৌবা,

হৌবদম্সু য়াংদবা তপথবস্সু মথিনবা—
থমোই লাইজ ইরেম্মুং শাওবা মালং য়ৈস্থুনা
লাইজ ইথক হৌখরে সনা পৃক্লিং শাওখরে।
লাইজ মখোন থোক্লক্লে ইরাঙ খোন্দু তাবদা
মোইরাং কংলা নিক্লক্লে—"থক্সি-খাসি নাইদবা!
ঐদি য়াম্না কিজরে—চিংখু' মযুম নাক্তগী
খুংলাই মথৈ লৌখংলো। খংনিং অমা চিংথসু।"
সনা য়াথং হায়দোক্লে। মন্নুং ওইবা য়াথংদি
"লাংদ মরাংসিন্নৌকো, লৌদি লৌখংলুগনু।"
সুম্না অযুক মেস্লিল্লি। মোইরাং মুংশা থিনরে।
"লেংইহদবা সনা চিং, লেংঙে কয়ো" হায়নরে।
চিংখু' লিংজেন খাবদো শাওব লুভোন কাবনা,
খৈম নিংথৌ কিরক্লে। লৈপাক ঙম্বা ময়াম্না,
অনিথুগী মরক্তা মুংলক হাবু ওনখরে।
মমৈথুদা নিংথৌনা—"ইনাও তোনবু চংঙকউ,
চাওবা নপু ননাই লাও! তাও ইয়াম্বা বা হায়গে।—
অথুভৈদা য়াম্বনা তোবুং শা-দাম' চংপদা,
পাম্ব-মঙা থোরক্লে, কৈরেন মঙা অথুনা
দোলাই কোঞ্জিন পায়খরে। কেগে লৈপাক কনানা
পাংগল লৈরক্তবদা য়াইবী মাংবা তারবা,
পুরেনবনা য়াম্বগী থবাই কনখিবনিদো।
পাম্বা মঙা অথুবু নপু পুরেম্বথুনা,
কৈরেন মরি হাংলগা অমা চংনা ফাবনি॥
পেনখ্রথুনা বাশকই। 'ইচা মুপী পোক্লগা
পিগে' হায়না নপুদা। ইচা নিংঙোল পোক্তরে।
মযুম পান্দে নপুসু। মতম কুইনা লৈরক্লে।
মোংব নিনি নপুদো কোম্নুং কারকখিদরে।

চাওবা নপু সিদম্সি,—ঐনা হংউবদদি,
"পুরেম্বদি নাখরে। মনাই মশন্ মখুৎতি,
মপুনদি চাদবা। মখুৎনদি থোংহুম্বা,
চারে য়াম্না ৰাখরে। মমাংঙৈদা মপুনা
নমোম লৈরাং শাৎলগা পিনবিনি ৰাশকপা,
মতম ওইরে ইনিংথৌ।" হায়রে নপু অসিনা॥
ঐগী য়াথং ঙাইহুনা নপুনদি লৈরবা—
মতম অহুক কুইবদা য়ুম্লেপ চার-তমখিদা।
পেল্লহুনা য়াম্বনা পিনিংবনা খুহুম চন,
ঐগী তালোই খাইরগে নিংউৰেদো য়াম্বনা॥
তালোই খুদিং হংবদা, পুরেন' ময়ুম নাক্তদা,
কুম্মু হায়বা মতমদা কনা'মতা য়াখিদ্রে।
ৰামনবনা ৰাম্বনা পাংগন লৈরকত্রহুনা,
ঐমা লুনা নিংজবা ঐগী তালোই অতোম্বী,
নুজা মমৈ থংবীদি ঙাম্খৈরমা নতৈনা,
মতম অদো ইবুংঙো, হৈরাং মহৈ য়ানখরে
তাওজিং মরু পনখরে থাবুম অহুম সুখরে।
থমোই লকা নুংহুদা অক্না মিতম লাকখরে॥
হায়নিংবদি য়াম্বনা মুজা মাবু থানিংলা,
ঐগী অৰাবা অহুবু য়েংবা ঙমদরহুনা—
"কেগে লৈপাক মপুও! মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো!
মপু সনা পুক্লিংনা মুংঙাইগদা লৈরবা,
অৰাবহু কোক্নবা ননাই ঐহাক চৎচগে।
মাংদ-তাদ ওইরবা মকঙরবা পুকচেম্না,
নুপী ওইবা ঐহাক্তী মবুংঙোগী বোরদো,
পিনবিয়ু লাইনিংথৌ! 'নুজা ওইবী মহাক্না,
মপুরোইবৈ অৰাবা কোকপা ঙম্বা মখৈদং—

কোন্নবা হোৎনখি।' হায়বা মিংচৎতুদদি,
মুজা ঐনা ফংজগে।" হায়না চোংথোক্লহুনা
নয়াম্বগী অন্নাবা কোকখিনহায় শানৌতোন!!
ইন্নাম্বনা মহাকপু তালোইশিংদা চনখিন্রে।
ইপুরুগী তাবনি ইচানিদি হায়দুনা—
মুজা মাবু নিংখিদো, কোকখি ঐগী অন্নাবা॥
চাম খুজিং ওইহুনা অওং অউন তন্মিদো।
ইচা মক্লি হায়দুনা পিনখিদো মহাকপু।
থাবুম তরা সুবদা পোকই খম্ব কৌবিসি।
হায়নবগী তুংবু ইন, খম্ব মামা পোকপগা,
কংলাদবু পুখংলি। মুরা মমিং য়াম্বনা,
লৈপাক মাইবা খুরাই তাং, নিংথৌ পাঞ্জি, পুরেনবা,
মমিং থোল্লি হোংতুনা, ইন্নাম্বগী ইচানি॥
খুমন মাগী মরমদা লৈরাং শাৎখি হায়বগী,
খুমন চমু হায়বনি। ইয়াম্বনা পোকপনি॥
সিম্মু তোকও শানৌতোন। খুমন হায়বা অসিদা,
খম্বা খম্ব হায়বসে—খুমন লৈপাক অদুগী
খুমন নিংথৌ ইতাওনা,—'খুমন সনা ঈনি'--দো
খংই লৈরি, সিমস্থ—হয়েং খুমন মখোইনা
'নংগী মোইরাং লৈপাকতা খুমন ঐবু কন্নিগী,
লমজা ওইনা খন্দুনা কন্নি ফমফম পিদবা;
নিংথৌ নিংথৌ মশেন্নি কন্নি হন্থহনবগে?
নরৈপাক্লি হায়দুনা মোইরাং ননিং তৌবোইরে।'
হান্নরগা সিমস্থ খুমফম লৈতে ইবুংঙো!
ঐনা-সিমা খম্ববু—ইজাইবেম্মা থাদোইগা
মান্নহনগে হায়বনি। নংনা ঐনা পানবনি,
কেগে মোইরাং হায়বসি। ইচাই গুন্না কন্নিদা

ময়েং তাবা লৈগনি, নংগী ঐগী হাক্তক্কা॥"
মপু মোইরাং নিংথৌগী নিংথিজবা ৱাফমদা—
মনাও'বুংঙো চিংখুবা থমোই চাক্কুম থোংখরে॥
মখুৎ জুর তৌদুনা—"ননাই ঐদি পংখবে,
পাপ চেল্লৌদা ঐহাক্তি! য়াম্বুং লৈরি হৌজিক্তি,
কৈস্নু ৱাংতে ননাই ঐ, হয়েং তুংদা ঐহাকপু,
করমদোহৌগদনো," কপ্লে চিংখু নহাদো॥
"ইপু চাওবা ফম্নসি ইচা লমজা মাবুদি
খরা লুনা তৌসিকো। নস্থ থাদোক মাবুদি,
ফম্লিংলগা ফমসম্নু ফম্লিংদরে তোক্লন্নু।"
হায়দোকখরে চিংখুবা পেল্লে মবুক অতুদা।
খম্বু ওইবী লাইরবী ময়াম্বনা পোকপনি
তশেং তশেং খংজরে হরাওডরে চিংখুবা।
ইমোম অনি সুজরে অদু ফাওবা খনখরে॥
থোইবী খম্বু অনিদো কেগে মোইরাং লৈপাক মাং
ৱাংপা হেনবা লৈনদা। ফম্ফম লাংদা ফমখরে।
শিল্লে চাওবা মহাক্না। হরাওজরে খম্বদো।
থাদোই খম্বা অনিনা হরাওবাদি মাল্লরে।
পুক্লিংমকা লাম্বনা হাইফেৎ য়েংনরকপদি,
মোমোন মোমোন নোক্লখি। নোংবান মাতু উবদা,
থমোই মৈবু হৌখরে। "য়েংহৈদরে" হায়তুনা
মাই খুমদুনা খাংখরে লৈব ভমদে হৌগংলি।
খম্বু লুনা তৌবিবা থৌদো অদু উবদা
অতৈ মোইরাং লৈপাক্না পেন্নখরে হুংঙাইরে।
ফম্ফম সিন্নবা লোইবদা হৈরাং লৈরাং—লাম্নখ্রে॥

## ৬

পোৎলানবু লোইবদা হায়মল্লে লৈপাক্লা,
পানা লৈরোই মকোক্লা "চংও লাইগী লৈ কৎলো!"
মতম অদু য়ৌবদা—মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা
হংগৎলক্লে নিংথৌদা—"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
লাইগী লৈ কৎপ য়ারে। লৈরোই করম্ববুনা
চংহনগবা লৈ কৎপা?" নিংথৌ সনা মাথংনা
"পানা মকোক খম্ববু, খুম্বক হান্না চংহল্লু।"
হায়রবদা চাওবনা—"পানাগীদি মচুম্জৈ,
নিংথৌ পানা পাম্বোম্না—খুম্বা ওইরবনিনা,
নোংবান হান্না কৎহনগে। তুনা প্রজা পেনগনি।"
হংগৎতুনা, নোংবান্না হান্না লৈরাং কৎচরো,
তাকপিরক্লে নোংথোম্বা। মোইরাং নোংবান কোংয়ানবা,
অঙৌ পাম্বা মপারি—লৈরাং কৎপা চংলক্লে॥
শাওনা শাওনা চংলকই, মীহৌবনা থোইবীবু:—
তুমদাং থাবম য়াইবদা মনম্ চেকখাই নোংবান্দো॥
থাংজিং লাইশং য়ৌবদা—"মোইরাং মাইবী লৈতরা,
লৈওক্কনি খংদ্রা হাই!" চৈরকপদা তাহৌদ্রে।
লৈপোন অদু পায়তুনা নোংবাম লাই-লুং য়ৌরক্লে।
মাইবী নহা অমনা লাইগী সেবা পুরম্মি,
অতৈ মাইবী মখৈদি পোথাতুনা লৈরম্মি।
মবা ওনবা নোংবান্না—"ননা তাদ্রা?" হায়বদা
মাইবী নহা অদুনা, "ছীঃ!—ঐ লৈএ কনানো?"
হায়না চোংথোকচরকই। "লাইগী মথৌ পুরগা
তুম-তুমতুনা লৈরিবা! লৈরং অসি ফক্তুনা,
নম্লাংলেনদু থুদেক্কে।" চৈরকপদা নোংবান্না,
কিরতুনা নোংবানব, "অরাইবদি ওইরম্মোই,

হায়রি' খোন্দা অসিনা।" হায়না পাখৎলদুনা,
চেন্সিল্লক্লে মাইবীদো মমা গুরু মনাক্তা।
অতৈ মাইবী শিংদুম্মু তারক্লেদো হান্নবা।
মাগী খোনদা অহুদা মাইবী শিংনা তুক্কজে।
"অঙোম মচা অসিদি খোন্দা থিদা" ভাংনরে॥
নোংবান মাগী মৱাদু তম্মুবদা অতৈদো,
খোরক্তুনা লৈরাংদু ওক্লে নোংবান খুৎতগী।
মাইবী অহন অমনা—খংনা খংনা হংলকই—
"হা ইবুংঙো কনানো?"—ঐশিদনা হাই খংদ্রা?"
নোংবান চাওনা খুম্মকই—"ইঃ! খংউদ্রে, ইবুংঙো!
অঙোম নিংথৌ-মপারি, কুরাই-লৈমা-মঙ্গৌবী,
য়েৌইবু থোংনাং খোইগুম্বা, থোংনাং-অশি-খোইগুম্বা,
মংগন, খোয়দা-লিক্কুম্বা, খোয়দা-পুহাল-লিক্কুম্বা।
ঙমদদুনা ভাহাক্তং পোথারুরে ইমাদি,"
স্থন্না খুম্মি মাইবীনা অহন ওইবী অমনা।
নোংবান মানা পুরকপা লৈরাং অদু মাইবীনা,
তাইরেল-লাইজ খিক্লেন-চাই, লৈরাং অদু কৎলক্লে—
"থাংজিং-কোয়রেন-নিংথৌবা—পাল্লোই-তাম্বা লাইনিংথৌ,
লোক্তাক খুরুম তোংব-দি, পাঙন-তম্পাক কোয়বও
চিংউ-ইন্দ্র সোরারেল অৱাং-ফাংগং য়ুৱেম্বা!
নকুম কুক্ষৌরক্লেদো, নথা থাহৌরক্লেদো!
থম্না-লাইর-পান, চমু চঙৌ পানবগী, তোংলেং-
লৈশংপানগী কুম-তরক ইরীবা, বাও তরক্না,
ইথাইবগী নহাক্কী হরাও শক্-সেম কাবগী
ঙসি কোরৌ অসিদা, চিংউ! লৈরাং কৎচরি।
খোয়ুম লনবু কুবিয়ু বোর-লংজা খাইবিয়ু।"
হায়রম্লগা মাইবী—"ঙসি নোংবান অসিনা

কদোমদনো লৈরিবা হৱাওগদ'-মাইকৈসি!"
কোয়না খন্না থিরক্লে। খংলে মমৈ অতুদা,
থোয়ুম মাবু তোংসিন্নে। ফাওরক্লেদো মাইবীনা—
"হৈগী লৈগী মমন্দি, চোংলেল্ লিলেন খাদগী,
তম্ফা মণি য়াইরং-চাং, লোল্লেম নপুং-য়ায়তুদা,
লেপ্ন-তাম-ফংহনগেকো।" সিদা অতুম লাই কারে।
লাইগী লাইপাও তাবদা নোংবান মবুক হৱাওরে—
খল্লি—"ঐগী তম্বোইরে। অতৈ ময়াম তৌজবা,
লাংজবাইদু ওইরে। থোইবী ঐগী লৈপুন্নি,
থোয়ুম মানা ফাওরেদো।" নোংবান মোমোম নোক্নুনা
ইমা মাইবী থনক্লে, ইমা গুরু য়োরক্লে।
মাইবীতুবু নোংবান্ন-"ইমা গুরু, করিনো?
'তম্ফা মণি য়াইরং-চাং, চোংলেন লিলেন খাদগী'
হায়বা সিবু কনানো?"—"পারি নোংবান খংদেদা—
লাইনা ফাওবা হায়তুনি—ৱাগী অর্থ হায়রগা,
চংলি পাল্লিবা নিংথৌতুগী মচা নিঙোনবু,
থানৈ হায়নে অতুন্না।" হায়জিনবিরে ৱাফমদু।
নাৱা অপংবশিংতুগী মমা ওইবী শিংতুনা,
মপারিবু নমদা পো, 'হা থাজ থানিংথৌও
নচা মোরানবী পো'গে, পোবী সমম নপ্নিগে,
হৈবোং মশা অমতা থাদরকউ' হায়তুনা,
মচাই হৈবোং নিবগুম থাজ মমাই য়েংতুনা,
নোংবান মাবু থেম্বিরে মোইরাং মাইবী অতুনা॥
নোংবান অথা কোংয়ান হৱাও-লুতোন কাখরে।
লৈগীপোলাং পুতুনা. লমদম ঙানবা নাওইদোং
থাংজিং লাইশং মুংদগী লৈরাং লৈমন পিক্লরে,
কেগে লৈপাক তিনবদা, মপূ সনা মাংতুদা

নোংবান তন্না থোরক্লে যৌরে সনা মাংত্রুদা।
থাংজিং লৈমন অতুবু সনা খুৎতা থুংবদা—
"তয়ুম নোংবান কোংয়ানবা! সিদি কোলোই করিনো?
নংনা লাংবা লৈরাংদি ফজখরে" হংবিরে।
"ঐবু লোয়বা লৈমাবা,—'লৈরাং লোইবী অণ্ডল-লৈ,
শিঙেন-চিংয়া-পামথরৈ, নারা-সত্রু-তেকচাক-লৈ,
কোংরাং লৈ'-নি, ইনিংথো। নোংবান ইমিং মান্নবা।"
হায়না নোংবান লৈরাংগী কোলোই অত্রু হংগৎলে।
"লৈরাং সিগী মনাদি, নিংথৌ ইচিন ইনাওনা,
হাকুম কুমজা অত্রুদা পিনখরে কোংয়ানবা।
পান্ন-অসি চাজোকো।" পান্ন-তন্না লানবিরে॥
মহারাণী থুংউরে, চিংখুবস্থু য়োখরে।
লৈরাং লৈগী মনাদো পান্ন-চত্রুম লাল্লকই।
থাদোই মজা ইবেম্মা নোংবান "লৈরাং থুংউগে"
চংশিল্লক্লে নোংবান্না। থাদোই মপু মনাইনা—
"তয়ুম সেম্নু করম্নো মোংবাম লাক্লে অচানবী!
মুংশিদবা খুৎতগী লৈরাং করম লৌসিগে,
লৌনিংদেদা ঐহাকতে!" থাদোই বাতানখরে।
"করি বানো ইবেম্মা! অপাম্নবু পামদ-শা,
পামদববু অপাম-শা, তিত্তিঙগুম্না মীপুক-হু
খরাগুম্না মীপুক-ওন তৌগদ'নি ইবেম্মা!"
হংগৎখরে সেন্নুনা। "ত্রুদি ফুরে ঙসিদি,
নোংবান মাগী লৈরাংসে য়াবমখৈ লৌথোকসি।"
হায়না থাদোই খনত্রুনা মপু মনাই অনিনা,
য়েংলক্লেদো নোংবানবু। মজাইবেম্মা থোইবীনা
নূরা সনা পুক্লিংদা—"শাবি'বুংঙো নমাংদা,
মোইরাং নোংবান খুৎতগী লৈরাং লৌগে শাওবিম্নু।"

খুবমথরে পুক্লিংদা মোংয়াই খম্বা মহাকপু।
নোংবান চংশিন্নক্তুনা—"লৈরাং থুংগে লাকচরি—"
নম্মাই চাওহায় ওইনদি থোইবী কাদা হায়রুরে।
পুক্লিং লিন্না ঙাঞ্জবী চেংলৌ শরু-হেন্নবী
চিন্বান মথক মখানা ইমুং তয়ান ঙমজবি;
মাগী পরেং অহূনা কফোইগুম্না লূনা উ,
চিন্বান খোই-খোইনবনা পাখং থরাই তংনবি
থাদোই চিন্বান অশিদো লেংগুম লেংদবগুম্না,
খ্বাইবু তাহননিংদবা তাহন্নিংবা 'মতবু
তাহৌসন্মু মতাদি লোন্দ লোনবা শারকই
ইমুং নোংয়াই চবুক্কী বাঁশী খোঞ্জেন্নদোশা,
থাদোই খোম্থাং অতুবু থাদোরক্লে নোংবান্দা—
"ঙসি-লৈরাং অসিবু লৈপাক য়েনবিরুবদা
কৌগদবা লৈরদি থুংদ্রবস্মু ঐখোই'দি
য়েনবিরুখো ময়ামগী।" নোংবান নাকোং অহূদা
অম্বতবু ওইখরে। "হোরেন লৈরাং থুংদ্রগা
নোংবান ঐবু চোপকনি চোপহন-নিংদ রাহৈনি।"
খন্নুবদা কোংয়ানবা মাগী ওইনা উখরে।
"করি রানো ইবেম্মা! লৈরাং য়াম্না য়াম্মিনা—
করি লৈপাক থুংদনি।" হান্নরা খুম্মি নোংবান্না।
"থুংগদবা লৈর'দি খরা য়াম্না পিরম্মু,
মোলাং 'মতা তুজগে নিংঙোন ওইবী খাংজগে।"
থাদোই মরা তাবদা খুবাম খুবাম হাপখরে।
লৈরাং নাচোম অহুম্না তোংঙান তোপ্ন তাংগদা
অহুমম্মু পিরম্লে পেঞ্জখরে নোংবান্দো
থাদোই মাগী তাবতনা দোলান অমা হৌখরে।
হুগী মথং লৈপাক্তা নোংবান লৈরাং য়েন্নক্লে।

শিঙেম য়েনবা থুংখরে॥ সোমদা থাদোই খবাইদা,
"পামদবনা পিরম্বা লৈরাং অসি পামজদে।
মনম মহাং লাক্কনি হুন্দোকখরো" হায়দুনা;
নিংঙোন মানা ফম্মিবা ফমফম তুগী তুংদুদা,
লৈরাং মখে হুন্দোক্লে। থাংজিং লাইনা উখরে॥
চিংউ মানা শাওখবে,—"থোইবী নংদি করিনো?
নোংবান মুংশিদরগা, থাংজিং ঐগী লৈমনবু
করি শাওব্রিরুবগে! লৈরাংদুনা কৈদোই!
মশা কৈদোনগনি নবা খম্বা নবুক চেন,
কৈদোননি অতৈম্বা, মক হায়বু অদুনি।
'তাইবং মপোক অসিদা ফীদম ওইনসনুনা,—'
হায়না থাব লৈরাংনি সতী কোলোই ফংবিনি।
অপংবম্ নৎতবা খংইবনি মহাক্তি॥
সতী নংগী মপোক্কী লিলানিদো অসিনা,
নংবু ঐনা ককপদি ঙমদরেকো লৈপুন্দো।
অতৈ মম্বাম অদুদি হায়রুরোই তোক্লগে—
লৈরাং নাচোম অহুমদো, নাচোম মশিং অমগা,
লোইদাম থাবুম অমগা, য়ৈনা থাবুম অহুম্ব,
পাম্মু শেংন ওইয়ুকো নুংশি কাদৈ কায়নোকো!"
অসি হায়না থাংজিংনা থোইবী শাপ্লু তৌখরে॥

## লৈ-রোন

খম্বা নিংথৌ প্রজাবু খুরম্লক্লে ময়ামদো।
লমজা মচেম মনাক্তা চংগ্রে মমৈ অদুদা।
খম্লু লৈরাং ওইরবী শিংঙেল ঙসি শাৎপিনি।
মতু নিংথৌ অদুগা অনি অতু উবদি,

লৈরাং মচা অমনা পাম্বী থক্তা শাৎপদা
তাবুকশিংনা য়েংবদা লৈরাং লৈয়িক অমদা—
বেদ পুরান কোটীবু ময়েক লুম্না উবগুম,
লৈরাং মাগী মনম্মা রাগ-কোটী লখাবু,
ছন্দ মখন পান্দুনা শকপদগী হেন্নবু,
মুংশিনরে উনরে মোইরাং মীয়াম অহুনা।
মচিন মৌপ্ৰা উবদা মিংতা পিবু তানরে॥
লমজা মচেম খম্নুনা—"ইহু-নিংথৌ কাওনুকো—
অমেংবদি রাহৈনা ইমা মাইবী হনবিবু,
খুমন হংজৌ অহুগা শিঙেন হুবু কৎহল্লু।"
রারম পুম্বা মেল্লক্লে। নোংয়াই মচেম খুক্লম্মে
লৈরাং কৎপা চংলক্লে। লাইশং অহু য়েৌবদা—
"পলেম মানবী ইমাখোই! নচা লৈরাং পুরকই,
লৈরাং খরা ওকপিয়ু।" হায়জরুরে খম্বনা।
মোইরাং মাইবী শিংহুনা—"ফজৈদকো অঙাংসে,
শল্লা-চুনা হেনবমে, রাহৈ লমচৎ অসিগা।"
থাগৎনরে ময়াম্না। নোংবান খোন্দ খিরম্বা
খুমন মহাক্নীজুনা খম্বা মতোন ওইখরে।
খিরবদি নোংবানগা ফজবনা খুমন্গা
অনি থংনরুবদা ফজবগী মথক্তা
ফজবহু হেঙ্গৎলে॥ খুমন মানা—"ইমাশা!
মচা ঐবু খংজদ্রে রাফম 'মতা হংজগে
মোইরাং মাইবী হপ্পবী, কুমাবম্দি মিঙোন্দো!
মরুপ মচা অমনা ইমা চোরোন্ চুপ্চগে।
হংগৎচরি হায়দুনা হংগৎপিয়ু অমুক্তা।"
মাইবী অতৈ অহুদা হায়জরুরে হংজরে।
হায়রি' মাইবী অসিদি লাইথেংনবী মাইবীনি।

থাংজিং মাগী মথং ওই, য়োংকী খুরুম তোংদুনা,
পংনা লেংথোকপিদবা লাইগুম্না লৈবিনি।
নোংম্নাই মপাও পুদুনা হংগৎলরে অমম্না।
মাইবী-হন্নুবী লাইওইবী য়োংকী খুরুম তোংদুনা
য়োংকী চৈস্থ্ পায়দুনা লেংথোরক্লে মপান্দা॥
মাইবী মমা অদুবু ইমা হায়না খুরুম্লে।
"ইপা নংবু কনানো?" হংবিরক্লে মাইবীনা॥
পলেম পম্থৌ অনিগী কোলোই পল্লমদায়দুদা
খম্বা মপি তাবকই। মাইবী হনবি মমাদো
খুমন মাবু উবদা নিংজিং মাংজিংনবকই।
নিংশিংলগা মকপতো হাযদোকপদি থোকখিদে।
খুমন মাবু সংত্রিক য়েং—"হায়্ হায়্ ইমাদা
পলেম পম্থৌ কোলোইদো" তক্ল-হংবি মমানা॥
"পলেম ইমা ইবেম্মা! ঐবু পোকপা ইপাদি,
নোংয়াই চাকথা ঙস্বদি খুমন পুবেন অহোংবা,
পুরেন্‌বনা পোকপনি। ঐবু পোকপী পলেম্ব
ইমা কাওবিরবরা? ঐদি নম্বা ওইবনা
খংজববু নত্তেদা। ইচেম অমা লৈজেদো,
কোলোই খম্ব কৌজেনে। ইচেমদুনা ইমাগী,
ইমা নংগী কোলোইবু তাকপিরকই ঐঙোন্দা
ঐবু পোকপী ইমাদি—ঙাত্থৈম-য়ুরেন্‌-না
তোম্পোকপী ফোইদিং লম্মীৎ চুম্বী কৌই, ইমাবু॥"
হায়জরক্লে খম্বনা। মাইবী হনবী কপথরে।
"পারি 'বুংঙো ইমাবু! খুমন বারৌগম্নুকো।
মোংমৈ নুমিৎ অমতা থিরুদরে ইচাবু।"
খুমন হায়না কোন্দুনা নোংয়াই খেলৈ চুপথরে।
ময়োন পুম্বা সুনদি তমথ্রে খম্বা মাইবীদা

"পারি 'বুংঙো ইমানা ইচাই লৈবু কৎকনি।"
হায়না মাইবী হনবী খম্বে লৈরাং লোখৎলে।
লৈচা মাপন ফাংলবা লৈরাং অমা থাংজিংদা
নিপান ফাংবা অমনা কোইরেন্ লৈম কোইরেন-থক্,
লৈরাং অদু থেৎপদা। লাইগী সন্দংখাদগী
খমোই নিরু ঙংলক্লে। নোংলৈ অমা হৌরক্লে।
লাইমাংদগী লৈরাং, লাইগী খম্বিবহুবু
মাইবী মামা থেৎত্রিঙৈ মুংশিৎতুনা পুখৎখ্রে।
অতৈ লাইয়াম খুদিংদা ঙম্ন লোইনা থেৎনবে।
থাংজিং লাইকোন্ মুংহুদা নোংথাং ভাম্না কুপ্খরে।
মোইরাং লৈপাক ভাংনখি—"লাইথং-নবী লেংথোকই।
খম্বা লৈরাং কৎপদা থাংজিং মোংথাং কুপ্ইদো।
লাইবক ফৈদা খম্বদে চিংউ মামা য়াবিবে।"
লৈপাক পুম্নিন নিম্নরে। থাগৎনরে খম্ববু॥
"খুমন ইবুংঙো তোম্পোক ইমা লাইতাইনবিগে।
মোংয়াই চিংউ খুরুমজো " হাইনা মাইবী হনবীনা
সবিক চোম্নাং পাযখবে। মমা গুরুই থোগন্-তৌ,
মচা সেবক মখৈস্থ সবিক ভম্না পায়বক্লে।
সবিক খোঙ্লেন অহুনা চিংউ নাওথেম ওইবক্লে॥
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা হাইন-হুম্না পাল্লবি;
থাদোই মজা ইবেম্মা মমা শিংদা হংলক্লে—
"পাখং লৈরাং কৎলিঙৈ নিংঙোন হৈরাং কৎপবু,
পলেমশিংবু য়ারোইদ্রা?" মমাভোন্না—"ইবেম্মা—
সনা মনি থাম্বনি করি য়াদগদগে"
হায়বিহুনা থোইবীনা মনাই সেম্নু লোইননা
হৈম্নাং কৎকে হায়হুনা—বাহোং জগোই শাবগুম
ভেনবা লৈপাক চৎপগুম লৈপাকমাংদ শমহুনা;

মিৎকী কুমৈ ওইনবু লেংসিন্‌খরে ইবেম্মা।
মাইবীশিংনা ওকখরে হৈরাং অহু কৎলক্লে॥
"ইমা মাইবী করিনো! মোইরাং ইবুং অসিবো?
মহোয়' লাইদা লম্লানবা হায়বহুবু অসিরা?
তাইরেন্‌ মশা অমতা পিবিয়ুবা ঐঙোন্দা,
ফুজরমগে অমুক্তা নংগন অচৌবসিদা।"
থাদোই মানা হায়রক্লে। মোইরাং মাইবী অহুনা
"লম্লাঙ্গদে ননাইদো, চিংউ খুরমজবনি।"
মশাবিবু, সনাহন্‌—"ইমা মাইবী লাই-চৈরে।
অমুকতোইনা লোইখরে—"মোইরাং থাংজিং অঙাওবা'
অস্মুক কুইনা হিপহনবা', ইমা 'খোইবুস্থ চৈরে।
লোইরে লোইরে।" হায়দুনা থোইবী অমুক হায়রক্লে।
খম্বা য়াম্না শাওনিংঙে—"কৈনো ইবেম্মসিবো!
মপূ মচানি হায়না হায়নিংবদা মহায়রে।"
খল্লদুনা নোংয়াইনা লুরেল অহু হায়গৎলে।
খুমন মাগী মবুক্তা—"লমজা ইচেম অসিবু—
ঐগীদমক রারক্লে। চিংউ নংমা কুবিয়ু,
ইবাই ফৈরোইজাম্বদা চামা খুজিং ওইদুনা,
নিঙোল মাবু লুহোংবা ইচেম লমন অসিবু
শিংজগেকো পিবিয়ু।" নিংনা নিংনা খুরমজে॥
মবুক্তগী রাখনদো পুক্লিং চংমনখিবনা—
থোকখ্রমাল্লে মচিন্দা। থাদোই মাহু তাখরে।
হুনি চৈরে হায়বদো। খম্বা য়েংখৎলকপদা—
"শাবী 'বুংঙো তাবিয়ু—চিংউ মাগী চরন্দা;
বোর লংজিন ভিম্নসি, করি নিবিরম্বগে?
ননাও লাকএ হৌজিক্তি খুরুম্মিন্নরসিনে।"
থাদোই ঈঙ্গিত তৌরক্লে। মোইরাং মাইবীশিংহুনা,

"হৈরাং কংপা নিংঙোলগা লৈরাং কংপা পাখংগা,
কংপ—কংপ—মান্নরে, খুরম্বস্থ মান্নরো।"
থোইবী সমা চরন্দা তাঞ্জা চানা হংগৎলে।
"হাইমা! চুম্ব, অহুনা?" হায়না থোইবী খম্বনা,
চিংউ মাগী চোরোন্দা খাবাংননা খুরম্মে॥
খুরম্মিভৈ অহুদা সেম্নু হায়ঙম্‌দবিনা—
"মিৎ চোইন্নুকে। তৌহৈদে, অ:রেম্বদা মাংজনি।"
হায়রকপদা সেন্নুনা। হায়দ-হায়গুম থোইবীদো।
সেন্নু চৈবা শাহুনা মশাবীবু য়েংজরে।
চৈরুবমা সেন্নুবু ওন্সিনবনা খম্বদা।
"লাইখুরম্‌হৈভৈদবু ফাগি তৌরিবসিবো।"
থাদোই' সেন্নু চৈরকই। সেন্নুনা—"হোয় হোয় চুমই।"
লংনবিরে অমুক্কা নোকচৈ সতী ওইবীদো।
খোয়ুম লাইপাও ফাওরক্লে—"হৈরাং কংপা নিংঙোনগা
লৈরাং কংপা পাখংগা তাইবং লৈপুন ওইববু,
শেম্বিগেদো ঐহাক্না।" হায়রকপহু তাবদা—
"হায়মা! সেন্নু তাওন-হাই।" ফাক-ফাক লাওনা নোকথোকই,
চিংউ লাইগী লাইমাংদা॥ চিংউ মানা পেনবিদো,
মমাই অনি উবদা, মানা শেম্বা ওইবনা॥
পোরোম্‌ চাদি খুদোন্‌-নৌ চরাং য়ান্‌বী চাক-বাইসেন,
মপী চাকহোন্‌ চেক্কুম্বী থম্বান্‌ মান্‌বী থাদোইদো,
লাইশংদগী থোরক্লে মোমোম মোনোন নোক্কুনা॥
মোইরাং লৈপাক মাংহুদা তাংনা শাৎপী লৈরাংদো,
মপন্‌ নিংথৌ লৈবগী, লৈপাক তিন্‌বা অহুগী,
লমচৎস্থ খংলবী চাওনা নাওদে শারবী,
তাসিন্দানা তাসিন্‌বা খোম্‌জিন্দানা খোন্‌জিনবা;
কিদ-অকি শাহুনা ফম্ফম্লাংদা চংখরে।

হৈরাং কংপ লোইরগা হৈরাং শিংহু পুহুনা ॥
লৈপাক নিংথৌ য়েঙ্গগে খুমন মাবু থোয়ক্লে।
ফৈরোইজাম্বা মবাইনে, চাওবা-থোংলেন অনিনে,
খুমন মাবু ঙাইরম্মি। মপা থোংলেন য়েংলোমদা
চাওবা মকু ওইরোমদা, খোইমু শাগল তুফাংওই।
ফৈরোইজাম্বা তুংহুদা খোইরা মমৈ ওইরক্লে।
খুমন য়াই-দা চংপনা নোংয়াই খোইমু মশা-ওই।
মপু মোইরাং নিংথৌ শিংঙেল থম্বাল ওইরক্লে।
থাংজিং লাইসুমাংহুনা পুখ্রি চাওগোই ওইখরে।
মপু চোরোন তমহুনা লৈরাং থুংগে চংলক্লে ॥
মপু মোইরাং নিংথৌদি মমাংঙৈদা মপানা,
পুরেম্বনা পিখিবা লৈরাং মপি অহুবু
খম্ব-মাবু মানবরা য়েংনিংবনা নিংথৌদি
ঙাইরি খুমন মহাকপু—লাইজ ইখোরাংবগুম ॥
খম্বা মানা ঙাংখ্রিঙৈ হংগংকে হেক তৌবদা
চাওবা মানা থংহুনা—"নবু-খোগী লৈমন্‌বু
পুজরক্লে লাইনিংথৌ।" হংগংলুরে হায়না ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা শাওরহুনা হংলকই—
"লৈরোই মকোক কমানো?" চাওবা ইপং পংউরে—
"করি বানো ইবুংঙো! ঙরাং হাপ্প-ফমহুবু
ঙসি তম্না হংবিবা!" হায়রুবশাই চাওবদি ॥
"চাওবা হায়বা অঙাওবা! ঐনা অহু কাওগদ্রা!
ঙাকুংবনা ঙাগী মিং, শল্লুংবনা শম-শক্তা
খংগদবনি অপংবা।" অসি হায়না চাওবগা
মপু মোইরাং নিংথৌগা খংনরক্লে অনিদো ॥
নিংঙাইদবা থোংলেম্না—"চুই-চুই" হায়না থৌজিল্লি।
চাওবা'ঈঙ্গিৎ উবদা মমৈদদি ইকাইরে।

চাওবা মতিং থুদেক্কে—হায়না থোংলেন মতাওনা—
"করি নথৌ লৈহনা? খুমন ইচা অসিবু,
এরুম চিন্নাইদবরা? চাওবা করি নশিল্ লৈ।
ঙাখা চাম্ন্ মখংদা, উরোক চানি মথিদা
য়াওজনিংঙ্গ্রে নহাক্কো।" থোংলেন মরা তাবদা
"ভিংঙি কৌবা উচেক্না মচা হাকন্নবদা
লোঙ-শা চায় হায়বহুনি। য়াম্মী গুন্না ইচাবু
য়েংনবদা চোপখরে। ইকাইখরে ইতাওবু।"
হায়রহুনা চাওবদো, চোংথোক্কুনা ফমখরে।
"কদায়দগী কন্বনো—হোরেন খুমন ইচানা
মনা মথিন ফংলগা খাইদোক্হোগদবগী
লাংইবনি নহাক্না।" থোংলেন ঙাংই, লংমবি।
"ভানিংদে হাই—মাসিগা" খুম্মি চাওবা মতাওদা।
"চাওবা ইকাইরবোইনা—নমাই ঙাংই হুমাং তায়,
করি ইকাইরুদগে, তৈথোকপিগে হুমাংদো।"
হায়না, থোংলেন—চাওবগী হুমাং তন্না তৈথোকপি ॥
মনাই অনি মতৌহ্ন, মোইরাং নিংথৌ য়েংবদা,
পেল্লি সনা পুক্লিংদা। মোমোন নোকই মপুনা॥
খুমন মানা লৈরাংহু—কৎলি অমা লৌহুনা॥
"খুমন মোংয়াই শাজৌবা! লৈরাং লৈনা তাবনা
তাওবা হুইরৈ মানবা-লৈ। মথোক তাব অসিনা,
পাখং খুবোম য়াইসি মান্, লৈরাং লৈওং তাবনা
নাম্না নাকোং চক্রেমান্, লৈরাং মাগী মচুনা,
য়াংবা সনা 'চু-গুম্বা, লৈরাংসিগী কোলোইবু
খুমন করি কৌবগে?" হংবিরক্লে মপুনা॥
খুমন লকক্ তৌহুনা অঙাং বুদ্ধি তৌরকই॥
চাওবা মুংশা থিখরে, খংদ্রে কাওরে খন্দুনা।

"খোংলেন হায়বা পুকচাওবা! সিবু ঐনা উহুনা,
ইচাই নাক্তা লৈববু, খুমন রাপাংউববু,
ঙাংবদায়দো কৈদৌরে! লৈরোন কাওরে ইচাদি।"
চৈরে চাওবা' খোংলেনবু। খোংলেন-লৈশিল্লক্তুনা—
"খুমন ইবুংঙো! খম্বা! ঙরাং চিংদৈ হেকপনি,
উদা শাৎলম্‌ই হায়য়ু। লৈবু 'খোইনা পোকপরা।
সনা মচু মান্‌বনি, উরৈ কৌই হায়দোকউ।"
ইন্সিল্লুরে খোংলেন্না, খুমন মচা অহুদা॥
লৈরাং অহু য়েংহুনা—"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
লৈরাং সিগী মমিংদি ননাই ঐদি খংজদে!
নোংয়াই ইচেম লাইরবী, লমজা তাকপিরকপদা—
মিংসা মোংয়াং চাওবনা, মেন্স্‌ নহা মনাওবু
পুরুম লোইপোৎ থৌরুদি থাখিবদা, ইনিংথৌ!
হাওনা হাৎখ্রে মনাওবু, মনাও মকোক অহুনা,
হাওগী পম্বোং অহুদা লৈরাং ওইনা শাৎলম্লে।
মোংয়াং চাওবা পুরক্লে। কংলা উক্রোং অহুদা,
মেন্ন-তাইনা থারক্লে। পোইরৈ মানা লৈরাং-সে,
মেন তোংবদা য়াওখরে-কোলোই "মেলৈ" কৌনরে॥
হৈরেম্‌ খুঞ্জাম্‌লমদম্না—পামেল অরাংবসিন্থু,
হায়নৈ কৌনৈ অতাম্বা। পামেল উকা থক্তুদা,
তাম্না শাৎখি হায়বগী কৌনৈ মমিং "কদাম্বা॥"
হৈরেম্‌ নুপী অমগী মবুং ওইবা অমনা,
হেকপি লৈরাং অসিবু। তারকপদা লৈসিনা
চুম্‌-জুম্‌ লাওনা তারকই। নুরা নুংবু হুরেদো।
নুংবু হুনা, চুম্না তাই—"নুং-জুম্বান-"বু কৌবিরে॥
ইরম্‌ মোইরাং লমদম্না য়াম্না নুংশি হায়হুনা
লৈরাং সিবু য়েংবদা "লৈন্নুংশি"-বু কৌবি হায়॥

মেলৈ মেন্স্‌নহানে, কদাম্বা-মুংজুম্বান-নে
লৈমুংশি—হায়বা কোলোই, ময়াম লৌসিন্নক্ক্‌না—
"মেলৈ-লৈস্না-মুংজুম্বান-কদাম্বা-লৈমুংশি"-বু
কৌই হায়না ইচেম্না তাকপিরকই, ঈনিংথৌ—।
ননাই ইচেম মাবুস্থ ইপা' তাকপিরম্মি হায় ॥
লৈরাং মশাসিদগী শিঙেন লৈরোন অমনা—
হৈরেম্‌, লোমগী কদাম্বা, খুঞ্জাম-লোমগী নোংজুম্বান,
'থৌবা নিপা অনিনা মরম মুন্নরকপদা,
চায়নাখোংব্রেন হানরে। অনি অতু নোংগাখ্রে।
মথোয়'নিগী তা-তুনা উকা থক্তো য়ুংলম্মে।
লৈরাং ওইনা হৌহৌরে। লৈরাং অতু ফুক্ক্‌না
পোইরৈ নিংথৌ মহাক্না মেন্ন-তাইনা থাখরে।
লৈরাং কুচু অতুনা সনা মচু মানবনে,
লৈরাং মাবু য়েংবদা মুংশিখিবা অতুনে,
মেন্না তাইনা থাবগী মেল্লৈ হায়বা অতুগা,
সনা মচু মানবগী লৈসনা, অসিমগা
কদাম্বাগা মুংজুম্বান অনিতুগী কোলোইনে,
পোইরৈ তাবু থিবদা হাইদোন তানা য়েংবদা
লৈরাংসিগী মমিংবু-'মেলৈ-লৈস্না-মুংজুম্বান
কদাম্বা-লৈমুংশি'-বু, কোনৈ হায়বি ইনিংথৌ॥
হংগৎচরে খম্বনা। অমা অমুক কৎলক্লে॥
"খুমন ইবুংঙো সিনা লৈরাং কোলোই করিনো?
লৈরাং মনা তাবনা তিমেন চাজুম মান্‌বালৈ
মউ তাবু-য়েংবনা পাখং শহ্লোই শাজৈ মান্‌
লৈরাং সিগী মচুনা খাম্বী মৈত্রেং মান্‌বা লৈ ॥"
হংবিখরে নিংথৌনা॥ খুমন অমুক হংগৎলে। ঃ—
"ঐবু লোয়বা লৈমাবা—খ্বাই মুংজেংবম পিবা-না

কোয়দৌ মাবু ভেংগা-খোং কাপখি হায়দো ইনিংথৌ।
তেল্ অম্বুনা মুমিংকী খোংলক্ খুনেৎ পাম্বনা
খল্ল্বদা ঈ থোকখ্রে। ঈ অত্তুমা মাংফদা,
তারকর্পদা, মপামেন সয়ি উকা-রক্ত্দা
তাখ্রে। লৈরাং ওইখরে। সয়ি উকা-রক্ত্দা
ঈনা ওম্না শাংপগী লৈরাংসিগী মমিংবু
বাংজিং লোক্লোথুম্, চখা সলুংথেন কাংগোন্ নোংদম্
ঈদা পান্বা ইমুং পামেন্ সয়িরৈদি।"
"নিংথিজৈদা শাজৌ তোন"—থাগৎপিরে নিংথৌনা।
খুমন লৈরাং অমবু অমুক তম্না কৎলকই :—
"খুমন ইবুংঙো তোম্পোক নিংঙোন্ হিগোক্ কুম্বাদ্রে।
কুম্জেং কোরি কাব-লৈ। শিঙেন সিগী মমিংদি
নোংয়াই করি কৌবগে হায়ুগবা তাসিদো॥"—
"মোইরাং লৈকোই মপুও! মোংব-চেক্লা উসোব্তা
চেক্লা ময়াম বাথোকই। 'পিবা' থিনখিবদা
বাথোক অসি ওইনখি। মকোক কম্বা মুম্বখি॥
কাক্লা নিংভাই হৌবগী, চেক্লা শিংগী বায়েন্দি,
খোয়ুম লাইনা তৌবদা কাক্লা লাল্লি হায়নরে।
বাকোংনবা লৈতরে। মতু অমা কোয়ত্তুনা
বাথোকসিগী বাকোংই। লাইগী বোর লম্বুবি॥
চেক্লা মাগী মতুনা উকা থক্তা থাবিরে।
লৈরাং ওইনা হৌখরে। কাকী মতু অত্তুনা
ওনবা লৈরাং ওইবগী শিঙেন সিগী মমিংবু
লৈরাং কাক্লে হায়নদি থোনখি হায়বি ইনিংথৌ॥"—
"নিংথিজৈদা ইবুংঙো! নোংয়াই নংগী লৈরাংসে॥"
থাগৎপিরে নিংথৌনা সনা পুক্লিং পেন্বিরে॥
খুমন লৈরাং অমবু অমুক তম্না লৌত্তুনা

কংলে সনা চোয়োন্দা। হংবিরক্লে মপুনা—
"লৈরাং মখোক তাবদা তোংজে থবুম মানবা লৈ।
মনা তাবু য়েংবদা খুমু নৌদোন মানবা লৈ।
লৈরাং মওং তাবদা নাৱা খদাং মাল্লিৱা॥
শিংঙেন মানা শাৎপদা লুপা পথাপ মানবা লৈ।
লৈয়োন্ তাবা লৈচুনা উহি কুম্বান মানব-লৈ।
নোংয়াই লৈরাং অসিনা শাজৌ! কব্নি কৌবগে?"—
"ঐবু লোয়বা ইনিংথৌ! ঙারা নিংথৌ মুংজোংবা,
চোথে মাগী মমোয়্লোই চোথে নিংঙোন নবেন্না,
মচাহুবু মপুনা উনা নন্না হাৎপদা,
মচাতুগী ৱাবনা কপ্লক্লেদো অহিংদা॥
মশানৌ মনেম মচা, নবেন মীকপ্ খোন্দুবু
তারহুনা, পাখংবা নবুধৌনা মচাদো,
হিঙ্গৎহনখি নবেন্দা থাবিরকই অঙাংদো।
অঙাংহুনা তম্মরে। অহুই ইনুং ঙানবদা,
মমা মচা চৎতুনা পাখংবদি উন্নখি॥
নবেন চোথে চন্থুনা মশাবীদি পাখংবা,
মাগী খুদোন য়েন্-হুনা এরুম তন্না থুরম্লে।
হুগী এরুম অহুবু থম্মুই উকা থক্তুদা।
চিংউ মাগী থৌজান্না লৈরাং ওইনা শাৎলকই।
নবেন চোথে নিঙোন্নে মথংলেন্না পাখংবা
মপান্নিগা অহুন্না হেক্লে চিল্লে লৈরাংদো।
এনগী মরুম অহুনা ওনবা লৈনি হায়বগী
শিঙেনসিগী মনিংবু কৌই লৈরাং এরুম লৈ॥
হায়না তাকপি ইচেন্না! কেগে লৈকোই মপুরেল॥"
হংগৎপদা, থাগৎলে। লৈরাং 'মমুক কৎলক্লে॥
হংবিখরে নিংথৌনা "—খুমন মচা ইবুংঙো—

য়ারৌ-সঙঙাই-চিমানবা সিনা লৈরাং কম্মিনো ?"
"ঐবু লোয়বা মপুও! চিংউ-ইন্দ্র-সোরারেন্‌,
নোংমৈ কোরৌ অমদা মালেম লৈখোং কোয়রকই।
হাওরোক-কোম্হৌজম চন্নুবু নূরা ওইবী অমা,
এলাং কেঙোই লাংহুনা লৈরিঙৈদা লবুক্তা,
থেংনরুরে অতুঙৈ চিংউ মানা মুপীদো॥
চিংউ মপাও মেল্লুরে—তালোই ওইয়ু পাউথেম্মি।
ইন্দফদা ইনখরে। নূরা বোর নিজরে—
'ইপাম কোম্হৌজম সিবু শিদ-নাদ-পিবিয়ু।'
চিংউ মানা কুবিরে। নোংগারমদায় অতুদা
পলেম পম্হৌ কোম্হৌজম কৌরহুনা তাল্লম্মে॥
মতম কুইনা লৈখরে, চিংউ থোগল তৌহুনা॥
নোংমা, মপাম কোম্হৌজম, লময়ায় কাইবু থিল্লক্লে,
থাবম মৈখু খুরক্লে, উরে কোরৌ থকতুদা॥
হাওরোক চন্নু তালোইনা—'করিদোরে লাইনিংথৌ!
শিরোই নারোই হায়বদি করি মীনম্বিবগে ?'
সোরারেন্না—"কৈদৌনো, নপাম কনা শিদেদো।
য়ালৈ তাউবা অমবু মৈ-থাবনি ইবেম্মা॥"
থাজদরে মুজাদো। য়েংউগনি হায়হুনা
কুমথরক্লে য়েংঙরে। কনা শিরম নারমদে।
'ওক্তে ইপাম্‌ নখোইদি' হায়রবদা মচানা।
পলেম পম্হৌ ওইরিবা মবুং মৌপা্ পুম্বনা—
'ইমোম নংগী নপান্দৈ মুংঙাইরেদো ঐখোইদি,
ইচায় মশক উদবা মতম কুইরবসিদা,
নংবু লাক্লনবগী ইমাখোইনা তৌবনি।
চামিন থকমিন্নখিসি ঙাহাক পুংগোই পন্‌খোনে।'
হাওরোক কোম্হৌ চন্নুনা—'ঐদি মাহু য়াদরে,

তাইবং চিঙ্গাক চারগা খোইয়ুম লক্তা তিনফদে।
সোরারেম্মা উগনি হায়রবদা, মমানা—
'ইমোম 'বেম্মা! ইমাখোই, ফিজং-লাবোন খন্‌গেদো।'
হায়মল্লবা অদুদা মপা মমার প্রেমহুনা
চাগে চংউবদদি উরে চিংউ শোরারেল।
মতিন শিংথরকপনা তারে মুজা খুদাংদা।
লাইনা উরে হায়হুনা তালোই হল্লকপদদি—
চংহন্দরে সোরারেন; তালোই মাবু ইম্থোক্লে।
মপাম য়ুমদা থারক্লে। পারি মমোম অনিবু
মুজা মানা কায়নখি; চংনিংখোম্বী মচেম্মে,
খোরিফাবা মোপ্‌ানে। খোরিফাবা কপখরে
মমা কায়নরকপদা। খোয়ুম ময়াম চংহুনা
খোরিফাবা থেম্নখি। য়াখিদরে ভমদরে।
অমা চংই মথেমই অরেম্বদা থেমখরে।
চিংউ মহাদেবনা বেভূত্‌ পেরাং তৈহুনা
লিম্মা খাওনরকপা; জটা মনা অমথক
থংলহুনা পিরুরে। জটা অহু কংবদা
মূর্ত্তি অহু উবদা খোরিফাবা অভাংদো
খেরু-খেরু নোকখরে। জটা অহু মাংদরে
পামেল মকা অহুদা লৈরাং ওইনা হৌবনি।
নারা খোরি ফাবনা খেরু নোকই হায়বগী
খোরিফাবা নাওথেম্‌লৈ—লৈরাং 'লৈশং খেকরাইবা'
স্নম্মা তাকপি ইচেম্মা, মোইরাং লৈকোই মপুরেল!"
হংগৎখরে খম্বনা। পেনবিখরে খম্ববু॥
কংলে লৈরাং অমা 'মুক—"খুমন 'বুংঙো চগেম-কোন
মনা সংনা কুপইদো কাতি নায়াং চাবগুম,
মপান্‌ য়েংই মশংই সিনা করি লৈনোনে?"

হংবিরক্লে নিংথৌনা। খুমন মানা—"ইনিংথৌ!
শ্রীনোংগা পাম্বি কৌবী, নূরা ওইবী মহাক্না,
মপল লৌশিং অতুদা নূরা মদোম লৌভাকই॥
লাইরেন তুবি নিংথৌবা পাখংবা মবুথৌনা,
নূরা মাগী কাহদা অপাম্ মুংশি খোংদারে॥
নবুথৌগী হাক্তক্কী, থমোই লকা ফীরাক-খায়,
য়াইবী থরায় থাখি হায়। নূরা মাগী শম্লাংনা,
মাংকদবা ওইহনা পামেন থক্তা হৌখি হায়।
শিঙেল সিগী মমিংবু 'লৈশং লেন্'-দি কৌই হায়।
তাকপি সুম্না ইচেন্না।" হংগৎচরে সিমস্তু॥
কংলি লৈরাং অম 'মুক॥ 'লৈরাং মনা তাবনা
মনম্ মতু চোম্মিবা। লাকোয় তাঙ্গ মানবা লৈ।
লৈরাং মখোক অসিনা পাখং পোমোম মাল্লিবা।
শিঙেন মানা শাৎপনা কুমজেং কোরি হৌবা লৈ।
শিঙেন সিনা করিনো, তাসি নোংয়াই হায়নে?"
হংবিরক্লে নিংথৌনা॥ নোংয়াই মানা—"ইনিংথৌ
শন্-য়োংমানবী ওইহনা পুরুম চিং-দৈ গুরুনা,
তাওথরকই তুরেন্দা। মপা খংবা পাখংবা
লাংবন্ খোইচোম্লিঙৈদা। গুরু মাল্লি হায়হনা
শল অতু চিংখৎলে। লৈরাং সিবু ফোয়দুনা
গুরু মাবু কুপশিল্লে। পাঙল লেপুম্বা কৌবা
মাগী শাৎলুই ইংখোন্দা পোইরৈ তাবু খিবনা
হাইদোন তাবু হায়বদা—সনবু শংনা কুপ্পগী
পোইরৈতাবু খিবদা সংকুপ্ লৈদি হায়ববু
"সংব্রৈ হায়না মমিংবু, শিঙেল সুম্না খোনখি হায়॥"
হংগৎচরে লৈরোন্সি। নিংথৌ মানা পেনবিরে॥
কংলে লৈরাং অম 'মুক। লৈরাং মনা তাবনা

তিমেন্ তাদোন্ মাল্লিবা। নখোং তাবু হায়বদা,
পাৎওয়ায় চম্ফেল মানব-লৈ; লৈরাং মানা শাৎপনা,
পাখং খুদৈ সনাইগী মদোম্ পেত্রুক মানব লৈ।
শিঙেন কোলোই করিনো!" হংবিরক্লে নিংথৌনা।
"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ—অত্যা গুরু শিদবা,
মালেম লৈসেম্মক্পদা নোংদোন লাইরৈপাক্তুদা
লাইগী জগোই শাবিনা লৈরাং সিবু য়েপ্তুনা
খুরক সনা লকাদা লৈনা-জগোই শারকই।
লংথরকই লৈরাংসি ইলং-লংনা তারকই।
কোলোই লংথরে কৌই। লোইবী লম্দম্ অঙোতোন,
খুলেল্ লাংথা মপুংয়াই, লৈরাং মানা তাহুনা
শাৎলি হায়বে মহাকপু—লম্দম কোলোই লৌহুনা,
লাংথারে হায়বদা—পোইরে তামা থিবনা
লৈরাং সিগী মমিংবু 'লাংথ্রে' কৌই ইনিংথৌ।
ননাই ইচেম লমজানা স্নুম্না তাকপি মনাইদা।"
মমা মপায় মমাংদা মরোন থোক্পোই থোক্তবোই,
মচা ওইবা শিংহুনা মতেক মতেক ঙাংবগুম
খুমন মানা লীবদা লৈরোন অসি মপুদা
পেনবিবদা লোইখরে মপু সনা পুক্লিংদা॥
হংগৎচরে খুমন্না স্নুম্না লৈরোন স্নুপ্তুরা॥
মনাই খম্বা য়েংহুনা—"খুমন ইবুংঙো মোংয়াই!
নংনা ঙসি লাংব-লৈ, অদুঙৈদা নপানা
লাংঙম্বগা খেম্নদে, লৈরাং লৈ-চু লৈরোন্সু
করি'মতা কায়নদে। নংমা পুরকপা লৈরাং,
থাংজিং মাগী লৈমন্সি খুমন নখুৎ অহুমা
থেৎচররো।" হায়বিরে। লমজা মাদি কিবনা
হেক্তি চংবা ঙমদরে। খোংকাপ মচেৎ থরদং

থাংজরগা খম্বদো মপু গুন্না মৈবু ওই
পল্লে নোংমাই মচাদো। মপু সনা য়াথংনা,
"চংশিল্লকউ হঙ্গোইনু খম্ব। লৈরাং থেংলো-লাও।"
খুল্লাম তোয়রক্লবদা চংসিল্লরে খম্বত্রে।
তাংজ-লুরেম তোংদুদা লৈরাং অদু থেংলুরে॥
সনা ঈঙ্গিং-শকয়েংদু তন্না ইন্সিল্লকপগা
মিংয়েং তারকপদুগা থেংলম্মিবা মক্‌মগা,
মপু সনা পুক্লিংদা, সনা মাইথোং অদুবু
ওরাংতগী অঙাংগুম, শিংখ্রে লৈরাং অদুগা॥

## ৮

## লৈ য়েনবা

"খুমন নংগী লৈসিনা হেল্লি, বাংলি চরৈনা।
লোৈজরোকো" হায়দুনা স্বরূপ-নমখাং থাবিরে।
কোকথোন্ খুজি পিনরে। লৈগা ফীগা সিন্নরে;
পুখন্‌গা খরাইগম্বু ওন্নরে নিংথৌ পেল্লে।
মহারাণী লৈ থুংলে। স্বরূপ-নমখাং থাবিরে।
নিংথৌ তাল্লোই মখৈথু তরা মঙা থুংখরে।
চরৈ তরা মঙানি খম্বা মানা ফংখরে।
যুবরাজ চোরোন্দা লৈরাং কৎকে হায়দুনা
খুমন তন্না মবাইনে, খোংলেন চাওবা অনিনে
চংশিল্লক্লে মরিদো। লৈরাং স্নুন্না কৎলক্লে।
নিংথৌগীদা তৌবগুম মপু কোকথোন থক-তুদা
লৈরাং অমা থেংচরে। লৈরাং পরেং অমবু
মপু ভক্ত হুকচগে লৌখৎচরে খম্বনা।
পরেং অদু উবদা হুকচরগে তৌবদা—
"তয়ুম খম্বা ঙাইখোদো।" খামগ্রে যুবরাজনা॥

মপু সনা মাংহুনা খুরুখুদক্ লৈদ-কুন,
লৈরাং অহু পায়হুনা খুমন্ লৈরে ঙাইহুনা,
মপু সনা য়াথংদো। যুবরাজনা—"খম্ব!
ঐনা ঙসি হংবসে শেংনা খুম্মু, থুপকম্মু।
ঐ করিস্ত তৌখোইদো। ফত্তব বাগী নংতে।
নং মুংশাথিরুগম্মু। বা অমতা হংগেকো॥"
হায়রকপহু তাবদা, থৌদৌ অসি উবদা
চাওবা ফৈরোইজাম্বদি তশেং-তশেং তাথরে।
মরোল অদো থোংলেন্দি কয়া নিংঙাইদবনে,
মনানগা তাৎথির। উই, শেংনদি তাঙরি।
চাওবদি স্বাই লাওখরে—থোংলেন চাওবা তানরে॥—
"কম্নো ইভাও! লৈসিদি, মচাইবেম্মনা লেংই,
ইশোই শোইত্রবা বানি। ঐদি ঐ হায়বহুনি,
ইমৌ সিগা লৈবনে, খর খিত্তি মকোইনৈ।
কৈদৌবগে নহাক্তি ঙরাংদগী চৎহুনা
ছুগা-দাগা হায়হুনা খর মতাকপিগনি।
করম দৌনি অসিদে—নংনা ঐন্না খাম্মুবা
য়াব মফম থোকথিদ্রে। মাংঙদনা ইমাক-তে!"
চাওবৈ মবা তাবদা—"করি থৌগী মাংগনি,
লেংই হেক হায়বল্ল, হায়! লৈশাবী মহাকপুদি,
পাখংগী লৈ লেংনদা কনায় লৈদি লেংগনি॥
হা! নং ঐগী লেংগদ্রা! মপু মাগী মচাদি
অরাম ঐগী নিদনা—অরাম ঐগী ইচানা
মপু মাগীনিদনা।" থোংলেন মবা তাবদা—
"কৈনো নংবো তানিনে।"—"তাগে তাসমুদনা!
অচুম্বনি করিনো! মঙোন্দা পিনবা লৈ,
মচা মুপীনা লেংবা—সিবু করি চোম্মনো॥"—

সুম্না নৈনরিঙৈদা—চিংখুব—"হায়্ খম্বা।
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা লৈরাং অসি লেংবদি
থাদোই ইচাইবেম্না., মাতমা লৈজবনি।
অতৈ মুপী অমনা চুম্না লম্না কজবা
লৈরাং লেংবা হৈনদে, মপু কোনগী খুৎতানি।"
খম্বা "অজ্ঞা" হায়নদি অসি ফাওবা খুমখরে।
মপা, মকু, মবাইদো মাংঙে হায়বা রাখম্না
করি খুম্মককদগে খল্লুবদা মম্খরে॥
লৈরাং পরেং লৎনবা থাদোই মানা উরক্লে।
"মাংঙে-মাংঙে কররম্লো? লৈরাং পরেং লৎনরে।
ঐনা লেংবা লৈরাংনি খংঙহুনা হংবিরে।—
চিংউ-থাংজিং কোইরেল্লাই! নংমা কৃপা তৌবিয়ু।
কায়দনবা পাওখুমদো—খোয়ুম নংনা কুবিয়ু॥"
থোইবী থরাই রাশরে॥ খুমন মানা "লৈরাংসি
সনা চোরোন ভাকপিবা, য়াম্না চুমই; অশেংবা
লৈম কোনগী খুৎতানি।" হায়রকপহু তাবদা
চাওবা মিহুন সুদরে—"ঐগুম্বগী ইচাবু
নংনা লৈরাং লেংনবা' হায়রদুনা খম্ববু
মপুই দণ্ডি তারনি।" পাখৎখরে সিতগী।
চিংখুবনা—"খম্ব—তাও! লৈরাং অসি ইচানা
কোম্নুংদগী লেংবরা? নংগী য়ুমদা লেংবরা?"
চাওবা ফম্বা ঙমদরে—তুগদোরে লৈপাক্তা
"ইমাক মাংঙে"—হায়রহু চাওবা লেল্ল লোইখরে।
"মচিন্নদি য়াখরে করম দোম্না কল্সিবা,"
চাওবা সোমদা খনখরে খুমন মাগীদমক্তা॥
খুমন্ মানা—"ইবুংঙো! ননাই লমজা ঐহাক্না;
লৈম কোনগী হায়বদি—তাবিয়কো মপুনা!

নমোম নজাইবেম্মা নূরা সনা খুৎতুনা,
মপু সনা কোন্নুংদা, লমজা ঐগী ইয়ুমদা
লেংবা নত্তে লৈরাংসি।"—"তুদি খম্বা! কদায়দা
লেংউবগে লৈ অসে?" "নমোম নজা ইবেম্মনা
সনা খুৎনা লেংবিদে। ওঝা ওইনা তাকপিদো,
তুগা ননাই ঐখোয়না লৈরাংসি লেংজবনি।"
অম্মুম তৌনা খম্বনা রাখল তৌদুনা তপ্পা
হংগৎলকই। চিংখুবনা খংনিংনা—তান্সিল্লি।
"তুদি কম্না তাকপগে কনায় য়ুমদা লেংবগে?"
হায়বিরে। "নোংয়াই ইচেম লাইরবীদি মনাইনি,
থাদোই নজাইবেম্মগী। কোংবা লৈথোং ফাৎপদা
সজিবু লাকয়েন কিশি তাই ইঙা কুমদম্বদা,
'য়াম্বা শিঙোন লাকপৈদা নিঙোন কাংবু শান্নে হায়।
নমোম' মরক চংবদা শিরে নুরা কাংতুবু।
তুগী ইকাইখিবনা শাওরপ, তৌনা খোংথাংদো
থাংলকপদা, নুরাগী নাচোম মনিং নাম্থোকই।
মালেম থক্তা তারে হায়। মপু কোমগী লৈরাংদি
বিষ্ণু-লৈমন ওইগল্লি। খোংনা খুৎনা শোক্কনি
খুপ্পিন্দুনা ইচেম্মা কৎচরুই হায়না ইচেম্মা।
থাদোই মচাইবেম্মনা "খুনন চন্নু লৌজরো"
পিনরকপা লৈনি হায়। ঙসি লৈরাংনমবা
শিঙেন লেংগে হায়দনা লং থিবদা ইচেম্মা,
শিঙেন লৈমন অতুবু থেংনরুরে লুবাক্তা।
অকংবদি লৈরাংদু লাইজ খিক্লেন চাইজরে।
লাইজ পম্থেংলবদা লৈরাং লৈচু চোংথোকই।
উচুং লংগ তিংজরে লৈরাং নাচোন অতুনা
ননাই ইচেন' ওঝা ওই। লেংজবনি লৈরাংসি।

সিগী, ননাই লমজানা লৈম-কোনগী খুৎতানি
হংগৎপনি চোরোন্দা নজা ইবেম্মা য়াগুদে।"
হংগৎচরে খম্বনা॥ চাওবা মাহু তাবদা
"পারিবুংঙো ইচাদি হিংঙে কেগেলৈপাক্তা,
স্নুক ফজবা পাওখুংদি খোয়ুম মানা পিবরা।"
হরাওখরে চাওবদো। চিংখুবনা—"হা! খম্বা।
খুমন নচেম অসিদি হৈখরেদা ইবুংঙো।
ইচাই লৈমন্ অহুদি লৈরিনিদনা—খম্বা?"
"লাইজ মানা চোংলবা, লৈমনগা ওইবগা;
থম্মুরগা ফররোই য়াবা সুজা কারনি।
খোংনা খুৎনা শোক্লগা দোষ ওইরনি হায়না;
লৈরাং হুবু ননাইনা থাম্বি খুদাপ অমনা
থাদোকচরে অহুগা ভাংগোয় হুগা লোইনবা,
উৎ-অহু খোগহুনা থাদখরে লাইহল্লি-দা।"—
"খুমন! তাঙ্গোয় অহুদি—তাওরমখিনি, নত্তরা?"
খুমন মচা খম্বনা—"সনা বুদ্ধি মঙাইরে,
ইচন্ খরাই খন্দুনা শিংউৎ নাপুং য়ৈরগা
খোংফৈ চিরোং চন্দুনা লাইজ মাবু থিংউবা,
হুগা করিগুম্বদা ফংগদরা উৎ অদো
ননাই বুদ্ধি থেন্বনা লেপচবদি ঙমজদ্রে।"
খম্বে মরা তাবদা চিংখুবনা খল্লকই—
"ইচাবুস্থ থাগৎপা মশাবুস্থ কনখিবা,
খম্বা হায়বা অঙাংসি শিংই ফনা নিংথিনা।—
লাকও! লাকও ইবুংঙো! খুমন নংগী লৈরাংদো,
হুকচরো" হায়বিরে। খুমন লৈরাং হুকউরে।
পেল্লে চিংখু নহাস্থ। উখি লৈপাক মীয়াম্না।
মজাইবেম্মা থোইবীনা তানিংবনা রাফমদো—

"সেনু তানিংখরেদা, নবুংঙো-তোনগী মাসে;
লৌবিরেদো লৈরাংসে। করি হায়রুরি'দনো?"
"মতারনি ইবেম্মা কয়া মকুইররোইদা।"
সুম্না খুম্মে সেন্নুনা॥ নিংথৌ মমখাং থারকই।
খল্লি যুবরাজনা—"ঐগী নমখাং অসিদি,
ইমোম ইবেম্মগীনি, ইচা' করি হায়গবঃ
মাম্বুং নমখাং থারকই, ঐন্সু পিবা চুমইসে!
পিনিংইদা করম্নো, ঐনা হোয়েন থাদোকউ,
ইচা করি হায়গবা?" চিংখুবদো—থোইবীদা
অমুক চরৈ অহুদা, লৈরে সুম্না য়েংহুনা।
চিংখুবগী মমখাংদো—থাংগৈ শেংবা মপুদি—
খুমন মাগী হায়হুনা সনানদি মফেল ওই,
লুপা' মমুং কাহুনা, মোইরাং কংলা কাবদা,
ইন্নবা শাজৌগী অপাম মুংশি খুংলগা;
হায়না বাখল তৌহুনা শাজবনি থোইবীনা।
"ফীহুনা ফজখিবা নিংথিজবা উহুনা,
মচাদগী বাইহুনা ইন্নকপনি চিংখুবা;
মপোৎ শেংদবহুনা পাকহেক পিবা ওমদরে।
'চানবা মচা ওইবনে, পাম্জনগা শাখিবা,
নিংজিং মাংজিংনখরে, মওন মওন খন্দুনা
য়েংই মমোম থোইবীদা চিংখুবনা, পিনিংনা।
থাদোই মানা খোয়ুম ওই, মপায় মবুক চংমিংলে,
পিথোকখরো হায়হুনা লাওরুবসু য়াদবা।
ঈঙ্গিৎ ওইনা হায়সি কদায়, থাদোই খ্রো-খ্রো খোৎলে,
পিহন্নিংবনা ফীদো। থাদোই মবুক অহুনা
কম্মনখিবা বাখন্না—"কোরৌ চুপ্না বাইরক্লে,
হেক্মা পিথোকখ্রো হায়বা, মপু লাক-অ-মক্তদা।"

ঙাংথোকখরে থাদোইনা। মমাতোনগা সেম্বুগা
অনি অহু ভাহোরে। মমাতোম—"করম্নো,
ঙাওয়ে থাদোই ইচাসে, মাইবনম্বু ঙম্মরোই
হিদাকম্বু কোল্লরোই। লাইনা লাইওং হায়বম্বু,
অমাইবনা ঙম্মরোই—উরোই পাজিশিংনম্বু।
পাম্বুবনী হু হায়বা, মুংশি-মৈচাক হায়বসে,
খাইনা খংদ উদবা তমথিরবা লাইনানি।
খুংনা শোকই, মশাদা, মশক য়েংই মউদা,
খাম্বী মৈরি খোক্তবা, কোয়ৌ মৈখু কাদবা,
মীগী থমোই লক্নদা ইংবা চাকপা মৈমিদো।
মাসি কোক্কদবদি মাইবা পাজি নংতবা
ইরাং চবান্ হৈত্তবা মাগী খুংত্তা কোক্কনি।
উন্দা হিপুই ইংদেদো, পুখ্রি কুমই চোংত্তেদো।
উপায় লৈত্তে মাদনি। কম্দোগনি সেম্বু সিদে।"
মমায় বাহু ভাবদা কুমদনৌবী থাদোইনা—
"পলেম শেম্বী ইমাতোন! করম হায়না মাহুবু,
খংবিহুনা ইমানা, হায়বিবগে নচাদা"—
"নপাইবুংঙোই হাক্তা। খংহৌইদো ইমানা।
খংই খংই ইবেম্মা! ইমা করি খংদনি।"
চায়বিখরে খোইবীদা। থাদোই মমা তোনহদি,
বাদ-ইমা হায়বনি মুজা লৈংগা ওইবীনি।
কেপে মোইরাং লৈপাকতা মমাতোমে খোইবীনে,
শক-তা লাম্বা ওইবীনি। হায়নরিবা মুপীনি॥
সোম্‌দা মুম্না লাংনরি অমদনা চিংখুবা,
খনবা মখৈ খল্লগা সম্মা নমখাং অহুবু
থারগেদি নিংখয়ে "শিঙেঙ কোম্না শিংঙগে।"—
"খুমন ইবুংঙো খম্বা! চংশিল্লকউ শাজোবা।

চরৈ ফীবু কুপ্সিগে।" কৌবিরক্লে মপুনা।
কৈখা নোন্বা শাগুম্না. চংখরে তোম্পোক্লা।
খুমন্ মনম চেংয়ানা খুরুখুদক কুম্নুবে।
মপু সনা নমখাংদো কুপ্সিখরে মনম্দা॥
খুমন খুরমলজনা লৌজখরে ফী অদো।
থাদোই মাতু উবদা হরাওজমন্ গ্রক্তুনা—
"হাহা য়ো; নোক্লিংইদা—সম্নি সো সৈত-লাই-লৈ;
ইজসম্ম কৈদৌনি, সোরো সোরো চিংসম্ম।"
নোকই ইশি শি মখে। মম্নাতোম্না—"ইবেম্মা!
মী তানি করিনোদা।"—"তাগে তাজসম্মুমা।"
স্নম্না খুম্মি থাদোইমা, মনিং তম্মী ইবেম্মা॥
এংখুরাংবী মমানে পলেম তরা মাথোয়দো—
মোংয়াই লৈবুঁ খুংলক্লে। মতিকচাবা চসৈবু
তরা মাথোই মক্তুনা লোইমা পিরে, অমমম্।
মপু মোইরাং নিংথৌনা কোন্গা ফীগা কয়ামা,
যুব্রাজমা কয়ামা, নিংথৌ তাজোই মখেনা,
যুব্রাজগী মখেমা মনা অহুনা, পিরকপা
ফৈরোইজাম্মা মবাইমা পুবা-লাকপা ওম্মক্লে।
মনাইশিংনা হোজিনখি। মম্নাম অসি জোইরদা
থাংজিং মাগী লৈমন্দো থাদোই মাগী তম্নবা
মতাং অসি য়ৌবদা চাওবা থোংলেন লৈজৌরে।
খুমন মশেম মবাইদো থোইবী তম্না চংলক্লে॥
খুমন মানা—"ইবেম্মা—থাংজিং লৈমন পুরকই।
পিরুবদা থোইবীদো লৈথোকখরে আইথোংদো।
খুমন অমুক চংশিল্লি অমরোমদা অমুক পি।
লৈথোকখরে অনিরক। খম্বা মবাই য়েংহুনা—
"ইবাইবুংঙো লেংঙসি; তুম্বী য়োগে য়ৌলম্মু,

সেঙ্গো উচান খাংনগে, হুনা থোইনা পামজরে।
ইচায় লৈরাং খুংঙমদে লোক্‌তাক্‌ ভামী থেমনগে,
থোইনা পাম্মে মাহুনা। থাংজিং মাগী লৈমন্নি
করি শাওকম থোক্লেদো। লমজা খুংনা পায়রুরে,
সারা মানা পুরকই—খংই ইবাই ইবুংঙো,
শাওরিবনি মাহুগী।" চংসি হায়না খম্বদো,
লৈপোল অহু পায়খৎলে। থোইবী মাহু তাবদা
মুংশা থিগ্রে শ্বাই লাওই।—"কনবরা হায়ববু
মাংনবহুম ওইখয়ে—"। তুংওইননা ইবেম্মা,
মুগা মথুং তিংথোকই। ফৈরোইজাম্ব মবাইনা,
"খুমন ইবুংঙো শাওস্থ! য়েংউনেসে, খুং অসে।
অর্থ অমা লৈরিনে পংখরেদা নং অসে।"
মবাই বাহু তাবদা—"ইবাই'বুংঙো কৈদৈনো!
মনিং মমাং ওয়না লৈরাং লোবা হৌনদে।
খুমন ঐগী ইরান্নাই শিঙেল লানবম্ব নত্তে।
চিংউ মাগী লৈমন্নি। খংদ-মীস্থ নত্তেদো।
লোকম চাদনা পোৎসে, পিয়্‌ লোগে হায়রবা,
লোরোই হায়বা অর্থনি। ঐগী লন্নাই ওইরবা
খুমন ইবা থোক্‌পগী য়ানা বাথিন ওইর'দি
লোখরগা লোইরে—মাহুমক্ল্‌ থোক্লেদো।
পিবা ঙম্মোই ঐহাক্তি। ঐগী দোষ ওইগনি।—
হোরেন থাংজিং মহাক্না 'চিংউ ঐগী লৈনমবু
লোনিংদবা মীহুদা করম্‌ পিশিল্লবগে।'
উথিগনি শাওরনি ঐদি পিবা ঙম্মরোই।"
খুমন মবা তাক্কা—"বিচারদি মাহুনি,
অহুম অম্বুন ওইনমক্‌ নোংয়াই ইবাই য়া হায়গে;
পিরমসিদা লৈ-সি—'নিংঙ্গো রারুম, সমু রারুম,'

স্থবা বা লৈ ইবুংঙো ! নংন পিবা লৌত্রগা
ইবাই পিগে হন্দক্তি, পিদবদি চুমদেনে !”
“ইবাই ইবুংঙো চুম্মি—খম্বা ঐনা পাংবনি,
ঐনা খঙরুবনা—লয়োই মকোক ওইহনা,
মপাল ইবুংঙো, নিংথৌ মহারাণী থেঙরে।
অসাইদগী খম্বনা—তুংদা স্থন্না লেম্লগা
ইবাই ইবুংঙো লৈসি—য়েল্লক্ল’দি বা’মনি
লৈপাক মাংদা নংঙনা মপায় সংগাইদা ওইয়ু,
মাতৃমস্স্ থোক্তুরে । কেগে মীয়াম কৌরগা
মায়ম মাংদ হাংপদি ইবাই’বুংঙো য়ানিংদে ।
ইমারবা য়াম্-কম্মি । লৈ হেকঙৈগী বাস্থ লৈ,
সিনা ইবাই ইবুংঙো । লৈরাং পিবা ঙম্মরোই ॥”
খুমন চপ্ হেক য়ুংখরে ॥ বাখরেদা থোইবীদো,
মিৎস্না খম্বান মানবিদো, তরং লাইজ শিম্বরে।
“লানখ্রেদনা ঐনা, করি বাথন্দগীনো !”
খল্লহুনা থাদোইনা চিন্না থোক্ল হায়রক্লে—
“তাদ ’বুংঙো সেলুংবা ! মী, শাওহন্ বিগম্মু,
হোরেন থুংলে হায়জগে, হয়েং থুংলে হায়রকে।
ঐনা নিংবা অমত্তং লৈজহুনা তৌবনি।
পিহনবিয় লৈরাংদো” হায়জরক্লে থাদোইনা,
মুরা মায়থোং লৈসিল্লে লৈরাং অহু লৌজরে॥
“তম্মুম সেন্থ ইতারোই—মুস্থম্ কীদি ফত্তবা,
নিংথম থোংদৈননবা মখা থংবা তুদগী,
পিখিসিবা অমত্তা—নিংঙোন লম্লাই চাওজদে,
ফত্তে বারৌবিগন্থ ।” হায়জরকই থাদোইনা ॥
মবেন্মগী বাতুদা সেন্থ ভাব্তি তাদ্দরে ॥
“করি বানো ইবেম্মা ! থংজদয়ে ঐহাক্তি,

মখা থাবা চৈরেঙি—মমল য়াম্ব ঙাক্তনি,
মখাদগীম্ভ হায়বা ফত্তবম্ভ হায়ববু,
চৈব লৌকম খংদয়ে, ঐবু শেংনা তাকপিয়ু।"
হংগৎচরে সেম্নুনা। "করি বানো ইতারোই!
পংখয়েদা নং অসে। ঐনা প্লিজনিংববু,
ইপোং কন-কনম্ভ মভিক চাবা কৌবয়া।
খোয়ুম লাইদা কৎপবু মভিক চয়ে নিংফদে।
পিনিংবদা পিবনা মভিক চাবা লৈবরা।
মীনা মহেন খিবনি ঐনা মরাৎচবনি।
করি লৈবা কীনোদা। অহুঙ্গা চৈরেবু,
খিংখম খোংদৈমনবা, হুম্ভ মভিক চাদেদো,
পিখিসিনে পুরকউ।" তাকপিখরে সেম্নুদা।
চৈরে অহু পুরক্লে মবেম্মদা পিরুরে।
মুমুম্ চৈরে অচোবা ফীগী মচী অহুদা,
লুপা নিক্ক কিশিল্লে। মী কনাম্ভ উহন্দে।
চৈরে অহু থারক্লে। খুমন মানা লৌহুনা
শিয়রে'মুক মবাইদা ফৈরোইজাম্বনা—"শাজো।"
"ইবাই 'বুংঙো তাক্পিসি"—"পোৎ দৈবা হৌরেনহায়।"
"করি পোৎ ওইরবনো?"—"হায়নবিনি, ইবুংঙো!
চৈরে মচী অসিদা পুল্লিবসি উবয়া?
লুপানিনে শাজোতোন।" মবাই মবা তাবদা
"য়াম্না করে ইবাইবু—মাহু তোম্না খম্বিয়ু।
লমজা ইচেম লাইরবী মামী বার্তোন ওইজগে।"
ফৈরোইজাম্বা মবাইদো— "করি? অঙাং। বারত্তোন!"
খংপ্রেক খংনা হঙঙকই, খম্বুই বাখল অময়ু॥
খম্বা মসেন মবাইদো—থোইবাং কমনাইবক্লোমদা
লৈরাং থুংগে চৎলক্লে। মজাইবেম্বা লোম্বোয়ে,

খম্বা মাগী লৈরাংদো। পাম্মুবনা পিবনা
লৈরাং লুনা তোহোই। লৈরাংগুম্না কররমে,
প্যাম্মুবগী যাশিনে, লৈরাং গুনবু অমিনি॥
মোইরাং কম্নাইবশিংগী লৈরাং থুংগে চংলক্নে।
নোংবান পোকপা মপার্দি অঙোম নিংথৌ হায়বনা
কেগে লৈপাক অচুগী মকোক ওইবা কম্নিদো।
খুমন মানা লৈ অচু পিজরুরে, লৌখিরে।
হরাওখিরে চানখিরে; "খুমন ইবুংঙো কজে,
নিংথিজৈদা লৈরাংসে—মত্তিক চাদে শাজোবা!
চরৈ অসি লৌজবো।" পিনখিরে পোক্পেনবু।
পান্ন তম্না লানখিরে॥ উরে নোংবান 'মহাক্না—
খম্বা হায়বা লাইথবা চুদংপসে হন্দকৃতি,
মাংত্রা ভোংত্রা, মরাইথক থিত্রা কত্রা অমদি
য়েংউ থোক্লদৌরিকো। ঐগী ইপা ফাওব'সি
নমহুনা ফী লৌরক্লে। হরাও হরাও পিনরি।
অহন'সিম্বু ঙাওথরি, করি থোকই হায়তুনা,
কৈন্নু কান্নদবদা তৌজক্কবা শারিবা!"
ঙাংই নোংবান কম্‌ফমদা॥ নিংঙোল্লাকপা ঙরাংগী
নোংবান খংনখিবদো, মাগা কফম্ হেক খংনৈ।—
"হোয়! অচু মঙাইদনা, মুংবু মুংশিত্রবদি
মপা মচা লৈবরা। মুংশিরগা হেক লোইরে।
শকপু মুংশিত্রবদি মপা মচা চংনদে!"
ঙাংই নিংঙোল্‌লাকপনা। "করি য়ানো ইয়াম্বা!
হৌদুনা খংনবসে!" খুমই নোংবান কোংয়ানবা।
"মরূপ মপাংনিদমা—মাবু থিনা হায়রগা,
লাল্লবদি অমনি, কৈন্নু তৌজনবদা।—
খংনবা হৌবা কোন্দে যাগী যানা তাবদি।"

ঙংনৈ অনি সুমদোম্ম খুমন মাগী মত্তা॥
খুমন মানা লৈবাংদু মপা থোংলেন মাঙ্গদা—
"পম্বৌ লৈবাং পুরকই- ইপাইবুংঙো লৌবিয়ু"
হংগৎলুবা মতমদা—"পাবি'বুংঙো ঙাইখ্রোনে।
ইপা লৈবাং লৌখিরোই। কংবীম্ন থবুংঙোনি
ইপাগীম্ন ইবুংঙো, লৈরিবসি উব্রা?
ইপাদা হায়া পিম্ন, লৈবাং লৌবা ঙমখিরোই।"
মোইরাং থোংলেন অংথোবা হিক্-হিক্ লাওনা কপখরে।
খুমন মপা উব্দা ঙকচখ্রে খুন্নদো।
"পম্বৌ'বুংঙো মচাদি খংজদরে কুম্নিনো ?
ইপার যাথং অশেংবা তাকপিয়ুগবা ঐবু।"
"পাবি নংবু উব্ররো! ইপায় ইথক থুসিদা,
চয় কীঙো থাদুনা কম্মিবসি উব্রবা?
খুমন নংদি পংইদা নোংয়াই কবি খংবা!
খয়ুং লাইরৈপাক্কগী খম্বা-ইচা লৈরাংবা
য়েংগে য়াত্তকগে লাকই। 'খয়ুং লম্বী অশাংবা
চংকদবা অসিবু. পুংগোই মতম য়েংবস্যু
খুমন নংবু লাকখিনি লৈমাং পুরকখিগনি।
ইচায লৈমাং লৌখিনি।' ঙাইহিমি খুমন নপানা।
নপায লৈবাং কংলুনে। খম্বা নপা খুরম্মু।
লৈবাং পিম্ন থাযদুনা নপা' মখুৎ থিংথোক্কে;
নপা মশক খংদ্রবা, খম্বা নংবু উব্রবা?"
তাকপিরক্কে মপ্পানা। খুমন মানা হুম্নুনা,
হিক্কা হিক্কা কপখ্রে। "পম্বৌ 'বুংঙো নচাদি
খংজরুদ্রে শাওবিয়ু।" খুরুমজরে খম্মনা,
খাত্রাকপগী মথাদা থোংলেন মগী প্রক্কা
কক্ফম অমা হাংদুনা কিংঙো থান থম্মিরা,

মপায় ক্ষম্‌ অহুদা খুমন ছুরিঙৈহুনা,
খোংলেনবদি মপানা—"নমা ইচল-লৈমনা
মখুৎ-মক্লা শাবনি, তাকপিরিদো নপানা।
খুমন নংবু চরৈসি খোমবিয়েদো নপানা,
লৌজৌ খম্বা কংজরো।" হায়রমহুনা লৈরুম্‌'মা,
কুপ্পিখরে মচাদা, পুরেনবনু শজু্না॥
মপা মশক খংদবা, মপায় ক্ষম খংদবা
খংলে খুমন মাহুদা, নোংয়াই মবুক পেনখরে।
খোংলেম মবুক অহুদা "ইভাওবুংগো মুংশিদা,
নংগা ঐগা চংহুনা য়োক্লগদি ইচাসি,
পেনগদবু ওহ্নোকই।" কপ্নে খোংলেম অথোবা।
মোইরাং ফম্নাইবশিংদো খোংলেন মতৌ উবদা
কপ্পখরে। "মুংশিদা, মরূপ হায়বা প্রেম্‌-অদো!"
খম্বা মাবু উবদা নিংশিংনরে পুরেম্বা॥
খুমন মানঃ মপাগী লৈরাং কৎপা লোইখরে।
খোংলেন মপাহুমদা লৈরাং অমুক কৎচরে॥
খোংলেন লালোই তাম্বনা—"ইচায় মপান চারেদো"
লৈপাক মাংদা লাওহুনা লৌখিখরে লৈরাংদো।
লৈরুম অমা থাবিরে - পাম্ন চহুম লানবিরে॥
মোইরাং চাওবা নকুদা লৈরাং অমুক কৎলক্লে।
"অভাং নোংয়াই শাজৌবা মংনা পাঙ্গল পিক্লিভৈ,
য়োক্লক্তেদো ইকুনা। মংনা পাঙ্গল চাওরগা
নপান চাবদি য়াওরে। খুমন ইকু পেল্লেদা।"—
চাওবা পোম্নেনই থাবিরে পাম্ন-চহুম লানবিরে॥
মোইরাং ফম্নাবা মখৈ লৈরাং লোইনা থুংখরে।
চরৈ পোম্নেম অমমম্‌ খম্বা লোইবা লৌখরে।
ফম্নাইবদি লোইমদা কম্নাইবশী তাক্লোইশিং

শৈরাং য়েনগে চংলক্লে। ময়াম হূগী মকোক্তি,
খুরাই লৈমা ইবেম্মা নোংবান পোকপী মমানি॥
খুমন ভক্তি ভৌহুনা শৈরাং অহু থুংউরে।
খুরাই লৈমা পেন্ বিরে — চরৈ লৈরুম থাবিরে
খুমন পোকপী মমাবু চিন্নোক চিন্দিন্নহুনা
কম্মিন্নজরম্বনে, লমজা ওইহৌরম্বনে
মচান্ন মরুপ ওইহুনা ভিন্নরুবা অসিগা,
মুংশি খুরাই লৈমনা মচাথক্নি নিংখরে॥
মিংতা পিবু ভাহুনা খুমন মাবু কোনবিরে,
পান্ন চহুম পিবিরে॥ মমা চরৈ থাবদো
নোংবান মানা হায়রকই "ইমাখোয়স্থ য়াওব-শাই।
খংঙে কয়। কুইররোই—কুমসি নোংমৈ মঙাইরে॥
কনা যুগোৎ চাদরে ঙম্ন ইঙাও ঙাওনরে॥"
শিংঙোল্লাকপা শাওরকই—"তানিংদে ঙাংগম্মুনে;
নোংবান নহাক্-থক্তনে মুৎকদৌরি অঙোম-সে।
য়েংউ শোইরোই কোংয়ানবা। কনা মুংশিকম থোকই!
নংগা মাগা মরুপ্নি, নংদি নপান ফন্নিনা।
লাইরবনি খম্বদি— চরৈ খন্ন ফংবদি
হন্নাওফৈনা নহাক্কে ধর্ম্ম লৈতে নহাক্তি,
তুংদা কন্না মুংঙাইরোই॥" হায়বিন্নক্লে নোংবান্দা॥
অনিহুনা খংনবা নংগা মাগা য়েনখি॥
নোংম্নাই মাগীদমক্তা নিঙোল্লাকপা তিংখৎলি।
খুমন মাদি ভাজদে— লৈহু থুংগে হায়হুনা,
থোংলেনবিগী মমাংদা চংজখরে খম্বদো!
"পন্নেম 'বেম্মা নচানা লৈরাং থুংগে লাকচন্নি"—
হায়জক্লরে—। থোংলেনবী—"পান্নি ইবুংঙো ইমা
লৈলোবা ঙমদন্নিনে, মপু মানা চিন্দানা,

হৌনদেদো শাজোবা, মনাইনা হান্না চিন্নবা ॥
য়েংউ খুমন অসিবু ফীভো খুদা থারিবা.
উদ্রবন্না নহাকপো, নংগী ঐগী ইবেম্মা !
ভাংথরৈমা মমাবু ফম্মিবসে ইবুংঙো ॥
নংবু পোকপা তাদনা চৎসি চৎসি হায়বদা
"খুমন ইচা উদবা লোইদাম মতম কুইরক্লে
উন্নখিনি হায়দুনা খুমন ! ভাইরি নমানা।
নমাই লৈরাং কংলুনে।" হায়না তাক্লে থোংলেনবী।
খম্বা লমজা চংদুনা পলেম ফীদা থক্কুদা,
থাদজরে লৈরাংদো। খুমন ভক্তি ইরোইনৈ,
মমাই খুদা খুরম্মে। ফম্ফম অদু খংজরে।
থোংলেনবীনা খম্বদা "পারি খম্বা নমানা,
চরৈ অমা পিনম্বি ফংজহৌকো ইবুংঙো !"
পোন্দেন অমা থাবিরে। খম্বা চরৈ ফংজরে।
মথং অদু মমাদা থোংলেনবীদা থুংখরে।
পোন্দেন অমা থাবিরে। লৈরাং মথং অদুদা
নোংথোনবীদা কংলুরে। নোংথোনবীনা-
"পারি ইবুংঙো খম্বা নমা উন্নরবরা
ভাইহৌবদায় নহাকপু ?" কপ্প কপ্প হংলকই,
লৈ অদু লৌবিরে।—"ইমাইবেম্মা উন্নরে,
চরৈ অমা পিবিরে।" হায়জরুরে খম্বনা।
পোন্দেন অমা থাবিরে। খম্বা মথং মথংদুম
'ভম্বা তালোই মথৈদো লৈরাং কংপা লোইখরে।
মোইরাং প্রজা অপুম্বা মীপুম তিংনা য়েনখরে।
মোইরাং মীচম ফাওবনা কোক্তা য়েংপা চরৈদো
থাবিরকই লমজাদা। চরৈ ঝাংপা মথৈনা,
পান্ন থাবা য়াওরকই। লেম্মা তোক্তে কনাসু।

খরাই'পুখম সিন্নরে লৈগা ফীগা ওন্নখি।
কোয়ৌ মুমিং অসিদা ফংখরেদা থম্বদো।
লৈরাং য়েনবা লোইখরে মীপুম্বা পেন্নখরে॥

৯

# জগোই

মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা হংগংলক্লে নিংথৌদা—
"ঐবু লোয়বা ইনিংথৌ! খাবি শিন্নু তম্বিনা,
অমাই শিখোং য়েংনবু পাওজেনবনা লাইকাবা,
লাইগী মপাও অদুদা হায়বিরকই ইবুংঙো।—
নিঙোন মকোক ওইবীনে, পাখং মকোক ওইবনে,
মশক মতৌ ফজবা ঐগী হরাওবসিদা;
জগোই শাও, নিংথিজনা, লৈপাক মবুক তপ্ হনগে,
নিংথৌ মরা চেংহনগে হায়রি॥" হায়না চাওবনা॥
"নহোয় অঙম্বা প্রজা পুম্বনদি, নোংথোম্বা!
করি হায়না খন্নরি? ঐগীবুদি লাইরিদা।"
মপুই য়াথংসি তারে তাকপিরে নোংথোম্বদা।—
"নমাই ঐখোই খ্বাইগীদি, মপুই মঙ্গোল ওইনবা,
ফগদবা অসুম্বা খঙ্গদুনা লেপ্পজে।
সনা নোংদম অমতং তম্বিনবা হায়দুনা—।"
খুমজরক্লে চাওবনা।—"ইপু নোংথোন! অদুদি,
নিংঙোন মকোক কনানো? পাখং কনা লৈবগে?
মশক মতৌ নিংখিবা চোপ্লোইদবা লৈপাক্কী?"
হংবিরক্লে নিংথৌম্মু॥—"ইনিংথৌবু ! মোইরাংদ'
পিক্লবম্মু শরেংনি—চাওরবম্মু শরেংনি।
নিংথৌ নচিন ননাওনা, পোকপা মজাইবেম্মা,

নিংঙোন মকোক হায়ববু থোক্কনি সুরা মানা॥—
তালোই তুথি তমন্ত্রিবা তেংনা যুমগাদরিবা
হায়রুরগা পাখংদা.— হায়সি কদায়, হায়দসি
কদায়নো ননাই ঐবো! মশক মতৌসু ফবা,—
হায়রুরগা করিদা-অকাইববু লাকবা!
সিমসু-তুক কিজেদা!" হংগৎলকই চাওবনা॥
"করি রানো ইপুবো॥ নরম্মাইসু মত্তনা!"
তাকপিরক্লে। চাওবনা — "ননাও ইবুংঙো পাম্বোম—
অদোমদসু কায়দবা — ননাই নোংয়াই অঙাংনা,
থোক্কদরা অসুম্না খন্নৈজে নবাই 'থোইনা।
সিবু সনা চোরোম্না সুম তৌজো হায়বা অমত্তং।"
হংগৎলকই রাকম্‌সি য়াম্না লুনা খন্দুনা॥
"য়াম্না ফরে নিংথিদা। সিবু নং ঐদনদি
হেক লোইথোকপদি ফত্তে, ইনাওদ। মুকতা হায়রু।"
তাকপিখরে নিংথৌনা — চাওবা তম্না লাক্কুনা, —
"মনাও 'বুংঙো! নয়াম্বুং সনা য়াথং তাকপিরি—
নজাইবেম্মা থাদোইগা মনাই লৈরোই মকোক্কা,
জগোই শাহন্সি হায়না। নমাই চাওবা লাকচরি।"
হংগৎলরে চাওবনা। যুবরাজনা—"ইপু!
চাওবা নংগী নবাসে, মুংঙাইতেদো তাবদা।
তালোই নত্তা তালোইশা, মথং নত্তা য়েৎত-থং
করম জগোই শাগনি॥" য়ানিংদরে চিংথুবা।
চাওবনা "খংদে মাহু মনাই ঐ, সনা য়াথং ওইবগী
মচাইবেম্মা কাদদি অপোকপনা কনবগী,
হায়রু হায়বা অহুগী হংগৎচরবদনি।"
হায়রে চাওবা। যুবরাজ—"হুবু ইপু নোংথোম্বা,
নচা মমাক খম্ববু শাহম্লিংবহুদগী

নবুক-থোক্ল-শিনবরা হায়্রু 'ঙু ওইরবস্তু ॥"
হায়না হংই চাওববু। চাওবা শাওই।—"করিনো!
ননাই চাওবা ঐভবু তিংতিংগুম্না মীপুক-ঙু,
থারা-গুম্না মীপুক বাই কংতবদা তাহনবা,
খনবিগনু ইবুংঙো। স্মৈা ওইগে হায়বদো
মপু্ সনা পুক্লিংনি, চাওবা ইথৌ নৈজদে।"
হায়রে চাওবা, চাওথোকই॥ মপু্ সনা চোরোম্বা
য়ৌসি হায়না অনিদো চংখরে, হংগৎলে।
মপু্ মোইরাং নিংথৌনা—"করি বানো ইনাওতোন্"
কেগে মোইরাং কনাগী লম্নাই নত্তে ইবুংঙো!
লৈপাক মরা ভগ্নবা নিংথৌ পুন্সিননবা,
হারক্লবগী হায়বনি। নপু্ নোংখোনবসিনা
শিন্বা বা, মবুক-থোম্সু নৎতবনি মসিদি।
চিংউ লাইনা ফাওগনি। করি দোষ লৈবগে।
শাহন্সিদা ইবুংঙো। শক্ত-চুদ, লৈপাকী
মাইরোং ওইনা থাবদা তোন্দে খুমন নহাসে।
খম্নু খম্নু ইনাওস্নু।" তাকপিখরে, য়াখরে।
সনা ম্লাথং-মন্মান্-শিং হায়রু মমা বাপস্নু'
তাকপিখরে চাওবদা।—"চাওবা ঐনা হৌজিকপু,
মহোয় মহোয় খুদিংদা খুকউ লৈপাক তাহুনা;
মহোয় হৌনবী ভোবা, ভসি নক্লে ভোরয়োই।
সুপ্ চিন্নগে, ভসিদি।" খম্নহুনা চংখরে।
ইবেম্মশিংগী মাংদা চাওবা মখুৎ লোম্নরে।
"ইবেম্মশিংবু! ম্লায়াথং—নজাইবেম্মা থাদোইবু;
খুমন মচা নোংয়াইগা তারে জগোই শাববু।
জগোই পোৎলোই শেংনবা ভৌবিবনা ফগত্রা।
মহারাণী ম্লায়াথং তাকপি'দবা করম্বা?

হুন্নু ননাই চাওবদা তাকপিগনি 'বেম্মাশিং ?"
হংগৎচম্রে চাওবনা॥ মম্মা ইবেম্মশিংমা—
"ইপু চাওবা! মরুদি ইজ্জাইবেম্মা থোইবীনি।
'খোয়গীদি ঐখোয়নি ইপুনা'মুক্তা ইচাদা,—
মান্না য়্যারক্লবদি গন্তি লৈতে ঐখোয়দি।"
হায়বিরক্লে চাওবদা। চংগ্রে চাওবা থোইবীদা।
মজ্জাইবেম্মা হান্নমা ৱাসি তারে, খংঙম্মে।
চাওবা লাকপা উবদা - "তন্নুম সেন্নু ইত্তারোই
উরবরা চাওবসে" - "উরে মচাইবেম্মা।" —
"জগোয় শাবদি তারে, ঐমা নিংবা থুংঙনি।
পাক হেক য়্যাবদি চুমদে। য়্যানিংদনা য়্যাগেকো।
চিংথোক সোন্দোক্লগনে হুদা শাবা তামাল্লে।
চুনা ফজরোইদ্রনে ?" - "চুমা ফজে ইবেম্মা।"
সেন্নু মনাই মুপীগা তান্নথরে থোইবীদো।
চাওবা লাকপা, থোইবীনা উশিন্নদে খংসিন্নে।
চাওবা—"মজ্জাইবেম্মবু।"—"হান্নমা! ইপু! করিনো ?
উইক্লরমালে ঐদি!" খংই, থোইবীনা হংই।
"জগোই তম্বনি হায়'মা কম্বা থেংগ্রে ইপুনে।
ঙসি অহিংদি ঐদি তুমসিং কাদ্রেনেসে।
তুম্মিংবননে ইপু!" হায়জৈ থোইবী চাওবদা॥
"ৱারিরিনি ইম্মুদি! য়্যেংশিংঙেদা জগোইদো,
মহৌশাগা হৈবনে চুদৈ'মুক্ক তমশিল্লে।
ফজরনি ইবেম্মা! ঙসি জগোই অসিদি॥
নপল'বুংঙো নিংথৌমে নপাইবুংঙোগা 'নিনা,
খুমন মচা খম্বগা, নিঙোন মকোক ওইবগী
পাখং লৈরোই মকোক্কা জগোই শাওদি তাকপিদো।
নমাইবেম্বাশিং-খ্বাই—অঙবা পুন্নমক্ক

হয়াওনরে ঙসিদি। জগোই শাবা তারেনে।
চৈ হোংনবা ভোরো।" হায়রক্লে চাওবশা॥
থোইবীনা—"হায়মা ইপু! ঐদি ইতোম শাজনি
শামিন্নবা ঙমজরোই ঙাওবন্নে ইপুবো?"
থোইবী যাহ্ন তাবদা—"নপন সনা য়াথংনি।
হায়দ-য়াদ-হায়বনি। কেগে মোইরাং চাওরিদো।
মোইরাং খুল্লক অসিদা য়াম্না লৈরি নিঙোন ঙাক,
লৈম-সিজ লখা'মা। অমগুপা শাহল্লোই—
তম্না পরেং লেংহনগে খুমন মানা ময়াইদা
মঙা মঙা য়েং-ওইদা শাহঙ্গগে, ফরেদা।
য়াদ্রবদি কৈদৌনি। চংলে মজাইবেম্মা।"
হায়রতুনা চাওবদো থাদোই মবুক উতুনা,
চংথ্রে কৈস্নু থোওইদে। থোইবী মুংশা থিখরে।
সেন্নু তাম্নরক্কুনা পাম্ন-চতুম পিন্নরে।
মবেম্মগী মন্নাথং—চাওবা কাদা থংউরে।
"থংঙে সেন্নু ইপুনা।" তাকখি; অতুম চংখরে।
মমাহন তম্না মঙাগা মমা মাপল অতুগা,
পোংলোই সেংসি হায়তুনা চিংথংল্লুরে থোইবীদো।
"মাইনে মাইনে ঙমজরোই"—ইলেপ লেপ্তে মচিন্দি।
ইরেন অতুম হৌগংলি, চিন্‌গী ময়ানিংদদি!!
ফুরিংস্নু তুম লিংশিল্লি। "কোম্মনবন্না ইবেম্মা?"
"চারে"তুম মথুমই। "মাইনে ঐদি ঙমজরোই"
তুমদি থাবা লৈতে। থাদোই মতৌ উবদা
মমাশিংদো হয়াওই। মুংশিবগা লোয়ননা,
ইবেম্মশিংনা মোকই। মম'তোম্না "ইবেম্মা!—
তোকও, ইচা য়াদ্রগা।" অস্নুম্না লংনৈ থোইবীবু।
মাই মাই হায়না থোইবীদো পোংলোই শেংপা লোইখরে॥

চাওবা চংঙে থোংলেন্দ; —ৱমিৎ অনি ঊইশিল্লি,
থোংলেন্দো উদে চাওবা লাকপা ঢুমিন লৈরম্মি।
মন্ত্রি ভোজোন তৌরম্মি— "ওসি নুমিৎ অনিদা
খুমন মচা নোংয়াইগা মজাইবেম্মা থোইবীগা
শামিন্নহল্লু জগোই। মৎত্রবদি কুমসিদি,
থাংজিং বাংত্রেন নহোয়নি উকায় তক্কনি ঐবা।
লাই উকায় তক্প-কুম কুমসি থোকই শাহুল্লুকো।"
লাই অনি ভাইনরি। "ইভাও মন্ত্রি কৈদৌরি!
থোংলেন নমিৎ পাংথোকও।" কৌরুরে মোইরাং চাত্তবা।
থোংলেন মমিৎ পাংথোকই— "চাওবা কররি হায়বগে,—
ভোজোন থুগাইদা ইবো।" "নংগী ভোজোন ভাইখোদা,
মজাইবেম্মা থোইবীগা, ইমাক খুমন খম্বগা
জগোই শাবা-ভারেনে।" চাওবে মবা তাবদা—
"লাও হাই ইবো—কোনগে। (কোমৈ অহল অনিদো)
অদুই ভোজোন অহুনি ঐনা তৌরম্মিবস্থ।
কনাম হৌদোক্কুনা কদোমদগী খুজিন্নো
তম্মুভাগে মাহুহুম, জগোই শাবা শাদবা।"
হুংই, থোংলেন চাওবদা। লীনখরে অনিদো।
মবাই, মকু, মপানে মরাম অসি চংহুনা
শেংখরে খুমন মকাবু। গুলাপ মচু কৈজোম্মি।
নিংখম-সমজিন-উরেক-সেক-নোইনিংথোই-পামহু-লৈখাম,
খদাংচেৎ লোয়াম্বা-নে, কান্নৈ মচু নিংথিবা
খদাং চেংকী মরিনা, খবাক লীয়ানকমহুদা
ভারকপনা নিংথিবা, য়াংলেন লাইগ তাবনা
মোইরাং ভরেং ময়োৎকুম চিংলাইবক্তা হৌরবা
পামেন কোন্নানদোম নাপ্ন-লিংবা শাবন্দো,
খুমন মাবু য়েংবদা মিংকী কুমৈ ওইখরে।

খুবাং য়াইরৌ তান, হাপকৎথরে খুবোম য়াইসি তান্।
পান্মোম তান্স্ হাপকৎলে। হাপত্রে খুজি অনিদি।
চাওবা থোংলেন অনিনা লৌশিং অমা তৌরক্লে।
চৎৱে শেৎপা লোইব্দা নিংথৌ মিৎয়েং তাবদা—
"কৈনো মন্ত্রি খুজিদি ?" হংবিরক্লে নিংথৌনা ।
থোংলেনবনা—"খুজিদি লৈজদরে ইনিংথৌ।"
"লাও লৌজয়ো" হায়তুনা সনা খুৎতা থোল্লিবা,
লিরেন তংখাই খুজিদো পিনবিরে মপুনা।
চাওব-লৌগে তৌবদা—থোংলেন্না "চাওবা তাইখো,
নং-লৌরুম্নু ঐ লৌগে। নংনা লৌরুরবদি
অৱাইমন্দি চংগনি;" থোংলেন খুজি লৌজয়ে।
"অৱাইমন্দি খম্বদি, লাইরবনি ইনিংথৌ"
থোংলেন ৱাহৈ অতুদা উবিথরে মপুনা।
"ইপু থোংলেন অথৌবা ! খংলে ইপু লৌবিখ্রো,
পিরবনি নচাদা।" হরাও হরাও পিথোক্লে।
লাল্লোই তাম্বা নোক্তুনা খুজি অচু পুরক্লে।
খুমন খুৎতা শিবিরে। মপুই মনা কংবদা
পুরেম্বা মপাগী, কোম্না কংবা অতৈতুস্নু,
খুজি মথাং অচুম্নি খুমন মাবু শিবিখ্রে॥
"খিদা থোংলেন নহাক্তে ঐগী খুজিসিতবু
লৌগদগী মানানে।" খংভতুনা খুংশিনা,
পেল্লি নোকই নিংথৌনা, চাওবা থোংলেন য়েংতুনা।
মপু মানা নোকপতু চাওবা থোংলেন উজয়ে।
নোকই মনাই অনিস্নু ইউ উনৈ অচুমদো॥
খুমন মাগী মতোদো; অতোংবদা লৈথোনবা,
সনা'মনি থাম্বগুম নিংথিবতু উবদা,
মপু সনা পুরিংদা, "য়াম্ব্ য়ামদে অমুক্তা

পিনিংইদা ঐহাক্না--নিংথিজৈদা খম্বসে।"
খুমন মাবু উরগা—ঙাম্বরৈমা পুরেম্বা
অনিদুবু থাগৎখি মপু মনা পুক্নিংদা।
খম্বা থোইবী অনিদো চরৈ শেৎপা লোইখরে।
মমা ময়াম অতুনা—"চংঙো জগোই শানবা"
হায়নবদা থোইবীদো—"মাইনে ঐদি ঙমজরোই"
চিন্দি ইলেপ লেপখিদে। মাই-মাই খোংদি তুম থাংই।
থাদোই লাইমাং য়ৌখরে, খুম্বে ওইরোম থংবদা
খম্বা থোইবী অনিদো লেপজে থাংজিং সুমাংদা।
কৈলাস চিংগী চিংদোন্দা শিব-দুর্গা অনিনা,
লেংথোকপগুম ঙানখরে ওসি মোইরাং লাই-মাংদা।
মোইরাং কনা অমতা—মিৎফম হোংবা য়ানদ্রে॥
মোইরাং নিপা 'মতদি— য়েংহৈদরে নৈররোই
মোইরাং লৈপাক অসিদি—।" ঙাংবনা মথন্নতা
তাবা হৈবা ঙমদরে। শাওই মবুক অতুদা
চাক্‌ই, লেপই, "য়েংঙোইদো।" মমিৎতুনা য়াদরে
য়েংদবদি য়াখিদে হুরান হুরান য়েংঙকই।
মিৎকা পুক্না খৎনরে। খম্বা থোইবী উবদা
য়েৎকা ওইগা লেপ্পদো নোংবান ফুক ফুক হৌগৎলে।
ঙাংবগা শকপগা — নোংবান মতৌ উবদা
ফমিন্নবা থংনবা নিংঙোল লাকপা — "করিনো!
অঙোম নোংবান সেলুংবা! য়েংনিংদ্রগা থোকপিগ্রো,
চপেৎ-চপেৎ, অঙাংলা! মিৎফম হোংবা য়াদ্রবা;
মোইরাং লৈপাক অসিগী লাই অনিগী মশকপু,
কম্বা মমিৎ পাপ্পীনো, য়েংনিংদ্রিবা অসিবু!"
থিনা হায়রে নোংবানবু—খৎনখরে অনিহু॥
অনিহুনা লেপ্লবপা মূর্ত্তি অহু উবদা

লালোই তাম্বা অথোবা থোংলেম মন্ত্রি লাওরক্লে।—
"ঐম্বা ঙসি 'হোই' লাওনি খুমদম্‌গরোই খুম্বিয়ু।
খুমদবগী লমন্দি ঐনা নিংবা কাইবগী
থাংনা মরম হংগনি। চোংথোরক্লে থোংলেনবা।
মুংশিবগী কয়াম্বা য়েংনিংবগী কয়ামা,
কিবহুগী অমম্ব, পুক্লিং ময়োম চোংবগী
মখল মখল অসিনা চোংথোক্লরে মীয়ামদো॥
পুংসেন যন্ত্র শেমগৎলে। হুগী মখোল অতুদা
ইশিং লাই মথে হোরে — "খম্বা থোইবী জগোইবু
শাগদোরে য়েংউসি" হায়না ফুগৎমরক্লে॥
মাগী মাগী শাদোংদা মানা মানা তোংনরে—
ইরৈমনা-সরেংদা, ইরিক লৈমা-ঙাতেন্দা,
ইথৈরেন নামুংবীনা ঙারা খরোবীদা তোং,
ইতোল লৈমা—পেংবা তোং, লৈফোন-ঙম্বী ঙানোইদা।
লাইনুপী মথে স্নুম্না মাগী মাগী শাদোং তোংনরে॥
লাই-নিপা কাংবুমা--ইকৌয়েন নিংথৌ নামুংবা—
মুক্লাং থক্সা তোংখৎলে। লৈমুং থরো ঙম্বমা—
খাবক্ থক্স লেংখৎলে। মোংশাং ঙম্বা লাইনিংথৌ,
ঙাতিঞ্জোদা। লৈফোম ঙম্বা ঙাথি থক্সা তোংলে॥
মাগী মাগী তালোইগা খাবাং লেংফানরক্লে।
ঙাগী থৌগন কয়ানে লোইনা ফুগৎনরক্লে।
উমং লাইনা সরোইগী চহুম্‌ হুমফু হুমদোইনি!
লাইরুরানা তরেৎনি, লাইবং থৌনা মাপন্নি।
থাংজিং সরোই হুম্ফুগা মাথোই লাইয়াম পূমতিন্দি
তিম্‌বা লোইরে। ইশিং লাই, অমা ফাওবা-চিংখ্রে।
লোক্তাক ইশা মাপন্স ইথক লোয়না হোখরে॥
ঙা ময়াম হৌনরক্লে। শরেং নোংথোম্বা য়াওরে।

ঙাম্বিন দোলাই পাবসু, ঙাপ্রুম পুম্নান লেংথোক্লে।
ঙমু গোবিন্দ থোক্লে। ঙানপ্ পিত্রা খনবসু,
ঙাকিজ্রৌ মানবা খনবা, পেংবা কটম্বান লাক্লে।
ঙখা লৈচিং পুম্বেন্স খাবক মেঙ্গর হৌরক্লে।
ঙাহৌ পুজারি য়াওরে। ঙায়াম পুম্বা কারক্লে।
পুংয়ৈ শেঙ্গোংলহনা থাংজিং লাইকম য়ৌনবা
ময়াম অসি চৎলকই। ঙাতুম বেঙ্গুন খোংলকই
ময়াম খম্নে চিন্দা-দা মচিন ফবা য়েংহনা
সরেং খোইবী মহাক্না মোইবুং খোংই ঙসিদি।
ফীরান পায়রে খজিংনা। নিন খোংহনা ফাওরক্লে॥
উচেক ময়াম হৌরক্লে— বাইনু শিংগ-বাজ-দি
কদনবা লৌশিং লৌকোই নিংথোবেন বাইনু তেঙ্গোন
পুহনা কাখৎলক্লে। নোংয়াই থোংবু হনবদি
নাওথেম, চেক, চেক্লা কোলোই,—লোক্তাকুউথুম খম্বিচা,
উথুম কৌবা য়াওরক্লে। উরিন সঙ্গু তিনখরে,
সেন্দাং তেংগোন ফারক্লে। ঙামু খারা চিম্পাকপী
লম-কাঙ, উরোক, উরা, উসাই, তিভিঙ, উথিংসু,
য়েম্নাও, কাংক্রুক্ পুমসুনি উচেক ময়াম ফাওবক্লে।
উসাইনা ইশৈ হক্লে। উরিম্না খোম্বাংলক্লে।
সেন্দাং পাইন লেপখরে, কাংঙ শঙ্গু শঙ্গুমা
জয় ধনি তৌরক্লে। উথুমনা পুং মরু ওই,
কাক্রুক্না মনাও ওইরে। ময়াম অতু লাকপদা
তৌরক উরেল লৈরম্মী। উমুনা মাবু হংলকই—
"উরেল্ নংদি চৎলোইদ্রা?" —"ঐদি চৎপা য়াদরে,
নোম্বিনবা লৈতরে— মুপী বাঙ্গোন্ সং চংই।"
তৌরক্ উরেল লৈহৌরে। উচেক ময়াম কারকই।
মোইরাং খুল্লক য়ৌবদা — উরেংকোম্পৌ ইমুংদা

মতৌ মনাও খংনরে। উরেংকোম্বৌ অমোমনা
"কোয়বৈ কোয়বা কোয় কোয়থু।" লাবা হুনা শাওহুনা,
অমোমহুবু চৈরকই—"পুরগা থোক থোক পোক্ল
য়োল্ল য়োল্ল পোক্-থোক্ল।" থিনা চৈরে অমোম্বু।
তাইবং মীশু উচেক্কু মাগী মাগী তাল্লোইনা,
য়াম্মি ওয়বওাক্লি। উরেংকোম্বৌ চেল্লাদি
নিপা লুনা তৌনজে ঙাংনিংঙাই খম্ব ঙাংজৈ।
নিপা সেবা ফজবী উরেং কোম্বৌ অমোম্না,
"লেংউ লেংউ চংপিরু লৈপাক লাকএ" হায়হুনা;
চরৈ ফীজোন পুথোক্লে। উরেং কোম্বৌ লাবদা—
ফীঙৌ ফুরিং ঙক্লেবী ফুরিং ফীগা থাথরে।
রাসকোট অমুব'মা মথকৃতুদা নমহুনা
লাক্লে জগোই য়েংববু, উচেক মথৈ সুথরে।
খোয়ী, নোংথোম্ ঙাংলৌ, য়াওম্বু, চেংলৈ, ঙাংখ - কৈথেন্স
খুয়োন, ওকচিন অউব-কৈথেন মোইরাং কথেন মপন,
পুমতক্ তক্লা কায়খরে। মাগী মাগী মপোংতো
লোইনা হুন্দোক্লরম্মে। হৈয়োন, লৈয়োন, ফীয়োনফম,
অমা ফাওবা লৈহৌদ্রে। মোইরাং কৈথেন শন মথৈ
চংলহুনা চাহৌরে। চাবা মথৈ চারগা
শন্য়াম্থুম্বু কারক্লে। হাম্বা হম্বি খোংহুনা
থাংজিং লাইকোন তক্লে— কাওরেন জাৎস্থ স্বরক্লে॥
কথেম মাপন হাগৎস্রে। রাদা কাশ রাভোন্ লোম
উদা কাবা উতোল লোম্ লৈগা নোংগা তুথরে।
মুকথ্রী মশা খপ্নগুম উশা অমা হাংদ্রে।
মোইরাং চায়াম পোকপীদো মচা ময়াম পুরক্লে।
খম্ব চংগে হায়হুনা মচা ময়াম অহুগা;
অঙাংশিংদো লিংশিন্দ্রে মহোয় মাংহু থাখরে॥

উয়ুং লবাই তোরোদো চৎনিংবদি খ্রো খ্রো খোৎ,
মশম্ব ্তুনা খোইবমা মাগী মাঙ্গোন অতুদা;
কপই ও ও খোংতুনা। লৈকাই পাখং অমনা;
মাম্নু প্রপ্ প্রপ্ ফাওরকই জগোই য়েংগে হায়তুনা।
চাকচা ভোকপা মতুংদা ঙাহাক শাংগে তৌবদৈ,
তুমথোকউরে পাখংদো— থেংগ্রে মাম্নু ঙসিদো।
উয়ুং লবাই অসিদা শক্তি লকা ওইবীনি,
তোরো মানা কপ্লতু উরে পাখং অতুনা—
"তোরো কম্বিনো নংনা কপ্লিবদে ইবেম্মা ?"
হংউবদা— "তাদবু! লৈপাক কুম্মৈ তৌবসে;
ইমাম্নবা অপুম্বা চৎনৈ লোইনা খোখোৎপা।
ইফী ইম্বিক ইকোন্স্, ম্বাংতে কম্বি অমতা।
ইশমসিনা তাদবু, হাইফেং খিত্তা তিঙঙদি
চৎচগদোববুনে চৎত্রেদো মচন ঐদি।"
ওস্থোকপনি নিপাদো! "ইবুং হিদাক তাকপিগে,
ওখাক মখৈ তিংগনি, পুমতিং মক্তি হায়ঙমদে।"
পাখং মম্বা ত্যবদা তোরো খৌরাংঙতুনা—
"ভাদৈবুংঙো কৈদোগে! তাকপিম্নবা ঐহাকপো;
হাইফেংতবু তিংল'দি ইশাসে ননাই ওঈগে।"—
"ফম্বেতুদি ইবেম্মা উরোক শম্বল মহিনে;
চুহিদগা য়াম্নরো। কংঙ তৈব তৌরগা,
অকোনবদা নপ্শিল্লু।" ভাকপিরম্মে তোরোদা।
তোরো পাম্না লাম্লকই। হায়বিবতু য়েংজরে।
নপ্শিম্নরে শম অদো হাইফেং তিংঙে, চুবাদা,
লুমাংদা শমতু নপ্লে। হরাওজরে তোরোদো।
মক্ষী মরোন শেৎতুনা চেঙথৎলক্লে তোরোনা।
খিনুংগৈগী হয়িংনে, নারান্সৈদি রোমক্ষীমে,

উয়ুং লবাই খুনফমগী হয়িং ময়াম ওমখরে।
হয়িং ময়াম অত্তুগা ভোরো লাকপা অহুনা
য়োরে থাংজিং লায়কোন্দা তোরো ফমফম খিবক্লে॥
কেগে মুক্ত্রাম হায়বহু চাওগা চাও শাংগা শাংবা,
খ্বাইগী তুংদা লেপ্পনা নিংদোন মখৈ হেঙ্গংলি।
মুক্ত্রাম কপ্লাক অত্তুদা কাখৎলুরে তোরোনা।
মুক্ত্রাম মাদি খংদরি— মুক্ত্রাম লেংবান পায়হুনা
য়েংলে লৈপাক তিম্‌বদো। মীগী কপ্লাক অত্তুদা—
নোকপগা খেবগা "ফজরেদা ফজরেদা"
তোরো পুম্নাং লাংগুক্লে। তোরোমতা অমনি।
হয়িং ময়াম অত্তুগা কপ্লাক্লিকা খনখিদে।
হন্না য়েংই মুক্ত্রাম্না— "কনানো হয়িং ইমরি"
হৈবে। তোরো মুক্ত্রামদা— "ইবুং মুক্ত্রাম শাওগনু।
ঐ পাম্ন তপচরক্কে" তোরো পাম্ন তপ্পুম্না
লাল্লে, ইল্লে মুক্ত্রামদা। "ভালো তোরো তোংউ হাই।
পাম্ন তোয়না তপ্লকউ। কুমশিদা নত্তে তোরো;
কুম্ খুদিং ঐ' কপ্লাক্লে নংগীদমক খাক্লগে।"
মুক্ত্রাম তোরো য়ানরে। তোরো মবুক লৈতারে।
পাম্ন চখোম্ ইচাও চাও। লাওবগা খোংবগনা,
মচিন্দগী পাম্নগী মকুপ্ মকুপ্ চোংবনে,
মুক্ত্রাম মমাই অত্তুস্থ য়াওশংগুম্না ভাংখরে।
মুক্ত্রাম মরোন অমা পাম্ন চখোম শাইরকপনে,
পাম্ন মহি মকুপ্পা পুম-ভাং ওইনা ভাংখরে॥
অনিহুদা য়েংবদা কুমৈ অমা ওইখ্রে।
ওসি থাংজিং লাইমাংগী কুমৈ য়েংগে হায়হুনা,
লাইগী মখল কয়ানা থোক্লে মোংদোন খুদানৈ॥
জগোই শান্ত্রিহৈহুদা থোংলেন হোয়-বু লাওরক্লে।

পুং পুংজাও নাগনা শেম্মুং পুংগী জাৎতা সুখরে।
কংসি কর্ত্তান্ মন্দিলা ৰাঙ্গী বীনা তিনখরে।
যন্ত্র পুম্বা য়ৈরক্লে। সিগী খোঙ্গেন অতুনা,
সর্গ পাতাল য়োঁখরে। পৃথি লৈপাক লৈম-না
লেংলে কাইদ-কাইদ-না, অৱাপ্পা অনকপা চিং,
থাংজিং চিংজাওগী চিংদোম অৱাংবা লুক্থরক্লে।
থুক্লক ইরক্তা হৌবা উরি, উ ৱা পুম্নমক
মাগী মাগী মতোন্দো থাংজিং লাইরোমদা ঙম্না,
ইলুক লুম্মিরক্লে। হৱাই পোকপী কোচিনগী
সুংশিৎতুম্মু শিৎলক্লে। তোবুংলোমগী থুংঙরে।
কাক্তাগীস্সু য়োঁরক্লে। খূমুজাম্বা মচিংজীন্,
লৈরি চাম্বা মকাইগী মাংলবস্সু হুম্মক্লে।
সুংশিৎ ময়াম তিল্লক্লে। শমজি থাইনা শিৎলক্লে।
পাখখিবা সুংশিৎনা লোক্তাক খোংশা থেংথরে।
লোক্তাক ইথক থুগাইরে। কায়রে কোঙ্গোম ইরৈদো।
ৱালং ৱামা য়ৈবনা চিং-মানগী শয়ি থেমজা
নমথরে লোইনা পুম্নম্। সন্থু নায়াৎ থাইথরে;
মালেম তম্পাক লৈময়োন, পোরোম কাইথেৎ নমথরে॥
খম্বা থোইবী অনিনা লৈন জগোই শারকপা
হৌরকপদা চাওবনা অম্মিসিগী মরক্তা
চিংলে লয়ি অমতং। লৈম কাদা য়োনববু;
থোকউগনি সিদগী হেজিনগম্মু হায়রকই।
থোংলেন তম্না মুথৎলি, "চাওবা! নথৌ লৈতে" হায়।
জগোয় অসি উবদা ভাবোক পুম্বা ঙাওখরে।
মোইরাং থোংলেন অথৌবা থাংগী জগোই শারক্লে।
থোংলেন হোইবু লাওবক্লে।—"হোয়্-হোয়্-হোয়্ হোয়্
হা-হা-হা,"

হেরিক্লে হয়া-আ-হে, সিবু থোইনা হরাওবা
লৈবনে-লৈবনে সে-সে-সে সম্বানসিদা।
সয়া শাগৎলো খম্বা! পারি'বুংঙো শাগৎলো।"
কোরৌ মুংখিল অহুদা মুমিং খা থরানমিচাক্
পুন্না থোক্লে ঙানখরে। অপাম মুংশি, অবাবা,
অকিবস্মু মুংঙাইবা, হংগোই তুজুং ইকাইবা,
অকন্ বা অশোনবস্মু স্বষ্টি প্রলয় অমিগী
জগোয় মুনা শাখরে, খম্বা থোইবী অমিনা।
লাইগী জগোই শাখরে মীগী জগোই হৌরকই।
মী-লাই অনি ভাবোকপু মুক্লে জগোই অসিদা।
শিব দুর্গা অনিনা ঙাওনা জগোই শাবনি।
থাংজিং লাইগী শুমাংদা উরে ঙসি মোইরাংদা॥
মোইরাং থোংলেন ঙাওখরে, থাংগী জগোই শারক্লে।
থোংলেন মাগী মমিত্তা কাওরে নিংথৌ মচাদো —।
মচাই মমৌ ওইনবু উরে থাংজিং সুমাংদা॥
জগোই তাপ্পা অহুদা—হোয় লাওবা তোকথোকখরে।
"ইচাগা ইমৌগ"—দা হায়না থোংলেন লাওরক্লে।
নৈমা নিংথৌ উরক্তে। থাম্মি চাওবা চংদুনা—
"হায়ন-হৌনদে ইতাও। থোংলেন তাদে থোওইদে।
হায়দ হায়জিন্নুরগা, তৌরে, "থাংনা য়াল্লগে।"
থোংলেন মতৌ উবদা—মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"থাম্মুরস্মু নোংথোম্বা! থোংলেন মনিং তৌহল্লো।"
হায়দোকপিরে চাওবদা। লাওনিংবদা লাওদুনা
ঙাংনিংবদা ঙাংদুনা শাগৎলক্লে জগোইদো॥
থোংলেন মাবু কিবনা—মচাই জগোই শাবদা
য়াওদে হায়নি হায়বগী—অনান্ হাওস্মু শারক্লে—
"অলম্বা-তুংনা তুংনা রেচো, তিক্কারা তোংলে

চো থংপনা য়ুমো দাসো, সোসোম্না নলে বমে ।।"
শক্লে ইশৈ অশিবু জগোই হুগা চানবা ।।
নাক্ষো হাওস্থ চোংথোক্লে জগোই লৈন শারক্লে —
"চগ দিম্লে কদিম্লে কোফ'ান লন্দুম তন্দুম কাই
ম-ঐ-বা চুংবা-ও-এ" হায়না ইশৈ শক্লক্লে।
খোবুং হাওগী মখৈনা—"ক-ঐ-ক-ঐ চম্বোংগৈ
চম্বোংগৈনা দ অং-গী দে অং গা মম্মু, নত্তে,
দেঙ্গী দেঙ্গা ত-না-আ, য়েংলে নতিঞ্জো কৈনা।"
ইশৈ অসি শক্তুনা শারে মাগী জগোইদো।।
লমগাং হাওগী মখৈনা—"তোই লৈমা বাকোলো-ও
বাইলং-সেম্বি মুংশিমু মুংপি কপোরা—" হায়না
পুংগা সেমগা চানবা জগোই শানা শক্লক্লে।।
চিরু মখৈ তিন্দুনা—"নশম্ লাগে মুদিম্লে,
কোংকা লুলে পমাংপি উ-এ-নপম্ন ককা
তনা উ-এ শকখরে — জগোই লৈনা শাখরে ।।
কবুই লৈশাবী তরা পাখং তবা চোংথোক্লে।
জগোই শামে শক্লকই— "হুনাপুই-বুই-য়া-অং-দায়
পত্তেংবোগে গাল।" হায়না থাংজিং খোগন তৌবক্লে।।
হমুবী হমুবা মখৈ—মংলা থাবৈ ইশৈ -
"মৈলৌদায় কখৌ লান ওই ওই য়াংদাই কখৌ লাংদা'
তনয়োংলো য়োংলে'পা চংতুর য়োংলে য়োংলেলা,
থংকনা য়ুনো দাসো সোন্ সোম্না নলৈ'কমে।"
শকলে সিবু মখোইনা মিৎতা পিবু তামখৈ।।
কবো মখৈ চোংথোক্লে—মুপী কবোশিংহুনা—
"ইবুংখোই মঙ্গিখোই তজেংঙা থোংজাও লাম্লিঙৈ
লৈহাওগী মাম্না খেম্লি ঐগী ইশম তাখরে
খিত্তা খুনবিয়ো।।" ন্নিপা কাংবুহুনা খুম্লকই—

"নংগী অমে লৈ, নংগী আপা লৈ—ঐ ঐপিয়ো
নিপিয়ো, 'সিদি থোংজাও শিথেবাই ফজেংগা।"
লৈশাবীনা খুম্মকই-মোঙ্গি রেথেক তিম্বেক্ তিন,
লপব্যা মোইহু তেঙ্গাতোন্, কংশোইনু মোংবার মোহে,
তেতে তেনোয়া সোহে। পাখংনা 'মুক খুম্মকই-
আকাসো পিয়াওমে হোতেঙেও-তেস্বোং" শাখরে।
ঙসি কৌবা কোরৌদা—থাংজিং লাইগী শুমাংদা,
লোক্তাক লাইজ ওইরক্লে। কেগে মোইরাং ফম্নাইবা
ফম্ননবা ময়ামগী থাংপোক কোয়না শাবনা
ওইরে লোক্তাক খোংবানবু। প্রজা কোয়না ফম্বনা,
য়াম্বা চরৈ মচুনা শেংলক্ চারকপন্থুবা
চেকম্না কোন্দোন ওইরক্লে। থাদোই নাক্তা মমাশিং
ইবেম্মশিংনা লেপ্লকপা ইশিং তাবা থম্না ওই।
মনাই সেম্নু কৌবিনা চুমথাং পান্দোং ওইখরে।
খুমন মানা খেঞ্জোং ওই। মজাইবেম্মা থোইবীনা
খেঞ্জোং থক্কী থম্বাল ওই, জগোইসিবু শাখরে॥
মোইরাং নোংবাম কোংয়ানবা অঙোপানবা মপারি,
কল্লক চাওবা ধারানি, জগোই অদু উবদা,
কল্লকপোইদি নুংঙাইবোই অঙাওবদি ওইখরে।
ইকাও কাওই হেক মম্ই মাগী ফক্ষম অদুদা
জগোই শারে মথন্তা হৌগৎলি ফমই মোংবান
মমং মহা ওইখরে। নোংবান্দো জ্ঞান্ মাংলক্লে॥
খম্বা থোইবী অনিদো জগোই শাবা য়াখিত্রে।
থোইবী কুন্দোর মাইবগা খদাংচেৎ লৈতোন্থুগা,
খম্বা নিংখম মতোনগা ইম্নফীগী ফীজিন্গা
জগোই নৈন শাবদা য়েৎসিন্নরে অনিগী॥
মাইবী মাইবা চংথুনা থোক্কে তৌবা ঙমদরে।

কিশি কিশি কিরম্মে খুৎমা কিবানদোগুম।
মোইরাং নিংথৌ হোগংলে হংগৎপদা মাইবনা ॥
খাংজিং লাইশং মনুংদা অনি অত্থু পুশিল্লে।
ফীজোম ছুমা হোংদোক্লে। অনৌবা'মুক হোংখবে।
মতিক চাবা পাত্রদা কিশিন্নবা ফীজোন্দো,
থম্মে লাইগী মমাংদা অমক জগোই শাখয়ে।
হোংদোক্কনা থম্বগা কিশি অত্থু থোক্লমই।
য়েংগে মাইবা মাইবীনা হংগৎখরে নিংথৌদা।
থোইবী খম্বা অমিদো থংনখবে লৈপাক্লা;
"লাইনা পোকপা মচাবা নুরা পাখং—লৈপুল্লা ॥
লৈপাক জগোই শাখরে চিংখুবম্সু নিংথৌম্সু –
ফমদো হুমকুমাথোইস্সু লোইনা জগোই শাখরে ॥
কোরৌ মতাং ওইরক্লে। জগোই অত্থু লোইখবে।
অমাইবা অমাইবীনা সনা কোঞ্জন যাইচল্লে,
ইরোং সংদিং ককখরে ফীরোইবু তানখবে ॥

---

## ভরুকথৌবা পন্দুপ

## লমজেন

১

কালেন হরাওবা লোইরবা, শাংবন পানা লৈ লমজেন,
ওইরবদা হায় নোংমা—"খুমন ইবুংঙো নংদি
কারগনু হয়েংদি কেগে কংলা অসিবু ॥
কুমসি লম্জেন সিগী বা লেপ্পরনি হয়েংদি।
খুমন মশক উরগা কাওরুবনু নিংশিংঙক ;
লমজেন চেল্লু হায়রগা মাই হায়সি হায়ভমদনা
য়াম্না রানি ইচেমদা। কেগে লমজেন হায়বসি
পিদোন পাদোম মচানা লমজা সম্না নং ঐনা
য়াওবা য়াবা নত্তেদো। কেগে লমজেন অত্রেদো
মোইরাং লাঞ্জেন্নবনি। খুমন নংদি খংঙরোই,
পন্থো'বুঙো লৈরিবৈ চেপ্তি লমজেন অসিবু।
লমজেন্নদি থোইবদা হুগী থোইদনবা,
লাংগোই তোংবা করামা য়েৎলম্মিবা লমখাংদা,
ভম্মি রারম অপুম্বা হল্লরুগা পল্লেমদা ॥
ভাহৌই ইচেম রাহু ; অহুম ঙাই হৌজিকনু।
খুমন কনা য়াংহুনা মোইরাং লৈপাক অসিদা,
চেনবা য়ারোই ইবুংঙো। খুমন কাক্করগনু"
হায়না খাম্মে মচেনা। "কাজররোই ইচেমহন"
হায়রে খুমন মহাকনু। খুমন মবুক অহুদি
"মোইরাং লমজেন অসিবু অমুক্তদি চেম্নিংই—
কম্মো তৌরিবসিদি চেনবা য়ারোইদৌরিব্রা ॥
নিপা কয়ানা য়েৎপা করম দৌনা চেমবদা—।"
খল্লি খুমন মচানা চেনিভিঙদো খল্লদো ॥
লমজেন হুম্নি লৈরিবৈ মুমদাং অসি ঙাংনরে।
মোংঙাল্লকপা নিনিদা অমুক অঙনবহুদা,

মচেম হৌদ্রিঙৈদ্রিদা ঙন্তা হৌগৎখরগা,
কয় লৈরে খম্বদো, মাংগোন দারি অদুদা ।
থুমন মবুক অদুদা লমজেন বাখল তৌদুনা ।
মচেম হৌগৎলকপদা উরে মাগী মতৌদো ।
থুমন চম্ব মচেম্না—"ইদুনিংথৌ ইবুংঙো—
নোংয়াই কৈদৌরবগে ?" হংই খম্ব্ মুংশাথি ।
"কৈস্থু তৌদে ইচেম্বন ! অম্বুম্ বাখন অমতং,
তৌরদুনা তৌবনি ঐনা খন্বদিসিম্নি ।—
মোইরাং লমজেন অসিবু অমুক্তদি চেপ্পগে,
ইচেম সেবা অসিদং ঙমজবরা য়েংজগে ।
নিংজদুনা লৈবদা, চেন্দবনা ফরদ্রা,
স্থুম্ খঞ্জরম্বা ঐনা ।" স্থুম্না থুমজে মচেমদা ।
লমজা মচেম খম্ব্না—"চেনিংইনি নহাক্তি,
ঙরাং ইচেম হায়বদো কাওস্থু থুমন চেনগস্থু ।
নযুম্ নকৈ পান্দুনা য়ুম্লেপ উরেপ কায়গা,
লাক্কনি কোন্না থোকপা ইচেম খল্লুখিগস্থু ॥
য়াওনিংউস্থু, ইবুংঙো ! খংউ ইচেম হায়বসি,
নোংয়াই কনা লৈত্তেদো ॥" খামজবকই মচেম্না ।
"ইচেম্বনবু চেনিংই—ঐনা চেনিংইবসি
ঐনা হায়জখিবদো ; অদুগা, ইম্বা শকপী ।
ইচেম মংগী সেবাদা খিৎতং নিংবা থুংগনি ।
ঐনা মথোইরগনি হায়বগী ঙাক্স্ নত্তে !
চেল্লবদি ইচেম্বম্—ইচেম থৌজান লৈরবা,
মীনা পাক্স্ থোইরোইদা ; ( খম্বা শেংনা হায়দোকই । )
সিবু তৌস্থু হায়রগা চেপ্পরমোই তোক্লগে ॥"
থুম্মি নোংয়াই মচেমদা ॥ লাইরবিদি মচেম্না
থাম্বদুদা চেল্লরোই নিংঙে ঙাহাক খম্বদো ॥

খোয়ুম মাবু চংঙবোই চেম্নিংবনা খম্বদো
লৈবা ঙমদে মত্তোমদা, মওন মওন খম্বখরে ॥
কোরৌ মতাং ওইবনা মোইরাং কংলা কানপ্রে।
খুমন মানা—"ইচেম্মা চৎখোক খোংতোকপা তাঙ্গা
কংলবদি অমত্তং কারগেবু কংলাদো !"
খল্লে মবুক অহুদা। খুমন মাবু মচেম্মা
থাদোকতরে মতমদো লৈরে সুম্না শংহুনা ।
চিংউ মানা শিল্লবোই খুমন চন্নু মচেমদো
"ইহু নিংথৌ লৈরম্মু ইচেম লেমলৈ অমতং
লৈরুগেকো কথেন্দা।" হায়রম্ভুনা খম্নুদো,
চৎপ্রে খুদক-তুমক্তুদা ॥ নোংম্মাই মানা খল্লক্লে—
"চিংউ মানা কুবিরে চৎহৌরগে।" হায়হুনা
চরৈ তম্না হোংহুনা কাখৎলক্লে কংলাদা।
কংলা চোন্না তিন্‌বদা খম্বরকই লৈপাক্লা,
"হয়েং লমজেন অসিবু কনা কনা চেনগনি
খুঙ্খা নোংবান পানবা কনা কনা লৈবগে।
মনাও 'বুংঙো চরন্দা অনৌবা মী করম্বা,
লমজেন চেন্‌গে কা হায়বা চংলকক্রবো ?"
হংনরকই অসুম্না ॥ "কৈদগীনো লাক-লাক্তে,
হান্না চেল্লম্ ফাওববু তোকে হায়না লাওনরে,
নোংবান হায়বা য়াম্বূংগী পানা সিনা কন্‌বনা ॥
চহি তরেৎসুরেদো মানা থোইরকইবসি।"
সুম্না নৈনৈ কংলাদা। নিংশিংনদে খম্ববু
নিংশিনবা য়াবদা। নোংবান মাগী মগুম্না
হান্না চাওনা লৈরম্বা তুমক্তনা কুপ্তুনা,
মীবু ওইমা থম্নদে খংনা উনা খম্ববু ॥
ঙাহাক নৈনক্লরগা, চাওবা, খম্বা নিংশিংই—

"খুমন ইচা লৈরিবা।" হেংগকপবু উমরে,
"খম্বা কারক্তবোইরে কব্রিগীনো ঙসিদে!
কৈরোইজাম্বা হায়ব্রিবা ঐগী ইচা অসিদি
কৈদৌননি মাগুম্ম ইচা ঙরা পোক্কনা।
ঐগুম্বগী ইচানা অস্থুক পংনা পোকপদি;
বুদ্ধি অস্থুক লৈতবা, মী ওইরোই অঙাং অসি।
মসেন খম্বা অতুবু ঙরাং নহান্ থুদগী,
তানকৈনা 'মভস্থ। হায়ব্রিমখৈ ভৌদেদো॥"
শাওই মচা অতুবু চাওবা মবুক অত্থুদা।
চাওবা চৈরাপ্ সুংদগী চিক্ক্ মাইতেংগে হায়না,
থোরকপগা চাকুরে, খুমন লাক্তক লাকপদো,
চাওবা উরে মমাকপু। —"হায় হায়! সুংঙাইখরেদা!
খুমন 'বুংঙো সুংশিদা, পুবিরকপোই থাংজিংনা!"
হরাওজরে চাওবদো, খম্বা লাকপা ঙাইখরে।
খম্বা য়েরিকপমক্তা। —"খুমন ইবুংঙো নোংয়াই?"
"ইমান ইবুংঙো" হায়না খম্বা মকু খুরমই।
"তাও! ইকু বাহায়গে;—চিংখু নহা তেইহেলবা,
থরক রাইবু চিনখরে চহি ভরেং সুরেদো
পোবা মাগী পানানা। কুমসি লমজেন সিগীস্থ
মপা লৈত্রি মোংবানগী কম্দে'বগে নংবুমে?"
হংই চাওবা মমাকপু॥ "চেনবগিদি ইমান্বু!
চেন্নিংখরে লমজেন্সে, চেন্নুরগা চোপকত্রা,
মাসি, ইমান ইবুংঙো! অস্থুম তৌজো হায়বথু
তাকপিরগা তৌজগে, মনাই ইচেম্নদি 'পামদে
ইথুনিংখৌ চেনগন্থু লমজেন নত্তে মোইরাংগী
লাঞ্জেলবনি' ত'কৃপি।" হায়জরে লমজা খম্বা।
চাওবনা লোমা মনাই অমা থাজিনখিহুনা

কৌথোকখ্রে চৈথাওগী তারি নামোইজাম্বগা,
চুঙাং থাবা মনাইগা, লোয়না কনা উহন্দে ॥
মমু মীকোক মরিসি লোয়না চিক্কক থোরক্লে।
চৎন-চৎনা চাওবনা—"নাম্মোইজাম্বা নংবু
লমজেন সিবু কুমশিবু চেনখিগত্রা নহাকপো।"
নমোইজাম্বনা খুমই—"ননাই ঐদি অতম্ব !
য়ারবদি তোক্লিংলে, পাংগন্স্ য়ায়না হল্লে।
তোকচরগে নিংজরে ॥" মুয়া ঙাংনা-ঙাংমনা,
ঙাম্ব কথেন য়োরক্লে। চাওবা মমাক য়েংহুনা—
খুমন ইবুংঙো নোংমাই, পম্বৌ নপা লৈরিউঙে,
চেন্নমইদো ইতাওনা। থোই কুমজা খুদিংগীনি।
নপা লৈখিদ্রবদা নোংবান কখৎলক্কুনা,
খুম্বক ময়েং তারক্লে। যুবরাজ পানাসি
ময়েংতাবা কুইরে। অমুক্তদি ফুক্কৎসি ॥
তাকপিরক্লে চাওবনা ॥ "ফনি ইমান ইবুংঙো
'কেগে মোইরাং লমজেন্সি লমজা মচা চেম্ফদে'
সিমতংদি কদায়নো !" খম্বা মানা য়াঙ্গরে ॥
"করি যানো ইবুংঙো ! মোইরাং কনা হায়বগে ?
নংবু করি লমজানো ! নংমুক খুকন্ পাঙ্গন্বা
কনা লৈরি মোইরাংদা, চাওবা ঐলৈ থোংলেন-লৈ,
চেন্ন কনা কিরুম্ন।" হায়বিরে খম্বা মাবু।
চুঙাংথাবা হায়বসি মোইরাং লৈবাক অসিদা
নোংবান মাগা হেন্নবা খোংকাপ অময়োমতনি।
খুমন লমজেন তম্বিয়ু চেন্নরকউ সিতায়না
চুঙাংথাবা মঙোন্দা খম্বা মাবু শিনরে।
নোংথোম্বা নামোই অনিনা কথেনহুদা লৈহৌরে।
খম্বা চুঙাংথাব 'নি কুমথরক্লে কৈথেন্দগী।

থোইবাং সজেন্ কু য়োরে। "খুমন ইবুংঙো নোংয়াই
মাসিদগী হৌরসি, সোর স্নুমা পুগনি,
নখোং স্নুমা লেপকনি" তাকপিরক্লে খম্ববু।
চেপ্সি খম্বা হায়বদা, খুমন মানা—"ওঝাবু,
ওঝা মাং থাবিয় ঐ ভুংওইননা ওঝাগী
খোংথাং ইহুন্ য়েংজগে চপ্ মান্নবা চেল্লগা,
উররোই নাকচেৎ ওইরগা" হায়জরক্লে খম্বা
খোংকাপ অমা অন্দাজ্দা চুঙাংথাবা লেপখরে।
খুমন ভুংদা থংহৌরে। সিয়া হায়না থারক্লে।
চুঙাংথাবা ওঝানা লৌ পরি অমরোম চেনখ্রে।
হন্না য়েংবদা খম্বা, অহুম লৈরি থারক্তি।
খম্বা মাগী পুক্লিংদু চুঙাং থাবা উথরে।
শিরগে হায়না মাসু খোংথাং অহু হাপখরে।
পরি অমা হেনগ্রগা খম্বা মাসু হৌরক্লে।
খুমন মানা ওঝাদো খোংকাপ হেক্তিলক্ত্না
চুঙাং থাবা লৈহৌয়ে। ভাণ্ড কখেন য়োখরে।
চুঙাং থাবা থংবদা পোথারক্লে খম্বদি॥
স্নুমা তৌই হায়বদু তারে য়ানি হায়নরে।
খুমন মাবু চাওবনা—"খুমন ইবুংঙো নোংয়াই,
ইমুং লমজেন পাম্বরা? চাকচ-মাংনা পাম্বরা?
নিংথৌথোংদৈ চেনগেরা? ফ্বালাদৈ তৌগেরা?
চোথে-পুংদৈ কমদৌই? পোশংবমদৈ কমদৌই?"
হংবিখরে খম্বদা। খুমন মানা "ইমান্বু
অতৈ অসি চেম্নিংদে য়ারবদি কাক্তাগী
লমজেন অহু চেঙগে" হায়জরকই চাওবদা।
"নোংয়াই করি নিংদুনা কাক্তাদবু চেন'গগে?"
হংবিবদা চাওবনা।—"ইমান ইবুংঙো সোম্দা,

চেঙ্গরগা ঐসিনা, ইপাগী লমজেন খুবম
নিংজে উজগদবোই, হুনা চেঙ্গনিংবনি।"
খুমজখরে খম্বনা। পেনবিখরে, চাওবদো।
কেগে চৈরাপ চংলক্লে চাওবা লৌশিং তৌহুনা
কৌথোকউরে ময়ামদো কাংজেরোই হুমফু'মরি।
নোংবান মাবু য়াওহন্দে। নিংথৌ খুরুম্নরে।
"খম্বা চেনবা তারেদ্রা?" হংবিখরে মপুনা।
"চেনবা তারে" হংগংলে। খম্বা লাকোক্ হাপ্লীরে।
খুরমজরে খম্বনা—"নিঙথৌ পিয়াই তৌনম্ব
খম্বা মঙ্গোল ওইজোকো।" মপু' বোর পিবিরে।
"মপা চাবা থোরক্লে ফুবালাদি নকমল্লি,
কাক্তা রোমদা চেঙ্গগে হায়না নিরি ইনিংথৌ।"
চাওবা তন্না হংগংলে। "য়াম্না করে চেহুল্লো।"
অহুমস্থ লৌথোক্লে। ময়াম অহু ওকখরে।
"নহোয় কম্না হায়করে"- -"হায়দে কম্না খংবগে।"
ঙাংনৈ কাংজেরোই মথে। ঙাংনরকপা উবদা—
'ইপু চাওবা করিনো ময়াম হায়নরিববো?"
হংবিরকই মপুনা। "করি নত্তে ইনিংথৌ,
মনিংথুংলে হায়হুম্না ময়াম হুরাওজবনি।"
কৈম্না পুখি চাওবনা মমিং মমাং ওন্ননা,
ঙমদে মোইরাং কনানা মচিন থোকপা অমতা॥
ময়াম অহু পুহুনা কেগে চৈরাপ চংলক্লে।
চিংথুবদা চাওবনা "লমজেনগী মী থিরুববু
ফংলে মনাও ইবুংঙো।" হংগংলরে খুনমক।
"ইপু নোংথোন কনানো?" 'অজ্ঞা নমাই খম্বনি।"
"মুংঙাইরেদা নোংথোম্বা! মতিক চাইদা অঙাংদো,
ঐগী পানা অসিনা হম্থুবিবা কুমজাসি

য়াম্নে চহি তরেৎনি। হান্দক লমজেন থোইরবা
পানা মমাই পাক্লবা মনা চাওনা পিগেকো।
ইপু! ইমাই পাকহল্লু।" হায়বিরক্লে যুবরাজ।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা—লুদগীদি ঙানপ্‌-লু,
খাওদগীনা ঙবোং-খাও। তাঙ্গা ফংলকপহুদা
"মতম কুইরে ইবুংঙো! চুমই, মাইসি খুরেদা,
হান্দক লমজেন থোইরবা, মুংঙাইজগে ইপুনা,
মনা পোৎশক অসিদি থংনিংঙেদা ইপুদে।"
লৌশিল্লকই চাওবনা। চিংখু উরা নহাদো
মীনা লাকচ খোৎচবা য়াজদবা নিপ্যানি।
পায়ম লিংজেন খাবনা মুংবু খুত্থম চন্‌বনা—
"ইপু চাওবা হান্দকপু লমজেন্‌ থোইরবা,
ইমোম ইজা ইবেম্মা পিগে ইপু মনাদি।"
হায়রে চিংখু নহানা। চাওবা মুংঙাই ইন্দ্রিদা॥
শারিঙৈদা ৱৈহৌগে, নিংলহুনা চাওবনা—
"পিগদবা ইবুংঙো?" "সৈত্ত ইপু! পিগনি,
থাংজিং শাখী ওইসনু থোইদবু থোইরবা,
ইমোম ইবেম্মা পিনি।" যুবরাজ হাশক্লে।
"ননাই খম্বা লমজাবু লাকোক হুম্নু হাপ্নিরে,
নয়াম্বুংনা হুজিক্ত—খম্বা লাও খুরমজরো।"
কৌসিন্দুনা চাওবশা, যুবরাজ খুরম্মে।
"খুমন ইবুংঙো খম্বা মঙ্গোল ওইনু থোইজোকো।"
মপু বোর পিবিরে। মুংঙাইজরে চাওবদো
কেগে লৈপাক অপুম্বা চাইথ য়াকয়রক্লে।
খুমন মাম্নু থুংখরে লাইরথাংপোক শংহুদা,
লাইরবীদি মচেমগী সমু নাক্তা চংখরে॥
"খুমন ইংবুঙো নংদি কৈদা চৎলুই ভোম্পোক ও!"

হংবিরম্মি মচেম্মা। "পলেম সেম্বী ইচেন্নান!
বারৌবিম্মু, চৎলুরে চৎখিংহুনা ঐহাক্তি,
ঙসি মোইরাং খিংথৌম্না কেগে লাকোক হাপ্পীরে।"
তম্মে খম্বা মচেমদা। লমজা খম্বু লাইরবী,
খৈম্ব মরা তাবদা কোকচাওবীহুম কাখয়ে।
"ইহুনিংথৌ নহাক্তি ওম্মোকপনি ইবুংঙো!
নচেম ঐনঃ হায়ববু হেক্কোকইদা নহাক্তে।
কেগে লমজেন নত্তেকো মোইরাং লাপ্পেম্নবনি
হায়রগনে ইচেম্মা। লমজেন সিদা নংগুম্বা
মোইরাং অমা শিবদি কেগে লোক্তাক হুদগী
থরোই অমা কায়গুম্বা! খুমন নংদি পংইদ॥"
খম্বু মোইপ্পু অম্বুম্মা মৌপুরাগী রাবনা॥
"শাওরিরম্মু ইচেন্নান, চেন্নিংহুনা তৌরুরে"
হায়বনা খুমজৈ মচেমদা।—ফরে অহু মঙাইরে,
হায়নজরে। খম্বনা মৌপুরাগী দমকত্তা
পলেম পম্মৌ ইলিরিঙৈ পম্মৌ লমজেন চেনবদা—
খুমন পোকপা খুরম্বা পুজা মুংজা তৌজবা
তৌরে নিয়ম অহুবু খম্বা মঙোন ওইনবা।
অমরোমদা চিংখুবা চৈরাপ্তগী সংগাইদা
থুংউবগা কৌথোকই মজাইবেম্মা থোইবীনে,
মাগী তালোই মাপমম্মু। ওম্মি কংলা পাও অহু।
মুংঙাইনবে হরাওরে। "হান্দক লমজেন অসিদি,
য়েংজগনি ঐখোইম্মু"—"য়েংউ য়েংউ খোংখোংপা"
হায়নৈ তম্পাক যুমহুদা চিংখুবগী ইমুংদো।
থোইবী মাদি চংখরে মুরা খিংঙোন কাহুদা।
মমা মাপন অহুদা চিংখুবনা হায়রকই —
"কেগে চৈরাপ অহুদা হাযদোউরে ঐহাক্তা,

হয়েং লমজেন অসিবু খম্বা মানা থোইববা,
পানা নাইগী নাইথক্তা মমা লৌগী লৌথক্তা
পিগে ইরোম থোইবীবু। করি থোকই' মমাশা ?"
ঙাঙম অসি তাবদা মমা ময়াম অহুনা—
"য়াম্না ফয়ে, মত্তিক চাই। সনা পূক্লিং অহুনক
য়াম্না পেক্লে তৌবিয়ু 'থোইমা পাখনক্ থোক্লে।"
য়ারে মমা মথৈন্দু হয়াওনরে লোইনবা॥
ঙাংনরিবা ৰাক্সমসি তারে নিংঙোন কাহুদা
সেন্নু থোইবী অনিদো। হয়াওখরে 'নিহুন্নু॥
চাবা থকপা লোইখয়ে ইন্নুং মতম ওইবনা
তুম্নখরে ময়ামদো॥ ঙানৈ মপু মনাইদো—
"তন্নুম সেন্নু অচানবী লাইরসংদা য়ৌরুসি।
হন্নেং লমজেন চেনবদা করি চরৈ শেংকনি ?
মত্তিক চাবা চবৈদো, থিনবিরুসি ঐথোইনি।
চান থক্ক খরগা সেন্নু থিরু পুজেমসি।"
হায়না মজা ইবেম্মা মুগা অমা পুথোক্লে।
চান থক্ক থিরুয়ে। মমা তরামাথোইগী
চংলরে কা খুদিংদা করি মতা ফংদয়ে॥
লৌগী ৰাথোকপগীনি ঙরাং অহু মপাদা
পাংপান তাবা পংত্রোনা কংলবনি ঙক্রাজো।
নিংথিজগ্রে ফজয়ে শা-বু চম্না চাক্তদৌই।
করাং লাইফুম অহুদা মুবিদার ওইহুনা
লৈরক্লবা লেগ্নেম্নি মতম কুইনা লোক্তাক্তা।
পংত্রো মাগী তাইজেপ্তা ফারক্লবা ঙক্রানি॥
য়েংবদা মুংঙাইরহুনা চাথোক্তরে ঙাহুবু,
থম্মি থরুং অমদা নিংথিজনা য়োক্তুনা।
সেন্নু মানা পেংংরে মনিং চাখুম কাহুদা॥

অতৈ থোইনা নৈতরে মাসি পুগে হায়রনা,
ফাগে ভৌবু সেম্না ভাহু ফাবা ভমদরে।
ভাহুনা হাইবহুদা সেম্ মাগী মশাই ফাও,
পুমচোং চোংলে ঈশিংনা, মবেম্মদা হায়রুরে।
থাদোই মানা ভাহুবু অচুক ফাগে হোংনরে।
হুম্ন ফাবা ভমদবে পুমচোং চোংলে ঈশিংনা॥
ভায়োক চফু খরুংদো চাকশং মথাং অহুদা
থাংদোরক্লে ভনিনা ঈশিং অহু হৈদোক্লে।
ভক্লো অহু চোংথোক্লে মালেম লমাই থক্তুদা,
ইরুং কংল ফাওবদা ভাহু ফাবা ভমদরে।
হিংনা পুগে নিংবদা য়াম্না খুদোং চাদরে।
"কম্নো সেম্ কমদৌনি হিংনা পুন্নিংখরেদা—
কান্নবরোই ইতারোই নংগী ইন্নফীহুনা
কুপ্ও হুগা ফারসি।" হাযবে মজাইবেম্মা।
সেম্ চবৈ নমখাং লৌথোক্তুনা কুপচরে।
চরৈ অকংবহুনা যেৎলহুনা ফাজরে।
ভাগা ফিগা পুহুনা লেংথরক্লে থোইবীনা
নথংলেনগী মকায়দা লাইর খাংপোকশংহুদা॥
কোরৌ অহিং অহুগী প্রকৃতিগী মাইথোংদো—
কেগে খারি লমজাওনা মালেম উফুম থাংদব,
সংত্রিক সংবা উশিংনা মরাক অমা চায়দে,
পামেম মনা অমা ফাও। পাক্তুক সেক্তুক লম্পাক্লা
মাপী লেং লেং চৎলম্মি। থাপ্ত থাপ্ত লমদয়া
মাইথোং তম্না উরকই। মুনা থাংজিং চিংজাওনা
কেগে লৈখৈ ওইবনে। কেগে লৌরক ইরাওথোন,
মোইরাং খারি ইচুমখোন, লি-বি লাওবা খোঞ্জেরে,
ইমুং ইচিক তেংবাং চা, বাহি হারৌ খোঞ্জেরে'

লোক্তাক ইমায় চোমখদা ইনুং চেক্লা চাশিনো
অহিং চাক্তা খোন্দুনে। কেগে পাখং কনানা,
চৎলুবগী হল্লক্পা নুরা লোঙ্গা কাদগী,
খোংলকপগি নিংথিবা ইনুং বাশী খোঞ্জেনে।
থাদোই সেন্নু নাকোংদা পুন্না থুংই ময়াখদো।
নোংদোন লৈচিন থাংদবা মুক্লা মুবা মালংদা—
খরানখিচাক্ ইলং লং, সরৎ থাগী থাজিন্না
লাংবন্ মাপন্নি পানবা ইনুং নোংয়াই চবুক্তা,
নোংচুপ থংবা চিংদোন্দা থাজ মানা ঙাল্লকই।
সংনা মুবা পামেল-লক উনা থক্তা লিক্লানা,
থাজ মঙান অতুগা তকুপ তরেং হাইবনে।
কাক্করোমগী মালংবা, খংগোন লোইরোয়
খোংদাবনে থোইবীদো। নুরা পুক্লিং হুখরে
মোইরাং খুল্লক অতুগী প্রকৃতিগী মায়থোংনা॥
ইনুং লাম্মৈ থাম্বীনা ময়া মৈবুন চিক্তুনা
অহিং মপাম কুম্বনি—নিংথিজেদা মাইথোংদো,
সরৎ থাজ মামন্থু নুরা মাইথোং উবদা,
ইকাইজরে লোৎনিঙিঙ, অমুকন্না থোক্লিংজ্রে॥
থাদোই মপু মনাইনা চেংগৈ পন্দোম য়ৌবদা,—
চিংনুং তান্না নায়খোম, চীকপা চিংগী লোকমাইদা,
লমদম্ তাম্বা মাইকৈদা তান্না তান্না খোংবগুম্
তান্না মানবী থাদোইগী নিংথিজবী খোমফম্না,
ইনুং ইচিক তাম্বদা কৌজরকই খম্বনু
"লম্লান কাইগী খোয়রোয়দি লোয়ুম্বা পাম্মু নংবু
মীচা পোক্তি মুংশিবা! চেংগৈ পাংতা পাইব-খোই,
ঙাঙৌ পাংতা চাক্তাবা, চিংজাও খোইমু লৈপাম্বা,
তথ থুহি থাংনৌব, কোয়ৌ চুপ্পা পাইরুবা,

ইপন সনা কোম্মুংদা মোইরাং চৈরাপ কারুবা,
ফংঙিরোই লৈরাং লৈহী ! তোক্লরিনি বাক্তুনা
খোইবা শাগন চোক্ত্‌্বা । কেগে মোইরাং লমদমদা,
বাঙ্গোন ভম্পাক ঙামবা লৈ—নচন্ ননেম্ মচাদি,
পাপ্‌পু চেনবী থাদোইনা, লাম্মরিনি খন্দুনা
পুজরক্লে ইবুংঙো লৈরাং লৈহি থম্নবু ॥
খোমেন ভুমখুলরবা মিংয়েং সনা য়াকৈয়ো,
লৈরাং ওইবী ননাওবু খোইমু মায়োক্লবিয়ু ।
লৈরাং মাইথোং য়েংলগা খোইমু পুক্লিং পেনবিয়ু ॥"
হায়রকপা তাঙ্গাসি খম্ব্‌্ মাদি ভুমদরি,
মৌপুবাগী বাবনা লমজা বাখন্ খন্‌বদা ॥
নোংয়াই মাদি ভুম্ব্‌রে । "কোম্মুং চাওবী থাদোইগী
মুরা মখোন মাল্লিদা ।" খল্লি মচিন মৌপুবা ॥
মভমক্তুনা থেংবনা খঙ্গাননা লৈরকই ।
"খুমন চম্মু ইনমা ! নোংয়াই চম্মু ইনিংলোন ।"
কৌবিররে খম্ব্‌বু মাঙ্গোন লাংদা চংলক্লে ।
থাদোই মখোন তাবদা মিংগৌক্তুনা লাইরবী,
মীহুন পুম্বা শাখরে, মতম্নগা থেংবগা ।
খম্ব্‌ থোরক্ত্‌বা থোংজি নাত্তে কাংজরে ।
খুমন মাম্ম্ মিংপাংলে ॥ মপু মনাই সেম্মুগা,
হরাও হরাও চংলক্কে, খম্বা মাম্ম্ ঙকখরে ॥
খম্ব্‌ কীদা থাবদা ফমদে থাদোই খোরাংনা—
" হয়েং লমজেম্নি হায়বু চুম্বরনে ইনমা !"—
"মাংঙে মাংঙে ইবেম্মা ! লমজা দোষ ওইরনি ।
ননাই খম্ব্‌ ঐহাকপু হান্না কৌবিবগুম্না—
'খুমন চম্মু লাইরবী নোংয়াই চম্মু ইতাবোই'
হায়বিয়ুনে কম্নিনো ! ঙসি মিংগৌ অমবু,

পিখিবসে ঐঙোন্দা, চিথা পন্নম্ লাকনি ।"
হায়জরকই খম্বনা । থাদোই মানা—"করিগী ?—
সেম্ন ! তান্ত্রিমাল্লেনে ।"—"ননাই ঐদি তাজগি ।"
খুমই খম্ব অমুকা ।—"ভসি কংলা তিনবদা,
য়ারে য়ারে ইনমা ! 'খুমন লমজেন থোইবদা,
ইমোম থোইবী পিগনি ।' লোইনরেনে ইনমা !
ঐবু পোকপা পম্বোনে ইপু চেংলৈ লাকপনে !
কুম্মকপগা পাবুংনা ইমাথোইগা তানরে ।
ইনাথোইস্থ হল্লাওরে, পাবুংনস্থ য়ারেদো ।
ইনমা য়ানিংদ্রনে—য়ানিংদ্রগা তোকপিয়ু ।
ঐদি লাকচরবনি—সিস্থ তোকও ইনমা!
ইনমখোই খুমনগা ঐখোই নিংথৌজাগদি,
ইচন্ ইনিং থোকইদো মুপী মুপী মশেন্দি ।
মুপী লিপা য়োমদবু মতৌ মনাও থোক্লনে ?"
হংজিনবিরে খম্বদা । "ইবেম্মদি করম্না
থংউরিবা অদুদে ?"—"হাইমা । করি খংদনি ।
খুয়োম লাকপা পাজিদা চংলুইদনা ঐহাক্না ।"
"করি থবকী লেংউই ?"—"পক্ন বাইনা য়েংউই ঐ ।"
হায়জিনবিরে থোইবীনা । "ইবোতোন্দি ?" থাদোইনা
হংঙকপদা খম্বনা খুমন মাবু হৌদোকই ।
খম্বা লোইনা ইতা-তাই খঙ্সিন্নদে খংশিন্নৈ ।
"ইচেম্মবু" হায়দুনা খম্বা ইফিং ফিংসিন্নৈ ॥
নোংগাংখোং লমদম্দগী থরী থক্ন খোন্জবা,
হুইজবিক্কী হুইনিংনাং নিংনাং মাকবা খোরোম্থোক্,
হারি মানবা খোঙ্গোবা খুমন মামা—"ইবেম্মা ।
মপু ননাই লাকইব্রা !" কৌই থাদোই হুব্রাবু ।
"লাকচরিদো ইবুংঙো ! হয়েংসিবু কাক্তাদা,

লমজেল ককা হায়রবু—'থোইনা তাবু চুম্বরা ?"—
"চুম্মি মজাইবেম্মা ॥"—"লমজেনবু য়াংবিত্ররে ?"—
"খংদেদো মজাইবেম্মা ! লাইনা তম্বা হায়'হুনি ।
স্থুম্না লৈরাং থোইবুগুম, মিৎনা য়েংনা পোমজে ।
কাউবী শিংনাং ওইনা উই মমুং থুম্ব চুগুম্না
ভাহাক পাওস্থ জুগাইন বারুম গুম্না ভাংনরে ।
মৈৎহুদা থাদোইনা—"চরৈ খোইদাং লংবীদি
থুদোং চারোই ফজরোই । কম্বি চরৈ খোমগনি ?"
হংজরুরে খম্বদা । "কমদি তৌনি ইবেম্মা !
থীগী চরৈ অকবা পাম্মি পাম্ফরবরা ?
ঐগী ঐবী অরৈবা সিনা শেৎপা হায়হুনি ।"
খম্বে মবা তাবদা—"চরৈ মুগা অঙাংবা
খেরো অমা পুরকই, সিবু মুক্তা য়েংবিয়ু ।"
হায়না থোইবী সেম্মুদৈ, চরৈ অহু লৌহুনা
পিরে খম্বই মথুত্তা লৌই মুগা কৈজোমহু ।—
"য়ায়া করে ইবেম্মা । চরৈ সিমক লমজেন্দা,
শেৎনরিবমল্লিদো ।" তৌজে হুরাও হুরাওনা ॥
থাদোই মামা—"ইনমা য়ারদরা কিসিবো ?"
"য়াম্না করে ইবেম্মা ।"—"চারদরা য়েংবিয়ু
পকপু পকচগদরা অমুক্তদি য়েংসিরা ?"—
"ফরগনি ইবেম্মা ।"—"য়েংবিখোরা ইনমা,
পকওইদোঙ্গুম তৌরগা অমা লৌহ্মসিনে ?"—
থাদোই মবুক উবদা খুমন মামা—"ইবেম্মা !
পকপ পক্তা থিবিদু ইশক লাইনা শারনি ।
কীসি য়াম্না কুজঙ্গে । অমুক য়োংবিরুবগে
সিনা মপামজখরে ।" হান্নজরকই থাদোইবা ।
"ঐনা পামই তায়দনা য়াদে চরৈ-হায়বসে,

অপক পক্ত হায়ব'মা লৈরি ঙাইখো ইবুংঙো।
হান্না'মুক্তা থোন্‌বিখো।'' থাদোই মানা য়াদয়ে।
খম্বা মাম্ব য়াদয়ে—অনি মতৌ অদুদা,
"সেন্নু সেন্নুইবুংঙো!'' তাকপিয়ক্লে মচেনা।
"চুদি কদায় ইচেক্মন—'' শেংলে য়েংলে চরৈচু।
খুমন মানা শেংপদা চপ চাঙে পকচয়ে।
থোইবী য়েংবা ঙমজদ্রে। "য়েংউ-নহাই অঙাওবী!
পকচবাইদুরা সেণু?'' হংই মনাই মুপী.দা।
"অপক্‌পদগী হেনগ্রে অশৌবদা তাগ্রে.
কজরেনা ইবেন্মা।'' হায়নৈ মুন্না মুংঙাইনৈ।
ওন্থোকপনি সেন্নুদো! অসাই ঙক্রো ঙামন্দো,
লৌথোকতরি হৌজিক ফাও। মাগী ইমফীচুনা
মরৈ মরৈ য়েন্থ্‌না কোল্লি চেজেৎ সেগাদা।
মজাইবেন্মা থোইবীদো! হরাওবোই মুংঙাইবোইনা
লাইরখাংপোক সংচুদা ইলাং লাংই—ইনমা।
হয়েং চৎলম্‌দায়দবু করি করি ভৌদগে?
লাইদা করি কৎকনি? সেন্নু অসাগী ঙাচুদে?
হবাইচুনা কদায়নো? সগোল হবাই কৌয়াইনে।
হৌনৈ হায়দো ইনমা! হবাই অসি চায়গা
সগোমদৌ য়াংঙ্যাইদো। মসি থোংসি ইনমা!
সেন্নু ঙাদি কদায়নো?'' হায়রে, সেন্নু ঙক্রাদো,
ইমফীচু' য়োমচুনা থম্মে মুঙ্গা লাইরুদা॥
ঙাচুন চাওরিবনে। পুরকইবা মতানে,
য়োম্মকইবা ফীচুনে মপু মনাই মতৌনে।
পংনোক্‌ লোকত্র মরিদো। খম্ব্‌না—"মজাইবেন্মা!
কদায়দৈ ঙানো সিদে? ওন্থোক্লম্ব চাওরেদা?''
"ইনমা! পাপান তাবা পত্রননে কৎলৈদো,

মাগী লৌগী বাখোকই তুগী পাবুং চোকন্দা ॥
ওয়াংনমু ভাদেদো হান্না থৌরাং তৌহৌদ্রে।
চাওই কৈজে হায়রদুনা য়েংনৈ থন্মি য়োক্তুনা।
কোয়না ঐথোই' থিবদা নিংথি সুংতাইবা 'মতা
ফংজদ্রবুনা অরৈবা ঙাসি পুমক্নবনি।''
খোকই থোইবী খুমকই। "থিয়ক ওইদ্রা ঙাসিদে?"
খুমন মানা হংঙকই। "থিজনমু কৈদৌনি,
অপোকপদা কৎথরে হায়দোক্নি সিঙ্গু।"
থোইবী লাইনা খুমদোকই। নোকই মরিদো সুংতাই।
ঙাক্রা অদু লাইরুদা গেগে খোংই হাই, চৎলি।
"মাসি থোংঙ ইনমা।" লাংথরেদা থোইবীদো।
ইমুং অদু মহাক্না পান্নবগী মতানি।
কোয়ৌ মতাং অদুনা থেংজিন্নরুবদুনা,
"থেংঙে মজা ইবেম্মা লেংনবদি তৌরসি''
হায়নজরে, চৎথরে। তম্পাক মুমগী নাকন্ কাও,
ইমুং মমৈ অদুদা খম্বা মানা থিল্লুরে ॥

## ২

কোয়ৌ সিগী কংলাদৈ নোংবান মানা থল্লক—
"পাপী লমজা লাইবক কৈ। মাগী হাক্তক অসিদা,
থোকই ওন্থোকপ ঙাক্তা। কদায়! কয়া লাপথ্রা,
অশোনবা নিপা অমনা নোংমা লম্বী ওইরিবা,
কাক্তাদগী চেনবকো। ফুবালাদৈ চেনবদা
ইথেং তানৈ অদুগা কাক্তাদগী চেমুবা।—
ফরে কন্নি বেয়ালে। নোংবান পাক্কন হন্দরি।
কাক্তা সিদি নকমল্লি থাংজিং চীংগী বাংমদৈ,
চেনগে কন্নি থবক লৈ, ঐদি করি ঙমদনি!

চেংগং চাবা মাগুম্বা পেক্কন্না চউম্বা

মানা কয়ি হেল্লুনা। মসুগম্ব চিংখুবা,

বুদ্ধি থেনবা অপংবা মুমন মানা থোইরগা

চচা পিনি হায়দুনা বাখন্থ লাক্কুগদ্ধ তৌশাইয়ে।

মানা মাত্থ হায়বা কান্ ঐ করম্বা লৈত্তবা

তাহৌদবৈ করনি তারম্ফিং থোক্কদি

কুম্মৈ তৌরবগদনি খংগন্দ্রিদো হয়েংদি॥"

নোংবান মানা অহিংত্থ দিপা কুম্মা চাকখাংলে।

তরেৎ সেনবু য়েনখবে বার্ত্তা তন্মৈ তৌদুনা।

চাক্ চাবা লোইরবা ময়ামদুম্বা হংলকই—

"সেলুংবা কয়ি চারো ঙস্নিগী সি ঐখোইবু,

চাম্থ পংচা চাশিল্লে লুপা পৈশা দখিনা

সিদৈ হেম্না চাওনিংঙাই লৈত্তরেদো সেলুংবা!

তাকপিরোনে ঐখোইবো॥" অঙোম নোংবান অপাম্ব—

"য়াম্বশিংবু য়োকপিম্ব য়োকপিবগী য়োকপিবা।

চহি তরেৎ থোইজরে কেগে লমজেন অসিবু।

মহৌশাদি কুবালা লমদমদগী চেল্লিদো,

সিদা থোইখরবস্থ নোংবান মুংঙাইগদনি।

হয়েং কাক্তা অসিদি ইন্নৌ ন্নৌবা লখীনি।

কুমশি ঐনা থোইরগা নোংমৈ থোইখরবস্থ,

নোংবান থোক্লনা চোপ্লোইদো। চোপ্পা তারে ঐহাক্তি।

খম্বা মাদি হান্দক ঐবু থোইননবদা

মবাই মকু অনিগা তানদুনা শিনবনি।

হয়েং লমজেন অসিদা থোংনা নিপা তংখাই'মা

তরা মঙানা খোংনা খম্বা ম্নাবু য়েংখিয়ু।

তাকংবদা খম্ববু লেংবা য়াদনবা

লিচৈ কারন কুবিয়ু। হয়েং লমজেন থোইজগে।"

ওক্তা ফীবু য়েংতুনা নিপা কুন্দ্রা অহুদা
খুম্‌মে মীপুম ভিংনা। ময়াম অঁহু মম খমে॥
"হায়না চাত্রিঙৈহুদা অচুক খংলম্লগদি
চাজরম্মোইদবিকো ওপ্তোকপনি ঐথোইদি।
খম্বথরে ময়ামদো। খম্বনা মথে খন্নরে—
মঙৈহুদা—"কমদৌনি মীগী মপোৎ চাক্লরে,
ইপা ওইরে ওইরেদো ইনাও ওইরে হুমডাই।
নোংবান মনিং থুংনবা ভৌরসিদি।" লেপ্পরে॥
"অম্মুক চৎপা মীউনি, হৌজিক মকম্ভ ভম্মল্লি।
হোয়েম, ইমুং খেংবদা কুমথবিরো।" হায়খরে।
মখুৎ খুংলাই পাইহুনা নিপা ভম্না মঙা'মা
লঙ্গোই ভোংবা তংখাই'মা অনি থোক্লা ভাইখরে॥
খুম্নক মনিন, থোক্লক্লে খুখা মরাং হৌখমে।
"লমজেন য়েংসি" হায়বনা কেগে পুন্নাং লাংখরে॥
"থোংলেন, চাওবা, অনিনে ফৈরোইজাম্বা মবাইমে,
খম্বা মাগী মীসিদি লৈপাক'ভম্বা ভাক্তনি।
পল্লেম পম্বো অনিদা রাৎলি হায়বা মঙাইদো॥
অঙোম শাগে চাওবনি মরল লৈবা নোংবাম্নি।
ঙসি কাক্লা লমজেল্লা খংদে কাক্তা লাজেল্লা!
কুম্মে য়েংসি ঙসিদি।" হায়না হৌরে খোইরাংদো॥
কানগী পুঙ্গোই মতাংনা লমজেল্লোইবু ভিল্লক্লে।
খুমন ময়ুম অহুদা মাগী মঙ্গোল ভৌখরে।
ফৈরোইজাম্বা মবাইদো চাবা খকপা লৌইখমে।
মপায় লাঙ্গোয় যানু-শাদো সবোৎ হাপকে চিংথোক্লৈ
লাঙ্গোই সবোৎ হাপ্পাদা পুক্লি অহু ভংলক্লে।
য়েংউবদা উচিনা ভুবৎ ভুবৎ চিক্লমে।
ফৈরোইজাম্বা পুক্লিদো অমুক শেম্বা হোৎনরে॥

লমজেল্লোই ময়াম্মা ভিন্নুরবা মতমদা
মোইরাং নোংবান চংউরে, ময়াম হুগী মরক্তা ॥
নোংবান মানা ময়ামতু পাম্ন থুংনা য়েনখরে ।
ঐদি খর খেংখরে বারম সোমদা পুতুনা,
মখাই মখাই থুংখরে ময়াম অতু থুরুম্মি ॥
ময়াম অতু পেয়রে । লৌমৈ হুমাঙ হুরাঙনা ॥
মমৈ থংদা—"ঙসিবু নোংবান কজমন্‌খরে
মহোশাগা মাল্লদে কনো হংউ" হায়রে ॥
নিপা'মনা "সেলুংবা ! ঙসি নংগী অসিবু,
য়াম্মা পিজ পিথকই করি বাখন লৈবগে ?
পেল্লে'খোইম্‌ মহাকপু, হায়রোগবা ইবুংঙো।"
হায়রে। নোংবান কজল্লে, মখুৎ অনি লোম্নরে ।
"ঐনা নিংবা থুংজগে, থুমন মচা সিমতা
ঐনা থাইদা নিজবি, লমজেন চেম্লনবিরমু ।
থাইনা কুপা ভোবিয়ু।" থুরম্নক্লে খোংবাল্লা।
ময়ামতুনা "করিনো মপু মনা য়াথংনা
চেমবা নিপা অসিবু থিংউগনি করম্না ?"
ঙরু-খুম্মি নোংবান্দা। "ভোকও লাকও হায়তুনা
হায়বিগদবা নত্তে, হোরেন্‌ খম্বা মহাক্না,
হংবদা, ময়াম সিনা, 'চুম্মি' হায়বা সিমতা,
খুম্বিমুনে থাইসিনা ! বাহৈ য়াম্ন নংচদে।"
ময়াম'তু—"হা হা কয়ো !" হায়বা চম্ন্‌ মাল্লগ্রে।
"নোংবান করি হায়রগা, খম্বা করি হংঙকপা,
চুম্মি চুম্মি হায়রুবা—কম্বা থংবা লৈতুনা !
হায় ভাসি সেল্লুংবা।" হংবিখরে ময়াম্না।
"লমজা লমজেন চেমকল্লে হায়নখরে সিদনি,
চুমত্রা চুম্মি অসিনি" হায়রে নোংবান ময়ামদা।।

চাক্লরে হনবা য়াদয়ে—হাঞ্জা থংলম্লগদি
চারোইদনি ঐথৌইন্থু মানা শিংবা হেনখরে।
ফত্তেদা অঙোম মচা! করে।" হায়রে ময়ামদো।
বাহৈ মচেৎ অসিদি হায়নিংদনা হায়দৌরে॥
ঙাহাক পুংগোই কোম্বরে নোংবান মানা চিংহনা
লমগুম্মসি হায়নরে খুথ্যা মচা মখৈনা।
খুম্বক্লা য়াদ্রে, কুমদ্রি। সোমদা খম্বা মচেম্মদা,
খুম্মজরে, চংলমদাই, ঘোংকী পুজা লোইরক্লে।
"ইহু নিংথৌ লমজাও! কাক্তা লমজেন চেন্‌বদা,
পোরোম্‌, খুরৌ চেন্দবা, সন্দি খুংনাম্বোকৃতবা,
শোইদ ঙামদ ওইসন্নু। খুমন মংনা থোইমুকো,
হুদি ইচেম হায়নিংদে মীচং মীথাই নাইনিংদে
খুমন মঙ্গোল ওইমুকো।" হায়বিখরে মচেম্মা।
"অহুমক্লি ইচেন্মন, নহুনিংথৌ পাম্বম্থু।"
হায়জখরে খম্বমা। স্বম্না তৌনরিঙৈদা—
পুংথাই অমা চংখরে। খুমন মানা থাম্বদা
"য়ারক্তরে কুম্লসি" হায়না লাওন-খোংনরে।
পুংরৈগ্রে লমগুম্লক্লে। মচিন মে'পুরা তাখ্রে।
"লমগুমখরে ইবুংঙো।"—"কুমথ্রে ইচে।" হায়হনা
থুমন তফিং তক্ফিংনা উত্রা তাম্না কারক্লে॥
ময়াম লম্‌গুম্লকৃপগা থেংনৈ ঙাথ কথেন্দা॥
খম্বা, নোংবান মতাওনে ময়াম অত্থু য়েংহনা—
"কুম্বিরম্মো ইতাওন্থু! লৈপাক মীয়াম পুম্নমক!
নিংথৌ খুমজবদি নংওইদৌরে অহুনা,
উত্রা খুবরম্লগা কুম্‌জরক্লে ঐহাকস্থু॥"
নোংবান মানা খম্বদা—"ইতাও! শবাইদা,
কুমগদৌরিবমোনে?" হংখিরক্লে খম্বদা।

"করি ৱানোনে ইতাও! লমজেন কুম্মা হায়বনি।"
খুন্নি নোংয়াই মচানা।—"লমজেন হায়বদি কদায়দা?
চেন্ গদৌরিবয়নে?"—"করিবানো ইতাওবু,
ইতাও' ৱাহং অসিবো! করি হায়না খুমগনি।
নং ঐ ঙরাং কেগেদা, মপু চৈরাপ মাংদগী,
লৈপাক ময়াম অসিগা কাক্কা লমজেন চেনগনি,
হায়নহুনা লাক্লগা নংনা হংইবসিবু,
করি খুম্মু হায়বগে?"—"খুম্মু ইতাও লাইরবা।"
"করি খুম্মুগে নোংবান। থেংই, দণ্ডি পিগেরা?"—
"শাওনু খম্বা সিনিমা।—নংগী নতৌ অসিদা,
হুরাওহুনা হংবনি, হান্দক হরাওভেদগী,
শেৎলে নিংথম সমজিন্স, শেৎপা চাবা ফনদি
ননিংথুংমা উরেদো। লমজেন কুম্মৈ য়েংগেরা?
হুনি ঐনা হায়বদি।"—"নোংবাম করি ৱানোদা।
ঐবু ঙরাং নিংথৌনা লাকোক হাপ্লে, ঙসিনা
কাক্কা লমজেন চেনগনি ।"—"ভাইখো খম্বা! অহুনি,
নোংবান ঐ লৈরঙ্গী হিংগদৌরি খম্বা নং।
শিরক্রদো! লাইবক ফৈ, থেংনবা হান্না ঐগা।
নংদি লমজেন ভোকএনে, তাত্রিবোইরে মহাক্তে।।"
"করি হায়না ভোকইবা? মাহু ঐ তাত্রি ইতাও।"
"হুনি, খম্বা অসিনি—ঙরাং মংদি-কুমথরে,
ঐদি কোম্বে ভাহাক্তং। হায়নরক্কই ময়াম্না,
'মপী মপা সুদবা লমজা সান্না মচানা,
মোইরাং পানা লমজেন-সি চেনবা য়ারোই। করিনা-
মোইরাং পুঙদা সোইদারোই, কথেন্ খুমহোং ভাহোঙ্ভোই,
কুমথি কুমগাং কুমওয়্, কোরৌ হাঙ্গাংউ, থাংজি
চিশাংনযো, লোইমোম্ম থৌগংনবা থোকনি।

কেগে শিংদৈ শন্তোক্লো মোইয়াং লা-দৈ কাইথোকও।
কাইথ্রে ইতাও লৈপাক্লা।" হায়বিরক্লে নোংবান্না।
"কন্নিবানো ইতাওবু, খম্বা ইরন্নাই নত্তে।
করি তাকওই ঐবুদে, তাকপিকমদি থোকইনা।
বাকম অসি ইতাও পাওম্‌মু জুগাইনরবরা?"
"করিবানোদা খম্বা। সিবু ঐনা শেমহুনা
য়াকবর বাকমসে, লৈপাক নিংথৌ খবকপো।
হুংউদনা নহাকম্মু লৈপাক মীয়াম অসিদা।"—
ওকথরেদা খম্বদো "নোংবান মানা শেম্বনি,
বাকম অসি শোইরম্মোই।" খল্লহুনা খম্বনা--
"শোইড্রবরা বাসিবো? ইতাও শেম্ব বারনে?"
হংই খম্বা অমুক।—"কৈমো খম্বা নহাকপো,
নং ঐদা ওইরবদি চমই, হুম্মু নত্তানা।
কেগে কংলা লাখোংদা ভাংখিবা লৈপাক বানি,
হৌজিক ভাংনরিবম্মু লৈপাক মাংনি, মৎতরা?
নংবু মরুপ ওইবগী চোপহন্নিংদে ঐহাক্না,
য়াদমখৈ য়াদরে বারি মখৈ ভাক্লিংই।
ঐনা হান্না হায়হৌবা নংগীদমক হায়বনি।
ভরাং কংলা কয়ম্বা খড়িও অহু মখৈদা,
অতৈ লৈপাক অসিদি চেল্লি হায়ম্মু থংদরি
চেল্লোই হায়ম্মু থংদরি—হৌজিক নংনা 'ঐহাক্তি
চেনগদৌরি' হায়হুনা লাকও কুম্মৈ ওইমখৈ।
চেহ্নন্দরে হায়হুনা হুদৈ অমুক হঙ্গিনবা!
খুমন নংগী মিংচৎতো কেগে মীপুম খুদিংনা
ভাংনরনিদো খম্বা! অহুগীদা হায়বনি।
নোংবান ইথৌ লৈবরা?" হায়বিরকই নোংবান্না॥
নোংবান্ খাগী বাকয়া মরিক চুম্মন্‌ থহুনা

খম্বা মথৌ হন্নরে। খুমন হাথন ভৌরগা—
ইতাও নোংবান শোইদ্রেকো ?" —"ওস্নোকইদা খংসিদে,
লৈপাক মীয়াম অসিদা হংউদনা করিনো।"
নোংবান মন্না অসিদা খম্বা হংলে ময়ামদা—
"খুমন ইবুংঙো চুম্মি" তশেং তশেং খুমনরে
খুথা মচা মখৈনা।—"হায়খিবগুম তৌবর"
খুম্মি খুহক মখৈনা খুম্নিংহনা, শোম্থাংনৈ।
অদু কাওবা চিংনরি খুমন মবুক অহুদা।
নোংবান মাবু য়েংহনা—"অঙম্বদি ইতাওবু,
কনা কনা য়াওবগে ?" হায়বা খঙ্বে বাক্তুদা,
মথা তারকদৌরে উরদুনা নোংবাম্না
"নমান চাওবা য়াওবনি, হায়দবরা ইতাওদা,
তাকপিকৈনা ইপন সো ; ওস্নোকইদা তমদবোই !"
হায়রম্নগা ময়ামদো কাক্তা য়োমদা কুমথদ্রে।
মমান্ চাওবা য়ৌবদা থাজখরে খম্বদো॥
নোংয়াই মদোম লেপহৌরে—খুমন মানা শল্লকই—
"ওস্নোকপনি ইমান্দি মীরাইবিদ লমজাবু,
লমজা লমজা হায়বদি অসি ওইরে চুমইদা।"
কপ্ ই মদোম লেপ্তুনা মন্নাম কুমথখিবদু
খুমন সংত্রিক য়েংলগা—"লাইবক কবা মোইরাংনা !
কুম্থরোকো নঙ্গোয়দি লাইবক খিবা খম্বদি,
লৈহৌরেদো" হায়হৌই। খুহক মচা মখৈদি
থবাই শোক্লা মুংতাইতে, মরু ওম্না বুক্তরে।
খুমন মানা লৈহৌবা হন্না য়েঙ্গমই নোংবান॥
"ইচেমপী বা লৌদনা লমজেন চেনগে নিংউবা,
লম্নোম্নিকো তোক্লিদা ! ইকাই ইচেম মন্নাংদা
কেগে মোইরাং মমাংদা কান্নদয়ে হিংহনা,

হল্লরোই মোইরাংদা। কেগে লোক্তাক থান্নমা
চংখরগে খুমন্দা। লৈহৌরোকো মোইরাংদা !!
খুমন চন্নু লাইরবী করম দৌনি ঐহাক্তি !
লৈহৌরম্ব ইচেমদি—। লেপ্লেম পুম্বো থম্লিন্না,
পিখোকখরে অঙোমদা চুমদে ঐনা পুম্বদি।
ঐনা চংসি হাপ্পবগা য়াম্নি ইচেম খোইদনা।
ঐবু হন্দোকউ হায়বা ওম্মরোইদো হায়রি।
তাকউহুন্না কাম্লোই উমররোই ইচেম্মু॥
মোইরাং কনা অমত্তা হায়ররমমরোই চংল্লগে।
খুমন ইচেম লমন্দি শিংঙমদরে ঐহাক্লা,
তোল্লিদকো লাইরবা ! লনজা ইচেম লাইররী !
লৈহৌরোকো মোইরাংদা। য়োকপা মথৈ য়োল্লগা
রাবা মথৈ বারগা ঐঙী ইপান চাত্রেদো !!"
খল্লে খম্বা বাখরে মিংতা পিবু তাহনা
খুমন হিক্লা কপ্লক্লে নোংমাই মখোং থাংলক্লে।
মচেম অতুগী খনবদা লোইবী চিংগুম লুমখরে।
চংনা চংনা খম্বা বাখন অমা তৌরক্ই—
হোরেল লমজা ইচেম্মা খম্বা লমজেন চেনখরি,
লমজেন থোগে হায়ল্লা থোরকনি মহাক্তি।
খম্বা ঐবু উমরোই কবমদৌনি ইচেমদি ?
অরাবগী মথক্তা অমুক্ত হেন্না বায়নি!
'লাক্তে ইত্থু নিংথৌদি,' কোইনা য়েংলা থিগনি।
'মোইরাং মচা কম্মান্না কাক্লা লমথাং অহনা,
লমজেন য়েংল্লবদগী চৈনা লাংনা থাহনা.
কোক্কাই লুকাইবল্লা ভুহৌরকা খল্লবো
খল্লগনি ইচেম—কেগে কৈপাক মল্লো
কোয়না কোয়না শিরগা থঙজকত্রবা মতমদা,

কাক্তা লমজাও কুমহনা থিনি অমুক ঐহাকপু।
কোয়ৌ মমৈ ওইবদা "খুমন ইবুংঙো নোংয়াই
লমদম কৈদা লৈপ্রবা কোয়না কৌন কপকনি।
কাক্তা লমজাও অচুদা খম্বা ঐবু থিবদা
য়াওজরনি পাম্বনা ইচেম্ প্রানবু থারনি!!
ইচেম্ দনি তাকঅম গে।" খমহনা নোংয়াইদো।
মচেম উমগে লাকএ চেঙ্গে লমদম পাংহনা॥
নোংয়াই মানা চংলমদায় থিজং ফিংখিবহনা,
খুমন পোকপা লাইহুদা কংপা নোংয়াই মহাকী,
লৈরাং মপোপ অহবু কোলোই লাংথে কৌবদো,
চথত্রে খম্বা কাওহন্না। লমজা মচেম অহনা
"লৈরাং অসি কাওরম্মে—কদায় য়োৗপ্রবিদনো,"
লৈরাং পিগে হায়হনা খোমকপদা হোজংদৈ,
উরে খম্বা লাকপদো। "খুমন মাবু কৌরুয়ে।
"খম্বা নংদি ফিংইদা লৈরাং সিদি কাওরম্মে।"
"ইচে ঐদি ফিংউয়ে" হায়না লৌরে লৈয়াংদো।
খম্বা লৈহু লৌরগা মচে খম্ব য়েংওক্লে।
মিংস্না খম্বাল কাম্রবা নোংয়াই মমিং অনিদো,
তরং লাইজ ইহৌয়ে। 'ছিক্লা নৌমা কন্নক্লে!
মোপ্রাগী মতৌ'হু উথদা ওক্লে খম্ব!—
মোপ্রাই মতৌ উবদা কপ্লে খম্ব মচেমন্থ।
"অরেম্বা তাবে লৈ কাদলয়ে ইচেমান"
হায়রে খুমন মচেদা। "কয়ি বাঙো ইবুংঙো—
হায়হৈদনা করিনো! "খুমন পোকপে লৈমরি,"
তাকপিয়ক্লে মচেম্না। "খুমন মামা—" ইচেমান!
লমজেন হুবু চেম্ন'দি কাদৌনি লৈথাংসে,
লমজেন চেক্লে অহুনা লৈয়াং লেম্মে হায়থনি॥—

"ছিঃ ! করি হানো শাজৌ ! য়োৎচিন সৌজিন ময়রা ?
"মাহ নত্তে ইচেক্কন ; মপু সম্বা য়াথংবি।"
"করি হায়না ইবুংঙো ?" খম্বা মানা মচেমদা
ডম্মে হারম পুন্নদো নোংবান মানা হায়রকপা।
মচে খুমক্তরিঙৈ "ইচে ঐদি লৈরবোই
মোইরাং লৈপাক অসিদা। ইপা ইকু অনিদা
শিন্নরমগে ইচেবু হন্নরপনি অত্তুগী।
কোরৌ শিংবুন খরদং লৈবিরগা চংপিন্নু
পন্থৌ সংগাই অমনুবা পাক হেক খাদোকপিগন্নু।
ইমা নকপী হারৌন্নু—ইবাই কৈরোইজাখন,
পলেম পন্থৌ পন্দুনা চৈরবন্নু তাবিন্নু।
ইমায় ঙকুশম্ পায়দুনা ইল্লবন্নু ইবাইনা,
খেঞ্জং উখোং পায়দুনা খাংবিন্নুকো ইচেক্কন !
খুমন ইপা' নমদমদা চংলগেকো ঐহাক্তি।"
খম্বা মাগী মবাদো পুন্নোই লোইনা তারগা,
খম্ব্ থৌপ্বা য়েংদুনা হায়রকইদো—"ইবুংঙো !
খুমন নংগী নবাসে হাগা উগা শয়েনে,
পাঙলগা মৈতৈগা থোকই হিয়াং তান্নবগুম।
অঙাং ওইবৈ মহাক্না লৈখা তাত্রবননি।
খুম্বক মচা য়ওনন্নু লৈকাই লাকপা ওইনন্নু,
খেংনক্কবা ঙসিগী কুমথখিবা ময়ামদো,
নোংবান মসেন চাদুনা খুম্মিবনি ইবুংঙো ॥
ওইবা য়াবা বা নত্তে, ওইরোম্নন্নু মতোক্ও।
হাকম অসি নকুনা তারোইদবা বা থোক্তে।
তারবদা নমান্না হায়রদবা হৌনদে ॥
নকু ইবুঙো উম্নৌ কংলা তান্না চংকেন্না,
থিন্নে খম্বা হৌজিকমক, হুদা হায়মন্নবদি,

চৎসি ইচিন্ ইপুৰা খুমন ইপাম লমদমদা ;
নোংয়াই লোক্তাক লানুবদা পুরো নচেম পোহ্নুনা ॥
অঙোম মরা লেপ্পুবা করি লৈহৌরুগনি
মাগুম্বগী কাদবু চৎলু খম্বা হুংউখো ।
থোংবান মানা শেম্বনি চিঙ্খেন কবা অঙোম্নি ।—
শিংউৎ এঙ্গল লৈগুম্বা তৌরাং থাদা য়েৎকনবা
অঙোম নোংবান মরাবু লৌরুখিনু ইবুংঙো !!
হুগা ইচেম রা হায়গে—হায়রমদ্রে'দি লমগুম্মো !
হায়রম্বগা হন্নকখো । নংনা অমুক লাক্ত্রবা—
অঙোম মাগী চিঙ্সেম্নি থংগে ইচেম মাহুনা ।
চৎলো নোংয়াই থেংখরে, ইমান নোংথোন মনাক্তা ॥
তাকপিরক্লে মচেম্না নোংয়াই বুদ্ধি তাখরে ।।
খুমন বুদ্ধি লাকপদা নোংয়াই মৈগুম হৌরকই ।
খুমন মানা লাকপনা য়ৌরে ওকচিন থোংহুবু ।
হংই অচৎ অওক্তা—চাওবা লৈহৌরি হায়রে ।
হায়রিঙৈদা নোংথোম্বা লাংগোই খোবা তোংহনা,
কোরৌ মভান কবগুম কংলা লাখোং তমহুনা,
থোগৎলক্লে লাংগোইদো, খম্বা মকু উরক্লে ।
উরে খম্বা মাবুম্নু মকু চাওবা নোংথোম্না ।
মনাইশিংদা চাওবনা—"খম্বা নত্রা অসিবো ?"—
"মানি ইঙেঙা নোংথোনবু ।"—"কেগে লমগুম্নখরে,
মাদি কৈদৌরিবনো, হংউ থিল্লে হৌজিকমক ।"
চাওবা শাওই খম্ববু, "নংত্রদ্রহুনা লৈহৌয়ে"
থনক্লে চাওবা মমাকপু । হংহনবদা হায়রক্লে
তৌনরিবা মায়মদো চাওবা মানা থাজদ্রে—
"মচিন থিন ভাংবনি, চাওবা ঐনা চৈয়নি
সিগী কি'না খুম্বনি, মশক অসি য়েংনিংদে ।"

হায়না চাওবা শাওহুনা য়েংঙমদরে লমজাবু।
লাংগোই খুনেৎ খিন্দুনা থৌগ্রে কংলা য়ৌনবা।
খুমন মানা মবুক্তা—"চুম্বা তারে রাকমসি,
ঐবু উম্বনিংদরে—ঐমক্তা শিখরগে।"
খল্লে লমজা খম্বদো।—"থাংগৈ শেংবা খংদনা
হন্‌বদদি তৌররোই ইমান মরা তাখিগে।—
ইমান ইবুংঙো ঐনি—রাংলেন মীকুপ অমতা
ঙাইরমখো লমজাবু।" কৌরে খুমন মহাক্না।
তাখিদরে নোংখোম্বা। থৌজিনখরে লাংগোইদো।
খম্বা শিবা কিদরে অচুন অরাম খন্দরে,
লাংগোইহুবু কারগে নিংলহুনা খম্বনা,
চরৈ পুম্‌মুম্‌ তাখংলে। ভান্নরক্লে লাংগোইদো॥
খুমন হেক্লিলক্‌না কংলা হায়জিল্লমদায়দা।
লাংগোই শমৈ ফাখরে চাওবা লেপ্লে মাহুদা॥
চাওবা হন্না য়েংবদা—"ইমান 'বুংঙো করিনো!
লমজা ঐদি লোইজরে, ঙসি সিদা মোইরাংদা।"
হায়রহুনা খম্বনা মালেম নৈদা পকৃমখে,
মিৎতা পিবু তাহুনা, লেপ্পা থরাই শোক্‌না,
রাঙাংবকাও ঙমদবা, উরে, চাওবা মকুনা।
সুংশিহুনা চাওবনা থিনা চৈরে খম্ববু।
হংউবদা রারমদো—তম্রে খম্বা মকুদা॥
মোইরাং চাওবা নোংখোম্ব— "হাই-হাই তৌবা ঙম্মেদা!
ফরে খম্বা চেল্লমু, ঙাইরো কংলা মনুংদা,
ফম্ব: মনা ফংজরো—নোংবান মামা শাবনি।
হায়দে মচিন থিবনি। ইকুপী গুন খঙেঙা!
লাকও চংসি কংলাদা।" খম্বা ঙাহাক খল্লগা—
"ইমান ইবুংঙো চুম্বি,কেগে লমজেন চেন্দনা,

করি হায়নি লৈপাক্লা, মম্বা লৌবা হায়বসি !
'খম্বা মানা, মমান্না লৌশিং চাওবা ওইবগি
কংজবনি মনাদি, খুমন পাঙ্গল য়াওদনা।'
মিংদা থিনি ইমানগী লমজা লায়রি ঐগীদি।
মপু সনা চোরোন্দা হংগৎলগা রারম সি
চেঞ্জরুগে লমজেন্সি ; সনা চোরোন্ হংগৎপা
লেপ্লিমুগবা ইকুনা, পুসিনবিয়ু থুনমক ॥"
হায়জরক্লে খম্বনা। "করে" চাওবা য়াবীরে।
চাওবা মবুক অচুদা থাগৎলকই খম্ববু।
মকু মমাক অনিনা হঙ্গৎলক্লে নিংথোদা ॥
মপু মোইবাং নিংথৌনা —"কেগে লৈপাক অসিদি,
য়ুমগী–লমগী নিংথৌদি অনিস্লরে, তৌরেদা,
ঐনা ওইবা নিংথৌদি—মাংঙ্গোন নিংথৌ তারেদো।—
খুমন ইবুংঙো শাজৌ ! কাক্লা কুম্মুরগমু,
ঙাইরো উত্রা মখোংদা নিংথৌ ঐগী ইনাক্লা।
নোংবান মানা থুংঙবা, ঐনা ঙক্ হেক্ হাইবদা,
চোংশিন্দুনা নোংবানগী, তিংথোরকবা মখুত্তো,
তাওবা লৈশা পায়গেদি। খুমন খুৎচাও অচুনা,
য়ৈথেক্লগা মখুত্তো, লৈশা পায়ু নহাক্লা॥
কেগে চোম্না তিন্নবদা—পিগে লমজেন মনাদো।
মোংবাম মানা লামবসি লীগে লৈপাক তাসমু॥
খুমন লমজেন চেল্লমু॥" খাম্বিরক্লে নিংথৌনা॥
খম্বা মখুৎ লোম্নরে কৈথা নোন্বা শাগুয়া—
"য়োল্লবদা ঙাকপিয়ু লাল্ল কাদা কনবিয়ু,—
কাক্লা লমজেন চেঙ্গগে পিনবিয়ু মপুনা।"
হংগৎচরে লমজানা। "করি রানো নিংথৌবা !
কেগে লমগুমশিবদি ওইগ্রে বাংলেন কয়াবু !

হৌজিক লমথারম্মনি করম, দৌন্নি নহাক্তে।"
তাকপিখ্রে মপুনা। "বিষ্ণু, কৃপা লৈরগা,
থারম্মসম্ব ইনিংথৌ, নমাই খম্বা চেঞ্জগে॥"
নিজরক্লে, য়াদরে। "চেঞ্জরুরো নিংথৌবা ;
থোইজো ঙসি লমজেন্সে, মোংয়াই মঙ্গোল ওইজোকো॥"
মপু বোর পিবিগ্রে খম্বা নিংথৌ খুরম্মে।
চাওব মানা পুত্নুনা কংলাদগী থোরক্লে॥
কংলাহেন্দোরকপদা ফৈরোইজাম্বা হংলকই।
"ইবাই লাক্তে ইমানবু! খংদে কৈদৌরবনো"—
খুমন মবা তাবদা —"য়োং পাপী! খংগনিদো,
অয়ুক নোংঙাক্লিঙৈদে চৎলো নসেন লোয়নখো,
চিন্সু, পাৎসু হায়ববু হৌজিক ফাওবা লাক্কবা।"
চাওবা মচা চরকই। লাকএ খুদক চুমক্তা,
ফৈরোইজাম্বা মচাদো, মশেন মপা উদম্মি॥
মাগী মবুক অতুদা রাখন অমা লাক্কুম্বা,
খুমন চম্ব লাইরবী খয়, মাবু থাতুনা,
"লোয়নাই ইনেম মচাবু—পিরা উমবু বংলবী
হা খমু!" হায়না কৌই, শরুত্নুনা কারকই॥
"দে" তাক্লিঙৈমক্তদ মপা মশেল উম্বক্লে।
মপা তম্না কৌরকই। খুজিন রপান, শারম্মী,
ফৈরোইজাম্বে দশাদো কোকই মতম অতুদা॥
"ঙসি নসেন খুমনবু নোংবান মানা পহল্লে"
রারগ অসি অসিনি তম্মে চাওবা মচাদা।
ফৈরোইজাম্বা সেন্নুরো—"কয়ে পম্মৌ ইবুংঙো!
নোংবান মাগী লমজেন্দো লুপ্লাই লমজেন্ন তাহন্নগে।
ইসেন অঙাং চেন্নবদি পাম্না লমজেন ওইহনগে॥"
হায়রে মপা চাওবদা। "করম হায়না থোকহনবা ?"

হংই মপা চাওবনা।—"মপু য়াথং হাংদবা,
অহায়ববু শাহনা চেনবা মাগী লমজেন্নি ;
ইশেন খুমম মাগীনা নিংথৌ য়াথং ওইবনি।
মাগী লমজেন অহুবু লৌকম থোক্কে পল্লৌবু॥"
মচায় মবা তাবদা—"ফৈরোইজাম্বা চুম্মি'বো।
চংলু নংনা পুখরো চেহ্নলল্লুরো নসেন্সে!
থোইহল্লুকো নহাক্না।"—"পল্লৌ'বুগো থোইহনগে।
খুমন ইশেন শোইদানা। হোরেন সিদা নোংবান্না,
লমহেন্‌বা মীনিনা মানা হান্না থুংলবা
থোক্লবদি মনাদি পিবিরম্বা য়াদরি।
থিংবিরমখো সিদদি মতুং থোকপা অহুদি।"—
"মাহু খংঙে ইপানা মনা অহু থিংবদি
ইতিক্নি ইপাগীনি। ময়েক্না তাবা 'মম্বু
ঙসি য়াসি ইপানা নিংথৌ য়োক্লরবনি।
নোংবান হান্না কুম্বগী ঙসি থুংঙরসন্নু,
হংচিং মশেম অহুদা থুংঙো নসেম নবাইনা।
কেগে 'মতা কুক্কল্লোই থিংগে মাহু ফাওবতুম্‌ ।
ইপা মনা পিহল্লোই। নংনা হায়বা নদৌগুম,—
মপু সনা য়াথংনা চেনবা নশেন লাক্কানা,
য়াথং শাবা নোংবান্দা মনা পিনি করম্না॥
কাক্কা ময়াই লম্বীদা নশেন অঙাং পুহুনা
কুম্মো থিল্লে নহোয়নি।" তাকপিখরে মপানা।
ফৈরোইজাম্বা খম্বগা, কুম্‌ থরক্লে কাক্কাদা।
মসেন মবাই লাকপনা য়ৌরে ফৌগাকচাও ঈথাই।
মাহুদগী উরক্লে, চয়োৎ লাম্মো থেৎখরে
লম্‌জেন্‌ থাদৌরে হায়বা। ফৈরোইজাম্বা মসেন্দা—
"শেল্লোয়েল্‌ ইবুংগো তো! কয়ো লমজেন থাদৌরে॥"—

"থারসন্নু ইবাইবু।"—"থাহনবা য়াত্রি অঙাং,
থোইবা থোইদবগি বা ঙাক্তন্না নত্তে শাজো।
'পংবা তানি ঐখোইনা খাঙ্গোবনা চুমগনি।"
লাওরে কৈরোইজাম্বান – "হাই হাই মোইরাংমচাশা !
কোন্না চেনবা লমজেন্দি নিংথৌ পানা লমজেন্নি ।
পানা লমজেন চেন্দ্রিঙৈ, চাকচমাং লমজেন য়াদে।
মপু সনা য়াথংনি, লন্নাই লমজেন চেনফদে।"
কৈরোইজাম্বৈ মবাক্তু হেক তাবদা ময়ামদো—
"ভালো লমজেন তোকএদো লন্নাই তারে ঐখোইসে।"
লেপ্লে ময়ামন্তু তোক্লে। নোংবান মানা –"করিনো ?
থারো থিল্লে থারোনে—লৈকাই লাকপা থারোনে।"
তক্লিল্লক্লে নোংবান্না। নোংবান মবা তাবদা –
"করিবানো সেলুংবা ! নংনা নমথাক তৌতুনা,
হান্না পান্ন পিজরে লুপা য়েল্লে ঙাওহল্লে।
মীনম্নন্তু ঙাংহল্লে য়োৎরম্মনি নিংথৌদা ;
হৌজিক মসেন মবাইনা সনা য়াথং পুন্থনা,
লাকএ, থিংঙে, হায়রবে। মসেন পানা লাকোক্লি,
সেলুংবনি মবাইন্নু নত্তে চুয়ে মীচমন্নু।
অনি সিগী মবাবু নমথেক্তনা ঐখোইনা,
লম থারবদি তোকএ ; হয়েং উচান মথাংঙে,
হোরেন কংলা য়োৎদবে লমথারম্মগা ন্নুন্মা,
সেল্লৌ বোমদা কুমথবে। কৈরোইজাম্বনী মবা
নমথেক্তনা 'খোইদি ঙমজররোই লম-থাবা॥"
লৈকাই লাকপা মরিনে ময়াম অতু য়াদরে।
"নত্রে থারোনে 'য়াম্ব।" তক্লিল্লকই নোংবান্না।
"লমজেন থাম্নু মোইরংশা।" হন্না হন্না লাওরকই
ফৈরোজাম্বা সেলুংবা। কোংয়ানবনা—"থারোনে,

মহোম ভারোনবনি। লমচেন্ থাম্মো হায়রনি।
চাকচমাং কুমথবগা হৌজিক কাওবা লমথাদে,
থাম্মো হায়বনি—থাম্মো, থাম্মো হায়রি থারোনে॥"
তমিন্নকই লমচেনবু। নৈকাই লাক্পা মরিনা—
ওম্মোই নোংবান ঐখোইদি—চাওবা লৈশিং চাওইদো,
থাংদা হৈবা খোংজেলগী, কিজে মথা মকুবু।
সনা য়াথং লাইরিদো ওঙ্ঘরবোই লমথান্না।"
য়াথিদরে মরিদো। নোংবান মানা রাগক্রে—
"খোংবান ঐগী শরুকনি খনবিগনু মাহুগী।
চাওবা লৈশিং অপুম্বা অরেং সেন্না চাইহন্না,
কেগে কংলা মেনগেদো। খোংলেম্বা থাং পায়বা!
পায়হৈদরা ইপাদে? কেগে নৈপাক অসিদা,
কম্মি খ্বাইগী মকোক্তা থোংলেন মাগী মথক্তা।
ইপা অঙোম নিংথৌনি ইমা খুরাই লৈমনি।
করি কিরি মাহুবো। অঙোম পোকপা লাইহন্না—
নোংবান শাখী ওইসনু ঐগী শরুক ওইরগে।
তৌবৈ তৌবা নোংবান্নবু নৈরিবদি পুম্বসে,
চাম্ হুনসু কোম্ববোই সুহুনসু চুংলবোই।
অসাই হায়দোকখরবা বাঙ্গম অদু ময়ামগী
য়োরম্বিনি নিংথৌদা হৌজিক কন শেংনসু
পুমশেং শেংবা য়াবরোই মাংবৈ মাংব মাংবিরো।
ঐগীদদা লেপ্লগা ঐঙোন্দদা তাবিরো।
পোকপদগী তাম্লকপা ইপায় মরন হান্দক্তা
থাগে কংলা লাখোংদা কিবিরুসু থাবীরো॥"
হায়রে নোংবান মহাকী অরৈ মুখৈ তিঙঙক্রে।
হন্না হন্না হায়রকই লেম্ন নৈতে নোংবান্না॥
"ওইবৈ ওইবা চুমই হাই। শোইহু নোংবান থারগে"

য়ারে খুম্বা মখৈনা খুম্বক মখৈ য়াদরে'॥
ময়াম অহু য়েংমরে। খুম্বা মখৈ অহুনা,—
"খুম্বক' য়াবৈ তৌবনি"—হায়নি ঐখোই খুম্বামা,
পানা পানা ওইবগী থোইনিংবগী হৌমৈনা।
ভাহন্ গনি, তাহল্লু অঁপাম্বনা, ফরেদো।"
হায়না নল্লে খুম্বক্তা কিরক্কু্না য়াখরে।
নিপা হুম্ফু্ মরিদা লৈকাই লাকঁপা অনিমা,
অনিমনা নোংবান্দা লমথানবা তৌরক্লে।
সংঙম্ অমা কোম্থনা লৈপ্লে নোংবাম অঁপানবা।
ময়াম মাংদা থম্বিরে লমজেন অহু খাম্বক্লে॥
ফৈরোইজাম্বা শাওতুনা উংলে সগোল সাজেদো।
ময়াম চেম্থংলকপদা নোংবান্না মানা ময়ামহু
হেঙ্গৎলক্লে। কাক্তা খুম্লক্তা খেংনৈ।
খুমন মশেন মবাইগা। নোংবান্না "খুমন ইতাও!
মোইরাং নিংথৌনা করি হায়রবগে?" হংজরকই।
খম্বনা—"করি হায়নি! চেন্দুম চেল্লু হায়রকই"।
নোংবান্না—"চেল্লসিনা ইতাও সিদগী স্নুম্মা।"
খম্বনা—"করি বানো নোংবান! হন্দক মুক্তিনে
মহায়রে অমুক হন্না হায়নুকো! নংগুম্বগী মেল তাংনা,
চেনবা মী মাম্ম উব্রা? মথোইদোক্কী মথোইদোক,
মকম্ থোক্কী মকম্থোক চেল্লম্মু্ ঙম্বা মখৈ।
ঙম্বা মখৈ নতাওদি হন্দোক্লগা তাল্লক্কে।"
খম্বে মবা ভাবদা নোংবান—"ঙাইনা ঙাইনা চেল্লম্ গে।
ভানবিরকউ ইতাওবু।"—"ঙাইনু মোংবান—নিংথৌদা,
হংগৎকেরা ঙাই—হায়না।"—হায়বিরক্লে নোংবান্দো।
খম্বে মবা ভাবদা—"হায়বনি মরূপ ওইবৈ
ঙাইরোই ঙাইনু হায়রগা।" হায়না নোংবাম খুম্লকই।

নোংবান অহুম চেনখরে। মশেন মবাই কুম্মকই॥
লৈকাইরাকপা মন্নিনা থোগৎলকই ময়ামদো।
ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা খুংতা পাইবা শাজেনা,
নিংলে.কুপে ময়ামদো—মচিন থোক্লে "ঙসিদি
য়েগে হেক্তা ঙম্ মখৈ।" উরে মবাই পুক্লিংদো—
খুমন মানা—"ইবাইবু! তৌবিরুমু কাম্নদে।
কৈদৌগনি মখোইনা।" সুম্না থামখি মবাইবু॥
ফৈরোইজাম্বা মবাইনা—"লৈরে য়াম্না খুব-'মা
কম্নো খুমন ইবুংঙো?"—'ইবাইবুংঙো করিনো?"
"মনাগীদি নকুনা খিংলম্লনি যাদরে,
হুয়েং খুংলে চুমঙাই, ইশেন ইবাই খুংত্রিম'খ।
হোরেন নোংবান মাগীনা বিচার য়েংনরকপদা
তাবো লম্নাই লমজেন্দা, হায়ররনি মহাক্না—
'তুদি করি মমমগী নোংবান ঐগী লমজেন্দা,
লম্ থাবিবা করম্না লৈকাই লাকপা মন্নিনা?'
হায়নি শোইরোই নোংবান্না। লমজেন হায়বা সিদদি,
কনা চাওই হায়হুনা—থমখো নবাই ঐগীদি
লৈকাইরাকপা নত্তনা নমান্ নোংথোন্ কাওবনা,
য়াদে লমজেন থারবা। নোংবান মীবু ঙইবগী
কমদৌসিগে ইবুংঙো চেম্থৎলক্লে মন্নিসে।
মাসি খাইগী মরুনি।" ঙাংনখরে তানরে।
"চুমই ইবাই ইবুংঙো।" হায়নখরে অনিদো।
অনি ঈঙ্গিৎ তৌনরে। ইমান ইমান মান্দানা
লৈশিনখরে অনিদো—ফারে মন্নি অহুবু—।
ফৈরোইজাম্বনা—"ঙাইখো ইসেনগী লম্-থারমখো।"
হায়রকপদা মন্নিনা—"ঙম্মোই থাবা অনিরকু।"
খুম্ জরুবা শাবদা। শাওগ্রহনা সেলুংবা,

শিনি নানি থংখিল্লে। খুংতা পাইবা শাজেনা,
লৈকাই লাকপা মরিগী ফুরে নমম্বং অতুদা ।
কেগে মোইরাং লৈপাকতা কনবা থোৌবা শিংবদা
মপায় ওমথং ওইরবা, পাগদ'দা নোংবানগা
মচিন মনাও ওইবগী, মপা মপা ইতুনি।
পাঙ্গন থোকপা য়াদবৈ লৈরিবনি সেলুংবা !
মকম্বসু সেলুংবা ওম্ গদমখৈ ওম্বিবা
ফৈরোইজাম্বা মহাক্নি। লৈকাই লাকপা মরিদো
মখোইনগা লালুরে, কৈসু হায়বা ওমজদে।
ফৈরোইজাম্বা মহাক্কী শাজৈ চারে মরীদো ॥
মরি হুবু মবাইনা মসেম তুগী খন্বদা
মুংওাইতবা লোমখরে। ফৈরোইজাম্বা মরিদো,
অঙাংগুম্না উখরে—"মহোয় করি হায়াইএ ?
ইসেন্ অঙাং নোংয়াইবু কেগে লাদৈ কাইখরে,
মোইরাং শিংদৈ সৎখরে। চেংলন্দরে হায়াইএ ?
খংব্রা নহোয় ঐহাকপু।" হায়না ফুগে হায়দুনা
শাজৈ হাইগৎলকপদা, খাম্মে খম্ব। মবাইবু।
লৈকাই লাকপা মরিদো—"ঐখোই লাল্লে সেলুংবা !
লমথাজগে" য়াজরে। কুমথরক্লে তরুক্কো ॥
ময়ামগী লমথাফম্ উরে, খম্বা হংই তাক্লে।
তুদগী নোংবানগী লৈ, তুসু হংই, থংজরে ॥
চেন্সি সিদৈ হায়বদা য়াদ্রে খম্বা মহাক্না।
কুম্খিসি হায়রকই —। খাদ্রাকপগী লমথাবুং
থেংনৈ হংলে তাকপিরে। সিদৈ চেন্সি অতুসু
খুমন মানা য়াদরে। কুমথরক্লে অমুক্না ॥
খুমন মাগী লমথাবুং পুরেনবদি কৌবদো,
খোমুম লাইনি হায়না নিংনৈ তাইবং কয়ামা।

খোইজৌজেংগী হাওশিংনা খুরম্নেদো পুঙঙদো ।
অলা পিক্তক চেংতকপা পাম্বি অনি হৌত্তুনা,
পুঙ অনিত্তু লৈরমই । ভাকপিখরে মবাইন ॥—
"খুমন 'বুংঙো ! অসিম্বি লাইওইখিবা ইকুগী
লমথাবুংনি শাজোবা ।" পুঙ অনিত্তু খুরম্মে ।
ত্তুদগী খর লমদম চৎখৎলগা খম্বগী,
খাত্রাকপগী লমথাবুংত্তুগী অমুক মখাদা
খোল্লে লমথাবুংত্তুবু । লৈম্বি ফৈজৈ চিংখরে ।
কোক্তা লাংনা থেৎখরে । তাইরেন মশা পায়ত্তুনা
লেপ্লে লৈকাই লাকপনা । খুমন লমজেন চেল্লমদায়,
পলেম পম্বৌ অনিবু নিংশিংলক্লে খম্বনা ।
খুমন মনা কাক্তাদা কৌরকপগি খোম্ফমদো,
পলেম পম্বৌ অনিনা তারে কোরৌ থক্তুদা ।
কোবৌ নোংথোং হাংত্তুনা লৈচিন খুদা নেংখরে ।
ঙাম্থবৈমা মমামা, সুম্ খরক্লে অমৃত !!
মান্দাকিনী তোর্ব্বান্দা মুম্বিৎ খুদিং শিংথ্রবা,
অয়িংবা মুংশিৎ অত্তুনা পুথরক্লে খোম্লাংদো ।
হা ইমা ! হাম্বরত্তুনা—খুমন মানা কৌবগী,
ময়া কাথোরকপদা অমৃত-ত্তু তারুরে ।
খুমন পাঙ্গন হাপখরে । লৈকাই লাকপা মরিদো
তাইরেন মশা পায়থৎলে । ময়ামদনা অত্তমলক,
নোংবান্দনা মম্বিরক, খুমন্দনা মিপাল্লক ;
তাইরেন মশা লৈদাফু, সিয়া লমথারকপা,
খুমন খোংজাও অত্তুনা মালৈদা কাওরকপা
লৈপুং লৈকন্ ফকৃখরে খুমন মাবু থারক্লে ।
ফৈরোইজাম্ব সেলুংবা—"য়াম্বা লৈক ইলাকপখোই ।
লাংগোই কারন য়ৈবিরো, মাংদা চেনবা ময়ামদো

থৌবিরম্মু, ঐহাক্না ইসেন তুংবু ইল্লকে ।"
হায়বিরক্লে, হরাওরে ।  মসেন মবাই অহুবু
নক্কনিংদ্রে মখোইদো ।  পোন্দে থাদোকপিবগুম্
থৌগ্রে, লাংগোই মরিমক ।—"খুমন ইবুংঙো ইবাইগী
লাংগোই সমৈ পায়রুনা লমজাও ওইরিঙৈসিদা,
অরা খর পোখোকউ ।"  হায়বিরক্লে মসেনবু ।।
"ফনি ইবাই ইবুংঙো নসেন সমৈ পায়জগে"
হায়না পায়রে খম্বনা লাংগোই সমৈ অহুবু ।।
ওসি ফৈরোইজম্বনা তোংলকইবা সগোনসি,
সগোন মতা অমনি লানগী শানি লাঙ্গোইদো ।
মমান খোংলেন কৌবনা কেগে চাওবা মপাদা—
"মংবু চাওবা মথম্মু হুয়েন লানগী থৌরাংস্নু,
লৌশিংন ভাক য়াদবা কাল'মস্নু লাকনি হাই !"—
"চুমই ইতাও থমগে ।"  তাহুনা নোংখোনবনা
লানশা লাঙ্গোই অসিবু তম্বিহুনা থম্বনি ।।
খোংলেন লান-শা অহুগা চাওবৈ শাগোন অসিগা,
চহি মঙা খম্বনা পোকই মপী 'মতনা ।
অনি অসি পোক্লগা খমখি মপী অহুস্নু ।।
ফৈরোইজাম্বা মবাইদা—"ইবাই 'বুংঙো লাংগোইসে,
হাইগৎপিয়ু খোংকাপ খিৎ ।"—
"শাজৌ খোংকাপ, ফাদ্রব্রা ?"
"ইবাইবুংঙে ফাদরে ।"  মসেন মবা তাবদা
লাংগোই খুবেৎ থিল্লক্লে ।  লাংগোই শাজৈ থারক্লে ।
মাহুদদা শাজৌদো নোংয়াই নিংবা থুংঙকই ।
মসেন মতৌ য়েংগেদি মবাইহুস্নু তিংঙকই ।
হম্না য়েংই মবাইনা নোংয়াই কোয়া ইল্লমই ।
"কমদৌবগে ইবুংঙো ?"—"ইবাইবুংঙো থরগা,

য়ারবদি মসেনবু লঙ্কোবগা কোনবনে ।"
হায়জরকই থম্বন। ফৈরোইজাম্বা উয়ক্লে—
অঙাংসিগী থোংজেনগা অসাই হেনশিবদুগা,
তাত্রবদি সিদগী সিনা চাংবু ওইরগা,
তারবদি থোইরনি উয়দুনা,—"ইবুংঙো !
লম্বিসি শাংলে ওক্লে, হোরেন চখম্নগনি ।
সিনা চাংবু ওইরসি ।" "ফনি ইবাই-ইবুংঙো ।"
সুম্না মসেন মবাইদো চেথংলক্লে লমজেন্দো ॥
ককয়াই কক্লক য়োৗরক্লে । ফৌগাকচাও ইথায় য়োৗরে ॥
হাওনু কোন্দে লৌঙাকপী, নুরা মাগী লৌঙাকফম,
কৌরা য়াইরেক তম্‌খিবা চিংগুং নোংকাই চন্‌খিবা,
"কেগে শিংজা করাক-তা, মোইরাং লৈথা চরং-লো,'
মশেন মবাই য়োৗরকক্লে । ময়ুম মোইরাংনা কাকপু,
'শিংজা করাক'তি কৌই । ময়ুম পোইরৈ মৈতৈনা,
লোইবী হেম্পাং অমুবা, লোইবী পাওহন্‌ চেক্‌ কাক-পু
অমুবা হায়না কৌনৈ ॥ নুরায় খুদোপ্‌ অদুনা
পাম্বা মরৈ থায় গায়না,—পাম্বা মানা শিবদা
কাক্লা ময়াম ইনবগী—কেগে শিংজা করাক তা,
মোইরাং লৈথা চরং লো, হায়না কৌনৈ লম্‌দম্‌সি ।
অচা, চাদ, মরোং-লো, সৈদাং চিম্ফুরোদগী
সঙাই কোম্বী রো, লমদম্‌, মথং মথং য়োৗরক্লে ।
ময়ুম মোইরাং লমদম্না কৌনৈ 'সংঙাই কোম্বী'-বু,
ময়ুম পোইরৈ মথৈনা য়াওক্ল-য়াওসংঙাই, সগাই,
লাম্বীশা হায়না কৌই । সংঙাই কোম্বীরো য়োৗরে ।
মকু ছইজোল লো, য়োৗরে । তেকপী ওকফারো থেংলে ॥
ময়াম লমজেল্লোই মথৈ—থেংনরে মফম সিদা ॥
লমজেল্লোই ময়ামদুনা— "থুমন মচা থোইজরো,

থোইনা বোম পিগেকো। অঙাং নংগী নফমদা
লাম্লুরেদো কয়াস্থ। হায়দ বাবু হায়বা-শা,
নংগী কাদা হায়রুবা ভুগী পাপস্থ কোরুসি॥
ঙসি নোংবান থোইর'দি মোইরাং লমজেন মুংলনি।
নোংয়াই নপা লৈরম্মোই। লমদম শাংখিত্রিবনি।
ঙাইহাক পুংগোই লৈরগা মকঙচনি ভাঙ্খংলু॥
খম্বা মাবু থোরকই। ময়াম অত্থ লৈহৌরে॥
খুমন মানা "থোইবদি ইভিক ইপা ওইজদে,
ফংবদদি ফংজগে" হায়না খুম্মি ময়াম্মদা।
ময়াম ভুনা খম্ববু "চেল্লো খুমন শাজৌবা"
খুবাক খুভুনা লমজেন থৌরকপা মীনিনখোম্লু,
তুরেন্-লম্দা নোংবান তায়। কাক্কা পনম লৌহুগা
তেকপী ওকচা লৌহুগা অনি সিগী মরক্তা,
ইথৈ লোখোং অচৌবা লৈরে কৈগাক কৈভুনা।
খুমন মানা খল্লকই—"লোখোং অসি কুম্মরোই
চোংগে চেপ্তোং ওইনদি, লাংগোই ভুংদৈ হাইগংকে।
শগোন সিদি খংদেদো চোংবা ঙম্বা ঙমদবা।"
হায়না খুমন মহাক্না সগোনদগী হেক্সংলে।
নোংয়াই মাগী মমাংদা কোংয়ামবনা চেনখিবা,
সগোন ভুগী মমাংদা খুমন মনা চেল্লকপা,
সগোন ভুগী লিংজেম্না মাংদা সেম্বাং পাইফম্না,
ঘুরেঞ্জমগী খারবা লিংজেন্দুগা পাবদা,
হেম্মদরে অনিদো মত্তা অম্না ওইথরে॥
লাংগোই মমাং থাভুনা নিংখৌ শাইরোং মরুগুম
লোখোং অত্থ লান্দুনা খম্বা মানা চোংথরে।
কৈরোইজাহৈ সগোন্দো লান্‌গ্লী শাগী হৌনবা,
নোংয়াই চোংগ্রে হায়ভুনা খুমন থোংফম ভান্দুনা,

লাংগোই শৈদা খুড়ুংনা, খুমাং অনি হাইগৎলে,
ফুক্ক্‌না হল্লকপদা ফৈরোইজাম্বা মবাইস্থু,
মসেনগীদা য়েংখরে। লাংগোইহুবু খাম্‌গেদি,
নিংখিদরে সেল্লুংবা ; লোইনবক্লে সগোনগা।
সফু কম্মনখিবনা লাংগোই পুক্লি তংখরে।
পুক্লিহু হেক তংপদা লাংগোই সোর হাপ-চংনৈ।
লাংগোই লমখাং অহুদা ফৈরোইজাম্বা মবাইগা
লোখোংহুগী মমুংদা অনি অহু ভাখরে॥
নোংয়াই হুন্না য়েংলগা—"ইবাইবুংঙো শোকপন্না ?"
"শোক্তে খোংয়াই চেম্বৎলো, ইবাই পুক্লি শেমখিগে,
সি-ভাইহুনা লৈমগা অঙাং খোংবাই খিল্লনি।"
মবাই মন্না ভাবদা—"করে হুদি লাকপিরো,
নসেন চেম্বৎলম্লগে।" খুমন মাদি চেনখরে।
মখোং নাচন ওইখরে, মখুৎ মশা ওইখরে॥
নোংলৈ মুংশিং পাংখক-ওই. মুমাং লাকং পায়খরে॥
ফৈরোইজাবৈ সগোন্দো মমাই নোংচুপ পাংখরে।
খুমুজাম্বা চিংলোমদা সরুপ তান্না চেনখরে॥
শাবন অহু থনম্মে হুপ্নৌ খুদাপ অমা থৎ,
ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা তান্নরক্লে শগোন্দা॥
মভম অসি নোংবান্দি য়োৌরে, তুরেল্লু-য়াংবী।
মাগী মিপা তরাগা মঙা খম্মিবহুবু,
কৌরে নোংবান তাকখরে।—"লমজা খম্বা লাকহৌরে,
ক্বান খম্ব্‌ ভম্মগা নক্ত্রে চেমবা য়াদন্না,
মখোংলা মখুৎনা'সা ত্তৌ, চেনবা য়াদনবা।"
নিপা তন্না মঙাহু পুলেপোকপী লমদমদা,
লম্বী ময়াই মক্তদা লেপ্লে খুৎশম্নহনা।
উরে খুমন লাকপদা—"আ-দা লৈবা মীশিংসি,

খুমন ঐগী ওইরবোই, লমথোগে তৌরি মালে।"
খম্বশাই লমজানা ! খুমন মশক উবদা,
খুহুম উৎলি মঙোম্দা। মতা'মনি হায়বদো,
উরে খংলে মতাদো। খুমন ভক্তি তৌরকই—
"মোইরাং ইচিন ইনাওশা ! য়েৎপীগম্মু লমজাবু।
ঐবু নুংশিত্রবম্মু লমজা ইচেম য়েংবিয়ু।
'য়াঙ্গভাইব নহোয়গী য়ুমথোং য়ুমশোং চংহনা
থাক্লকপনি ঐহাকপু চেংনি কৌনি বহনা।
নহোয় নচেং নকৌনা চাওরবনি খম্বদি,
ঐগী ভসি লমজেন্দি লমজা ইচেমগীদমক
চেঞ্জবনি ঐহাক্না তৌবিগম্মু। 'য়াম্ব-শা !
খুমন লাইবক থিবনা লমশুম্বম্মু কোনখরে।
মহৌশাম্মু চেঞ্জদে" লাওজরকই খম্বনা॥
ময়াম হনা—"কম্বিমো খম্বা মাহু য়াররোই।
ভস্মে চেম্লু নমথেকখো। ভমদ্রে ফানি ঐখোয়না॥"
ময়ামহুগী মরক্তা অহল অমা য়াওরম্মি।—
"য়েৎলমুসি ইনাওশা ! নুংশিদম্মা খম্বসে !
'মশা কনবা নিপানি, নমথেক্কুনা চেনখরে'
হেকমা হায়সি কৈদোগে ? মানা শাওদা শাওরগা,
হন্সি মাগী মসেন্দো।" শাওই অতৈ অহুনা—
"চাঙৈদদি খদ্রগা ইচিন ইরৈ জনিনা,
য়াপ্ত্রবদা ক্ষত্রিনা অহু হায়কম থোকপরা ?
বার্ত্তোন হানখ্রে য়াদরে—মুপী মালে নং অসে।"
"ঐদি মুপী ওইজরে, ভমজররোই য়াওজবা
ইতৈ খোইদি য়েৎলুকো, লমজা লাইরবসিবু।
নিপায় ধর্ম্ম ফংগনি। ঐদি কিজৈ লমজাসে !
ভমজররোই তোকচরে। মুপী ঐগী ইসিন্দি

ইন্সাং চিজক্লরগে। তৌবিহৌরো ইতেখোই !!"
হায়না মোইরাং অহন্দো। নিপা শম্বুন থাদোকই,
অওন শম্বুন পুন্দুনা "ঐদি গুপী মচানি
পুলৈ হেকচরুখিগে।" পুলৈ লক্তা চংখরে।
পুলৈ খোক্লা লৈখরে। য়াওদ্রে ময়াম মরক্তা !!
নিপা তরা মঙাদো পুকচেন তিমরক্তরে।
তরা মরি অহুদা য়াওরি নিপা অমগা।
থা তরেৎনা শোকপনি পিকই নেম্মি নিপাদো।
নোংবান মাম্বা খমবদা লিংজেন কৈ-দি খংহুনা
য়াওহনবনি মহাকপু ঙসি খম্বা য়েৎপদা।
"নিপা অমতদবু ময়াম চংবা হৌনদে,
ঐদি য়াওবোই হোৎনখো নহোয় ঙমদ্র মতমদা,
ঐ তৌগে য়েংউ নহোয়। অমমম্দা তৌননি,
অমদা ময়াম চংবা ! দায়লৈত্তে ঐ য়াওনিংদে।"
লৈপ্রে মাম ফমহুনা, তারাহুমদোইদা ঙাইরে।
খুম্বা ঙমদে ময়ামদো হান্নৈ লিংজেন খংহুনা।
খুম্নুরগা মাহুদা হল্লোইদৌরি নিপাদো,
খম্বা য়েৎপ তোক্তুনা নিপা তরা হুমদোইদো
য়ৈনহুনা লদৌরি খুমদে হুনা ময়ামদো॥
মাংদা অনি ভুংদা'মা মাক্ য়েক্তা মঙা মঙা,
খম্বা ফানি হায়হুনা ঙাইমে নিপা ময়ামদো।
খম্বা ফুজিল্লকপনা নিপা তরাহুমদোইহু
য়েৎতা লৈবা য়েংতা লং ওইদা লৈবা ওইদা লং
সোরোক ফনম্ভাহুদা য়ুংনা তাবা য়াওরক্ট।
খুমন মানা চেনবনা বুংহৌই কন'মনা।
মথুৎ ভেকপা য়াওহৌই মমাই ফায়বা য়াওহৌই॥
ময়াম মতৌ উবদা চোংসিনখরে অসাইগী

থান্নুদবা নিপাদো। নোংয়াই হায়না চেল্লিবা
খুমন মখুং কায়গে—চোংখৎতুনা কোনববু,
খম্বে পাম্বোম মরুদা য়াম্লে মখুং অনিনা।
"ফারে ফারে" হায়দুনা নিপা হুম্বা লাওরকই।
খুমন মানা মোক্লিংলি—"তাংখুবা নংদি চংলি,
কাক্তা লম্বী শাংইদো য়োৌবা ভম্মোই পুবিগে।"
নোংয়াই মানা চপ্তুনা—হনুমান্না মুমিংপু,
সেগা চপ্পা পুবগুম পুরে থোংকাপ খরদি।
নিপা তুগী মচিন্দো লাওরি ইতক্তাবা;
তানিংদরে হায়দুনা লংথোক্লম্লে খম্ববা॥
লৈসৌ মহুম অমদা সোরোক নাকন্ অতুদা
মকোক য়ুংনা তাক্লরে। চপ চানা তুবিগুম্না
উপন্সিনখরে মকোক্তা। হোৗগৎপদা য়াওরকই।
ময়ামদুনা উবদা অনাবদি হন্দোক্লে।
মহৈ মহৈ মোক্লরে - তাংখুবত্তু লৈগৌরে।
মৈকোক্পী শাগী শাজেন—সংডাই লাম্বী শাহুন-তম,
নোংলৈ নুংশিৎ মদোগুম চেম্বংলক্লে খম্বদো॥
কোক্ত কোক্পা লৈরুকোক্ কোকোক্ কোকপা লমদমদা,
ফুমিন্ মপান শাৎপদা কাক্তা লাংজিন্দুদগী,
নোংপোক লৈচিন লক্তগী কোরৌ চোংথোয়কপগুম
ফাওদারক্লে খম্বদো কাক্তা লৈরুকোক্তুদা॥
চেল্লম্মি অডোম নোংবান খম্বুম লবুক সোরোক্তা।
নোংবান মশক উবদা সুংডাইতরে খুমম্না,
খুমন সুংডাইখিদবা লমন শিংগে নিংখরে।
নোংবান মাবু য়েংহুন—"হাই হাই! নোংবান কোয়ানবা!
শামান্নবম্ভু লাক্লে লামান্নবম্ভু য়াওরক্লে।
নত্তবনা নখোং ওই মংনা হাম্না চেল্লম্লে।

থবম্মে খুংলিংহনা, তৌরে, লময়কেং লম্বাইরে।
ঐনা থোইরবদি কৈ, ঙসি নংনা থোইর'দি
লৈরি বা মথং মথং। নংনা চেমবা শাজেন্দি
সগোল মাংদা পুক্তাওপু—ওকপীদা কী কুপ্পনি।
ইনাক খুনবা নশরুক, লাইরবগী ইশরুক
লৈরমগনি ঐগীসু। ঐ লাকএদো কোংয়ানবা!"
লাওরে খম্বা নোংবান্দা। নোংয়াই মাম্বা থন্‌বনা,
"হাম্বক ঐনা চৈবদা নোংবান মানা শাওহনা
ঙাইরসমু খম্ববু, মীগী চৈরক অসিদা।
কাক্তা লমজেন চেল্লরোই, লোইশরগে ঙসিদি।
ঙাইদরে তামগে ফাগে য়েথেক্ত্‌না থমমগে;
হয়েং থুংডে থুংঙগে ঙমদ্রে থবাই থারগে॥"
লাইদে নোংবান অপাম্বা কিবা লৈতে মবুক্ত।
থম্বৈ মপাও তাবদা—"করি হায়ে লাইরবা!
লাও ঙসি থংনরসি। কাক্তা লমজেন চেল্লরোই,
ঐনা ঙম্মে নহাকপু থনম্লগে লোইরমগে।
চিংনদম্বা শা-পায়গে। নংনা ঙম্মে পায়রুরো
বাইশংনা চেপ্পথরো। লাকও খম্বা''—হায়হনা
মখোং থোংখোং শাহনা নোংবান খোংবী লুক্ত্‌না
ঙাইয়ে নোংয়াই চেল্লকপা॥ চেক্লিমখরে খম্বদো।
নোংবানগী সেগা পায়গ্রে, খুমন লৈরকপহনা
নোংবান শিংলে লোয়োক্তা খম্বা তুরে নিংথেংনৈ।
তোক্তে অনি চোংসিনৈ মপ্পথরে মশাদো।
নোংবান মাগী মঙক্ত্‌ তারে থম্বৈ সেগাদা॥
কাচিন্দগী বোরোবী হংঙোইহুবু অঙাংনা
চম্মঙম মঙক্তা চপ্লে খুমন মহাক্না॥
খুদোং থিরে নোংবান্দো লোম্ব তংলম্‌দায়দদা

অমুক অমুক থাদোকই। অমুক লাইরি ॥
য়াররোইদৌ উত্তুনা নোংবাম মানা—"ইভাওবু !
থংডে নোংয়াই ! মকয়ে। থাদোক্লরসি খম্বা !
শিংছু নাত্তুং নত্তেদে লমজেন্নিদো ইভাওবু !
লমজেন মতম হেখ্রানি।" হায়রক্লে নোংবাখা।
খম্বা অমা থাদোকই চেম্নরক্লে হুদগী ॥
লয়েন্নিদি মদাইখা পুন্থোংবীনা নৈময়োন্,
মুংলন্ খুবীপোক চেগাই লয়িভাওবু য়োরক্লে।
হুই য়াম্বুং য়েং-ওইনখ্রে, চেন্নক্লে চিংথে পাংনা ॥
খুদেকপী লমদম য়োবদা লাংগোই ভোংবা তারগা
মঙানা থংলে খম্বা লাংগোই মকজি থাইখরে,
লাংগোই সগোল মথাদে নোংবান তম্না লিৎহনখি ॥
ভৌবিগমু হায়জরে য়াবিদরে খম্ববু।
"চেনখো ওন্নে নমথাইখো ঐখোই ওয়ে থংকনি।"
হায়বিরক্লে ময়াম্না। লাংগোই মঙা অমনা,
থিংগৎলক্লে নোংবানবু। লাংগোই ময়াম অহুনা
য়েংখ্রে খুমন মহাকপু য়েংতা ওইদা মাং-তুংদা
লাংগোই শাজে অহুনা ফুরে খম্ববু।
ওইদা ফুরে য়েংতা চোং য়েংতা ফুরে ওইদা চোং,
লাংগোই অরা অহুগী থাগে অমুক্তা মাংদা ;
উন্না য়োবা কাওবদা লাংগোই শিংবু ফংহল্লোই,
নিংপ্রত্তুনা খম্বনা য়েংতা চোংগে ভোরগা,
য়েংতা থংপা হোৎনৈ ওইবোমদা চোংখোকখরে।
লাংগোই অরা অহুগী খুমন মাংদা তাখরে।
খুমন তুদে চেন্নকপা লাংগোই অরা অহুনা
মোংরাই মাগী তুংদা নিংথম চিন্দোম য়াইনবু
তানদক্লে ময়াম্না হেজংখরে সগোন্দে ॥

থিন্ গৎলুবা নোংবানবু লাংগোই তোংবা মঙাম্লো,,
হম্বরক্লে অমুক্কা নোংয়াই য়াইদা তাখবে।
তুংদৈ সগেম মঙানা খুমন তুংদা ইল্লকই ।।
য়াওক্ল সংঙাই তুবান শা, শাদান্ বনা কোম্লবগুম
মাং-তুংদা খম্ববু-মুক কোয়শিন্নক্লে সগোম্না
লমজা মানা – "হন্দক লাংগোট তোংবা মঙাসি,
হেন্দোক্লদি লোইরেকো"—খুমন হেনগে হায়ত্নুনা —
খোংথাং অত্থু য়েংলোমদা থৈগদৌগুম উৎলকই।
মঙাত্নুনা যেৎলোমদা খুমন থৈগ্লে হায়ত্নুনা,
থৈরকপদা য়েংলোমদা থৈবে নোংয়াই শইোনদা।
খম্বা লম্বী মচিদা সফু কম্না হাইথরে।
খোইতক তৌনা কোইরিংগে খোংফম মঙা তরাদ,,
খুমন লম্বী লমথুন্দু তাত্রিংদা তুংদগী,
সগোম তোংবা তরাদো লাংগোন চিন্দোম হেঙ্গৎখ্রে।
মথং মথং লেংখরে খম্বা কাবা য়াদরে।
অতোংবদা শগোম্না অকুৎপদা খম্বনা
খুমন খুদোং চাদরে। সগোম তবা মঙানা
অতোংবদৈ লানত্নুনা ফুয়ে শাজে অত্নুনা।
খুমন থমোই অত্নুদি খাম্বী মওং ওইখ্রে।
নোংয়াই মায়োক্লরিবা লাংগোট মাগী মাক থংত্নু,
লমজা খুংনা পাক্লখরে। খম্বা খংজিং চিংখরে।
খোংফম লৈদা থিন্দুনা চোংখৎলকপা অত্নুদা,
তারে লম্বী মথক্তা লাংগোইশিংগী মরক্তা।।
নোংয়াই মখুৎ অনিনা গরুড়গী শাগম-ওইনা।
নাক্ য়েংতা ঙাকখোরকই। লাংগোই ময়াম্ব অত্নুনা
পুম্ থৎ-থৎপা ওন্দনা খুমন মাকা চেক্লকপা,
খুদেকপীদৈ কাঙ্পোকপী নোংয়াক তম্না য়েংখরে।

লাংগোই ময়াম ওইবনা সাজে কোয়না কুজিল্লক,
লমজা চেনবা য়ারক্তে। মবাই কৈরোইজাম্বু,
হন্না য়েংই, নিংশিংই, উথিদরে মবাইদো।
থুমন মাবু য়েংলকপা সগোল তরা মতাম্,
থুমন মাম্ হুমাংনা পুন্নপ ওইনা লুপ্পরে।
নিপা তরা মতাম্ মমিং ভন্দন পাইরক্লে॥
খম্বা পাংগল হল্লক্লে। "থোইবিরেদনা লমজেন্দি,
য়াগদবা লৈতরে। ময়াম সিগী খুংগগী
ভাহাক্তদি লৈখোক্তে করি উপায় লৈবগে ?
থনখ্রে নোংয়াই মবুক্তা—"ময়াম সিগীলকপী
অমনিদং কোন্ননা শিরসিরা ঐহাকপো ?"
খল্লি স্নম্না অমুকম্—থুরমখরে মপুদা॥
"ইবাই লাকপা কাওবদি তাপ্পা'মতা য়েংখিগে।"
খন্না খন্না য়েংবদা থৌজান হৈবা মপুন্সী,
কুপা লাইজ অম্বু ফংজরক্লে লমজাদা॥
কণ্ঠপোকপীগী নাকচিদা ফুমদি অমা উবক্লে।
থুমন মাম্ তমত্তুনা লৈথখরে কুমখরে।
সগোন চংবা য়াদরে—ময়ামত্তুনা খল্লয়ে—
"খোংনা চংবা য়ানম্ কুপ্পুত্তুনা কান্নদে,
থুমন মানা লাকচনি খোক্তে আত্তার মকম্
নোংবান মরন্ চারুবৈ, য়েংপা মাবু খোইহনবা
সিনা লোইরে কান্নদে লৈরসম্ খোয়াইসে।"
ফুমদি মথক্ অত্তুদা লেপ্পত্তুনা খম্বনা
"হৌজিকতগী চেল্লম্ ফংগনিদো মোংবান্দো।
ঐগী মীনি হায়ত্তুনা লাক্লগদি অমতং,
সগোন তরা মতাগী মাংদা খোংকাপ অমতং
থাজবর্ থমগ্রবা পেমগদবু ইর্পুন্নি

লাকখিদরে ইবাইহনু—( কংলাবোমদা য়েংলগা )
ইপা থোংলেন অথৌবা লাইগুম্বদি ইপানি।
মচা সুম্না বাখরে কাওত্রবোইকো ইপাদা।
ইমান চাওবা নোংথোম্বা কংত্রবোইরে লৌশিংনা ॥
পলেম শকপী ইচেমদো উগ্নিরোইদো মহাক্তি।
মাগীদমক থম্বনা চেঞ্জবনি লমজেন্সে ॥
নিপা ভরা মঙানি সগোন ভোংবা শিংসিনা
ঙস্মোই ঐবু হাংপদি থোমজিন্নক্লগা অমুক—
সিদই হেম্না ন্নারত্রা। লাইবক থিদা লমজাদে।
ন্নাগ্রনিদা ইচেমদো ঐগী ন্নাবা উন্নগা,
বিধি কৌবা লাই! নংনা—তোম্না শেমগ্রেদা ঐবু ॥
মঙন মঙন শনবদা হুংঙাইথিত্রে লমজাদো,—
মিৎভা পিবু ভাথরে থমোই অতু চাকথরে ॥
ইকাইহনা থম্বনা পি-হু শৎপু ভৈথোকই ॥

৩

মোইরাং উত্রাদগীনা লেংবা হৌরে মীয়াম্না,
লমজেন্ য়েংবইদমক্তা। লেংথোক্লে মজাইকেম্না।
থোইবী খম্ব্ সেম্নুনে, সেন্নু খুৎতা রেসমগী
সনা কোংগোন থিরবা সাত্তিন থৌগন্ ভৌহুনা
ঙাইরি লমজেল লাকপদো মোইরাং খারি লমজাওদা।
কোন্নৌ ন্নাংনা শাংখিবা থাদোই লৈন্নাং ওইবীবু,
খম্ব্—অনি মক্তনা, য়েংথরকই কাক্তারোম।
খুমন কাক্ত্বা লমদমদো লৈথোং ভাদা লৈচিন্না
শাংথ-লেংথ ভাথরে। কোন্নৌ থক্তা, লোইপম্ কুম
মুনা অমুক উপথবা, লৈচিম্বুবু উন্নক্লে ॥

"কৈনো য়েংসি" হায়দুনা খম্বু থোইবী অনিনা,
চয়োং লাং পানমে। কারন তারে লাংবা-দো
মচা ত্তানা কাংখল-শুম-চিথেক মাইনা তাদয়ে॥
থোদো অসি উবদা খুরৌ চেল্লে উবনা—
নুরা থম্বাল মাল্লবী মাখ্রে মজাইবেম্মবো।—
"থংলেন মাল্ল পাম্মুরা! কমদৌসিগে ইবুংঙো!
কেগে মোইরাং মচানা লোয়ুম শীংখোং কাহুদা,
য়েৎলবরা মহাকপো! পোন ওইবীনা ননাওনি,
চেল্লা ওইবা মংনিদো। কাক্তা লমজাও অহুদা,
বিধি কৌবা মহাক্লা করম থাদোকপিগ্রবা!
পম্বৌ সগোল শংদগী পুক্লিং তাবা লাংগোই খম্ব,
লাংগোই খক্তা তোংহুনা করম হৈনা ইন্‌ফ-দা,
লমজা মদোম কাক্তাদা থাদোউবা ঐসিনা।
ইপুবস্থ ননাওবু ঙমগদয়া নিংইদো!
থংলেন নংগীদমক্কি কমি ঙমদগদগে!
থংলেন কাদা হৌজিক-তা লোন-চৎনগুম থোকপনে।
লেয়্রে মানা বাঙাংগে, নিংলকৃপদা লাইজনা
ঙাগী মরোল থিংবগুম লেয়্রে মরু পনবগুম
থোকপ্রেদকো ইবুংঙো। মাল্ল নংবু করম্মো।
মুপী ওইনা পোকপনা ভোনথ্রে মুজা ঐহাক্তি।
নিপা ওইরমহুনা—লাংগোই অমা ভোংলগা,
লাংগোই কারনং লাকহুনা, নাকথাং-খুনেং থিন্নুনা,
থোথহুনা কাক্তাদা পম্বৌ পানা পাম্মোম্‌নি;
পাখং নংগী দমক্কি লমজা হাকমবদা
কেগে কাক্তা লমদমদা য়াইবী মাংঙে হায়বশিং,
মুংঙাইগ্রনিদা ঐদে' থোক্লবদি ননাওবু।
শাবি 'বুংঙো নহাকপু মোইরাং কাক্তা লমজাওদা,

অমন্-থরৈ কুন্দত্রা ; ৱারৈদকো ঐহাক্ত।
বিধি কৌবা নহাক্না কৰি মুংশি হৈতবা,
লাইবক চাওবী থোইবীবু সাগন ভুকাং ।পদবা !
চেক্লা চাবু ওইহনা পাইকদবা কন্নয়া !!
মোইরাং থাংজিং কোইরেল লাই !
পাক্লোইভাম্বা লায়নিংথৌ।
হৈম-লৈবা কৎচবি লৈ-ম-লৈর থাজবী,
নম্থু ঐনি থাংজিং-লাই ! ইমান খুন্নৌ চেনবরু
কোকপিয়ুগবা নংনা—!!" খুন্নথরে থাংজিংবু ॥
লমজা খম্বু লাইরবী, খুমন মাগী খনবদা
লৈবা ঙমদ্রে ৱাথনা—"খুমন নংবু ইচেম্না !
নিপা পাঙ্গল ওইহনা ঙমদে নত্তুং ইনবম্থু।
লমজা নপা চাদনা কবি লমজেন চেন্নুবা !
খুমন নংনা মাংখ্রগা পাঙ্গল শোনবী নচেম্বু
য়েংবিগনি কমানা ! কাক্তা লমজাও অহুদা
খুমন কৈদৌরিধগে ? নোংয়াই মাইকৈ য়েংবদা
মুংঙাইতরে ইচেম্বো ! ইহু নিংথৌ লাকওবা !!"
কপাগ্রে খম্বু মচেমদো। মোইরাং খারি লমশাংদা ॥
নুরা নচেম অহুনে, নিংথৌ মচা থাদোইনে
খুন্নোব কথেন লমদমদা লেপ্ল-কংবা উণ্ডম্মে ॥
ফুবালাগী মুরারী তনবা মঙ্গিং চৎলব,
চাওবা চেংলৈ লাকপগী লোংখোন মাগী লোইরি।
তনবই জাত্তা তনখয়ে—শিঙ্-থাহনা কাম্নদে ॥
হৈবোং পাম্বী মখাদা লোংখাক লোংনা হিপ্লদা
তারকপদো ময়াদা মুল্লা থুম্বা হৈবোংদে,
শায়দে হেক্তি তন্বনা মখদাংহু লেংনিংদে।
মীবু খর লেংবিম্বু নেকই অমুক মীঙোন্দা।

মীনা হৌদোকপিরগা খদাং লেংবিরদদা,
শাম চায় হৈবোং অহুবু, মউন্ কাওবা লৈনিংদে ॥
লোল্লি মুপীদি অহুম মুপীশিংহু নংবনা
বাশ সেম্ভেক হুনবদা মুরারীগীদমক্তা।
ওসি লমজেন পুমিংসি হায়জৈ মুপীশিংহুনা —
"ওসি মুমিং অসিদি মুত্তিগীহু তম্বিমু।
খম্বা হায়বা অভাংদো মোইরাং সারা মচানি।
মপা মমা হায়বহু থোংলেন চাওবা অনিনি।
নোংথোম্বগী মমাক্তি, চাওবই মথৌ হায়হুনি।
লমজেন হায়বা অসি'দি কম্নবা ওাক্তি মীসি,
তনশিরমু ওসিদি খর ওমা কাবিহু॥"—
"করে চৎকে চাক থোডেঙা!"— হায়রে থোংগে চাথোক্লে।
মুপী অহুম অহুনা মকী মরোন হোংবিরে।
থোরক্লে মুরারীদো। কাওহুনা মায় মুপীশিং,
কোম্বোং হাংদোকহৌদরে। কোম্বোং হাংদবহুদা
হাংন-কানবা তম্মুনা লৈশিন্নক্লে মুরারী।
অহুম কোইনা লাক্তুনা মনিংথোংদা চংখরে।
তোম্বী কমুং অহুদা চংথ্রে ইরেন তুম্মবে।
মুপী অহুম অহুদি লৈরি মাংগোন অহুদা,
হিক্তাইনব্রি রারি শাই। খংদে মহোম অহুমদো॥
তোম্বী মাগী কাম্বদৈ কাগোক লৌগে চংবদা,
মুরারীনা তুম্মিবা নাখোকপহু তাক্লবে॥
"হো ইচেম্মন" হায়হুনা-চেম্বোরক্লে খংহুনা।—
"কৈদৌরগে অতোম্বী"? — "খংদে কৈনো ইচেম্মন,
লৈরে ঐগী কমুংদা খোরো খোরো লাওইনে।"
চংথ্রে নয়াম তাক্লরে থাম্নপ লেপ্‌ই অহুমদো।
তারে, কিরে, হন্দোক্লে। তানজরে অহুমদো।

অহমদুনা "ইনাওতোন। ইচা থারা পাজেদো।
থারাপিগে তৌবনি। অপোকপনি শোয়দরোই।
অথুম অহাও থাদোকসি। তোম্বী নংবু কুবিরে।
চৎলো থুনা লৈরুরো।"— "ইচেম্মা কমায়নৌ,
সেন-মণ্ডাদা পিনখো? সেঙ্গাও কমুংদা লৈরে॥"
মচেম অহন অহুনা সেন্ অদু পিনবিরে।
লৈরে কৎলে কবোক-তু পুখম'মদা হাপ্তুনা।
থারম্বগা কমাংদা থোক্লে ময়াম মাঙ্গোন্দা।
ময়াম নিম্নবদুদা মমিংপাংই মুরারি।
উরে। কাংথন মমুংদা কবোক অদু লৌসিল্লে।
শাইগৎলক্লে লোইদোরে। মুপী অহন অহুনা—
"তোম্বী কবোক কাইরুবো।"—তোম্বী চংজরকপদা,
চারিবদু তাবদা কিরে, অমুক তাকউরে।
ময়াম থাপ্লক য়েংবদা হিপ্লিবদো উরক্লে।
লক্কোনবা লাই, তাথরে লোঙ পুরকউ হায়দুনা,
তোম্বী লোঙ্-তু সৎথরে। থাপ্লপ লেপই অহুম্না,
কমুং অদু ভমদুনা থিনগদৌরে লোঙহুনা।
মুরারি মাংঙে সিদে লাওরে,-"ঐনি, পাপী শা।"—
অহুম অদু ঙকথরে। কোম্মোং হাংবা কাওবগী
লাল্লে মুপী অহমদো। অমুক চৎলো হায়দুনা
কোম্মোং কাওবা থিল্লোক্লে। লমজাও য়োরে মুরারি।
তাওথোংদগী নিপা'মা লৈজে মযৌ সুহুনা।
লাংগোই তৌংবা মথেনা থুমিন মাবু য়েংলিবা,
কংপোকপীদা কোয়বদো উরে মোইরাং নিপাদো॥
মুংঙাইতবা পন্থেনে। "মাংঙে তারে করেদো—
ইরৌ অসি কংসদু, লমজা থুমন মচাগী
শম্না'মভং ঐহাক্না য়েংগে ঙমত্রা তেংবাংবা।

উত্রা তারা চেন্নগে চাওবা থোংন্নেন অনিরা,
তমগে থম্বই মবাসি—" মাপ্পী মখৌ হন্নোক্লে,
কংপোকপীদৈ নিপাদো চেত্থংলক্লে উত্রাদা॥
খুমন মাবু তৌহৌবা মতা অদু উবদা,
লৌরিংওম্বা নিপাদো, লৈখোম লৈমাং অদুগা,
ইক্ল খুদৈ শেৎতুনা লৌখাং ফুরিং অচুনে,
চংগে তুগে উত্রাদা নিংঙকপনি মবুক্তা।
লৈপাক উরকপতুদা মবুক অদু ওনবদা,
"কনাগুম্বা অমত্তং উরবদি উত্রাদা,
তুহনগেবু হায়ববু উখিদরে করম্নো!"
খমা খমা চেল্লকই। উরে মুরারিহবু॥
"চাওবা মাপী লোয়ইম্নি" খংলদুনা নিপাদো,
কৌরে, হায়রে মহাক্লা মুরারিদা লোইনবা।
"শোইত্রবরা ইয়াম্বা মংগী ওসি বাসিবো?'—
"শোইত্রে মুরারি ও—চংলো থিল্লে তাকউরো।"
শিন্নরক্লে, থিন্দরে মুরারি চেত্থংলক্লে।
চেন্সিল্লকই উত্রাদা চাওবই মনাক অদোমদা।
চাওবই মনাই মখৈনা—"য়ৈয়ু ইঙাও ঙাওশিনৈ,
লোৎপা মখৈ লোৎলগা ফিংসিন্নবা, তাৎতোবা।"
ফুগেতৌরে মুরারি। য়ৈয়ু হায়রে চাওবম্ব॥
মুরারিনা—"অঙম্বা! কেগে লাল্লোই ফম্নাইবা!
লমজেন পাওনি তাবিয়ু। ঐবু কোম্না য়ৈরিয়ু।"
খাম্মে চাওবা ময়ামদো—"হায়্য তাগে" হায়্যরিরে॥
"মনাই ঐদি লমজেন-হ নমাক মত্তুং ইমরুই।
× × × × ×
সমৈ লাংদা থুহৌরে অম্না লাংদা নপহৌরে।
কোজাই লাংদা চংহৌরে, ইকাই লাংমা য়ৈহৌরে।

নমাক ইবুংঙো চেক্লা, ঙক্নৌদ্রে লাংলী খংপা।
চেক্লা লাংগাইরিক্লখো। ঐবু কোক্না মৈরিবু॥"
হায়না লাওরে চাওবদা মুরারিবু পেনখরে।
লুপা বাইথু পিবিরে সনা বাইথু অমগা –
"কানিংলগা কাজরো কানিংব্রগা তোকখোকউ
ননিং তৌরো মুরারি।" হায়দোকপীরে চাওবনা।
থিব্রে মুরারি কুমব্রে—"য়েংউ য়েংউ নহাশা'
নিপা ওইবা হায়বসি, নোংমা খুদি থিবদা
য়েংঈসে, তো, লৌসিল্লু, তোম্বী হিদাক হাল্লকউ।
কানিংলগা কাগনি কানিংদরে তোকনি,
লোয়ইন কোক্লে মুঙাইরে। তুমগে ফৈজুপ লোখংলু।"
তোম্বীত্নগী ফমুংদা মুরারীত্নু তুমখরে।
বারিপুম্বা তাবদা মুপীশিংত্নু মুংঙাইরে,
সনা লুপা বাইথুত্নু কায়থোকত্নুনা চাজরে॥
মুরারীগী পাওদগী চাওবা থোংলেন মনাক্তা
চংখিত্নুনা তম্মুরে। থোংলেন মাগী ভোজোন্দা,
থুমন মচা অত্নুনা মখোং থুরৌ চেনবদো,
উরম্মে হান্না মানা— সনা য়েংথাং থোগন তৌ'॥
চাওবা সনা চরন্দা—"ইনিংথৌবু ননাই ঐ,
কৈথেনকাকা সিফাওবা, লম্বি থোংদা ফংতবা
য়েংজরুগে॥" হায়রুরে। "ফৈ ইপু য়েংবিরুকো॥"
তাকপিরক্লে নিংথৌম্নু শিরুম্মি চাওবা মতাও,
থোংলেন লালোই তাম্বদা, ফরে চংলো হায়খরে,
থোংলেন ইংগিত তৌরকই। চেংলৈ লাকপা থোরক্লে॥
নোংবান পোকপা খাব্রাকপা, চাওবৈ নারৈ অত্নুদা;
উরে লোইনা লম্বীদো। খাব্রাকপম্নু হুংগংলে।
চংলু সনা য়াথংদো ফংলত্নুনা থোরক্লে।

সগোল অমমম্ তোংলে, চাওবা খাজ্রাকপা অনি,
মচা মচা ওকউগে কথেল লোমদা থোরক্লে ॥
মবুক মবুক নিংথৌদা হোৎন্নে ছিরম অমমম্।
চৎথরক্লে অনিমক খুয়োন কখেন য়োৎরক্লে।
চাওবা লাকপা উবদা খংই থাদোই মহাক্না
"কাক্তা য়েৌবা খোংকম্নি।" থাদোই মানা কৌরকই।—
"ইপু লোমদা তাহাক্তা ।" চাওবা মদোম চংলকই।
থাদোই কনা খংহন্দে পিয়ে পান্ন চহুম-হু,
খন্দোক্তুনা অহুমথক। "ইপু সিনা ইপুপী
সিমা নমাক খুমনগী,—লান্নগনি সিমনা,
কোংয়ানমদা পিবিন্নু। খংঙবরা অঙম্বা?"—
"খংঙে মজা ইবেম্মা। ইপু চৎলে লৈহৌরো।"
চৎখ্রে চাওবা খাজ্রাকপা, কাক্তা তান্না কুম্মক্লে।
থাদোই খম্বু অনিদো চাওবা মাবু উবদে
কোক্লে পুক্লিং অমাবা—। চিংউ মাবু নিংহৌই ॥
মপা মপন অনিগা নোংবান মাগা থেংনরে।
নোংবান উবা মতমদা "শাগৈ মৈত্তান অমাবা!
অঙোম ইহী ওইবনা, চেক্ত চেক্সিন্নরুগা,
মহায়'শাবা হায়হুনি লুংতাইদ হাই সেন্নুংবা।"
খাজ্রাকপদা অমুক—"নচা ওইবা মমমদা,
ইনিং তৌবা য়াদেদো, লুংতাই পেন্নে ঐহাক্না;
পান্ন মতপ্ অমতং লান্নিংইদা নোংবোন্দা।
পান্না হায়বা অসিদি কোক ফিংইদো তম্তম্দে॥"
চাওবই মমা তাবদা—করি ম নো লানবিন্নু
করি মেরা লৈতেনা, মপা পান্ন পিববু—।"
হায়জমকই খাজ্রাকপা। চাওবা—করে অতাংসে!
পান্ন অসি ইনবিগে; মজাইবেম্মা পিরকই।

হায়খিক্করে লোত্তলা। মোংবাম্না—"ইপন'বুংভো-"
হায়হুন্না ময়াহু হেক কাথোকই। নোংথোম্বনা—
"ঙুংঙাইরেদা পাপী নং সিল্লাইদ্‌গী হেল্লমু।"
পাম অহু ময়াদা খাদবিরে নোংবান্নী॥
পাম অহু নোংবাম্না প্রোক প্রোক তম্না শায়হুন্না,
অহানবা মহিহুবু য়োৎথর্‌ক্রে কোংয়ানবা।
মোংবান খোইদৌ কোথথলে। অমুক তম্না য়োৎপদা
মুন্দা লৈগ্রে নোংবান্দো। চাওবা মানা হায়ৱকই—
"ঐদি মখা অসিদা লৌ অমতা য়েংঙক্কে।
ঙাহাক্তনি চৎলম্মো।" হায়রা চাওবা থোৎখ্রে॥
কৈনৌ লবুক য়োবদা মুরারীবু থাজরে।
খম্বা মাবু কোয়রিবা ঢুরে চাওবা নোংথোম্বা॥
"শাগৈ মচা য়াওরিনি, খুগাইরগে হায়হুনা,
লাওরে চাওবা খম্বদা—"পারি নোংয়াই কারম্মু,
শাগৈ মচা অমতা। মোইরাং লক্লেন ভুহেনবা,
মশক খংগে নিংবদি ঙসি থোক্লে ইপানা॥
নপা থোংলেন লাকহোরে। ময়াম ওমদরবস্থ,
অমত্তদি নহাক্না লংলা লংজিন ওইনসি॥"
ময়াম কায়'না চেম্নরে লাংগোই থক্তা চোংথংনৈ।
শোই তোংবা নিপা 'মদি মনৈ শকোক ওন্নরে।
চোংথৎপগা তাথরে, হাঞ্জিল্লক্লে চাওবনা।
চেনগ্রে শগোন অহুদি চোংগ্রে মাদি ইশিংদা।
শক-থংঙনি হায়হুনা খঙনবা লুপখ্রে॥
"নশক খঙেও থংগনি নয়ুম কুরুপ ভোংগনি।"
লাওই ইশিং মপান্দ; তাব, মা-ইশিং মকুংদা।
ক্রুং ক্রুং লাওই ইশিংহু খুম্বি ম্যাম্ব মকুংদা॥
"পাপী মচা অসিবু ওমগ্গবক্না থোংবাল লাই।"

লৈত্তুম অমা কক্তনা লংথরক্লে মথক্তা,
নিপা হুনা খংহুনা কুইনা মুপ শিল্লকপগা।
তাওখৎলক্লে কোংলাওনা। "পাপী মচা হাৎলগে"
লাওই চাওবা অমুক্তা—কাখৎলকউ য়াদ্রে!
অমুক মুপক্লে চংখরে। কংজাও পোকপী হুদগী,
কংজাও অমা তুপ্তুনা লোৎক্লে কাচিন অমদা॥
"থিল্লবনি কান্নদে পাপী লৈহৌরসন্থু।"
থম্বিয়ম্মে নিপাদো—তম্মে খম্বা চাওবদা—
পুন্নে পোকপী লমদমদা খুমন মাবু য়েংখিবা,
মবাই সগোন লৈহৌবা চিৎথদনা লোইনবা॥
কুবালাগী মুরারি মাদি লমজেন ইল্লি হায়,
খুমন নংগী পাও অসি তম্লবনি মহাক্ল।"
মকুই মাহু তাবদা কনগে নিংথ্রে খম্বনা—
"চুম্মি ঐনা কাওরুরে মীয়ামহনা য়েহনা,
শিগ্রবোইবু খল্লুরে, ইঙ্গরম্মি ননাইদো।"
হায়বা খৈম্বে মা তারে। চাওবা মবুক অহুদা
পেনখ্রে মুরারিহুবু, মমাক তেংবাংলকপগি॥
"খুমন থিল্লনবনি ইকুই সম্মৈ য়াম্মুনা,
চেৎথৎলসি" হায়রক্লে। খুমন মাল্লা—"ইমানবু
অসাই ইবাইবুতোগী, লাংগোই সম্মৈ পায়বদা,
খুদোং চাদে ননাই ঐ, তম্লপ লাকচরম্বগা,
ইশেন ইবাই সুরদি সুকম্মু লাকচথিরম্মোই।
ইমান যোতোন তৌবিয় লাংগোই অহু থৌবিয়।
ঐনা খোংমা ডম্মথৈ চেল্লিমবু ইঙ্গগে॥"
খম্বৈ মবা তাবদা পেঙ্গখম্লে চাওবদো
খুমন মানা সনাওওই চাওবা শম্বী ওইরক্লে।
লম্মাংনবা শনাওবু তাওবা ছইনা কোয়বদা,

মপী থেংনরম্ননা তাওবা ময়াম ভাখাইরে।
মপী মখোম থকচরে—সনাও থম্বাই হিংজরে,
মচাই পাঙ্গল হাপখরে। চাওবা মানা শাইরকপা,
পাম্না তম্না ইনখিরে, ঙক্লম্ লুম্লাংকোন্,
মোংয়াই পাঙ্গল হাপখরে। চেনখরে কৈনৌ লবুক ক্লাও॥
পুম্লৈপোকপী লমদমগী নিপা তারা মঙাদো,
অনা লোয়রে অয়াম্বা অমত্তনি পোক্তবা।
অমত্তুনা ময়ামদো মাগী পুম্লৈ হেক্লরে॥
"পুম্লৈ নপোং অমমম্ হেকত্ত ঐগী দমক্তা,
য়াদ্রবদি তাক্লনি মোইরাং চাওবা মঙোন্দা।
থুমন কাদা য়েংপনি।" তম্মুগনি হায়খিরে॥
ময়াম অত্তু কিবনা মাগী পুম্লৈ হেক্লরে।
কৈরোইজাম্বা লাকপদা মখোই অত্তু থেংনক্লই॥
মত্তা অত্তু উরকই—হংই কৈরোইজাম্বনা
ইন্সাং থিবা লাকপনি থুমজরকই ময়ামদো।
থর্স্মে মীচং চংহৌবা নিপাত্তুগী মতোল ওই॥
নিপা তম্না মরিদো মানা হায়দা ইনখরে।
কুম অমগী চানবা পুম্লৈ কংগ্রে নিপাদো॥
কৈরোইজাম্বা চৎথৎগ্রে পুম্লৈ পরেং কাখরে।
ইশিংদগী নিপাদো কাখৎতরে কিবনা,
মীখোন ভারিমথৈত্তু লৈরে অত্তুম লুপ্তুনা॥
মীখোন ভারকত্রবদা কাখৎচরে য়েংজরে।
চংউরগা খংঙনি হায়বত্তুগী কিবনা
মকী মরোম কৌত্তুনা লৈরে লমজম 'ত্তুবাইদা।
মুমিৎভাবা ভাইত্তুনা লমজেল কুম্মে য়াওদরে॥

# ৪

"নোংয়াই মুংশা খিরমু নতাও নোংবান অহুদি
য়ারম্মরোই চেনবদি, য়াই থারম্মে ইকুনা ।"
হায়রহুনা চাওবনা মমাক পু'না চেল্লকপা,
য়োরে বাং-পোকপী লমদম। ফৈরোইজাম্বা ফংঙরে ॥
খুমন ইবুংঙো খম্বা! ইবাই পাওদি তারক্লে—,
ইপাইবুংঙো কমদোনা—" হংজরুরে মপাদা ॥
সিনিহুনি হায়বহু হায়নরে অহুমদো ॥
শোইরবোইদ উহুনা মোইরাং চাওবা লৌশিংবা,
মবাই খুংতা মসেন্দো সিন্নরম্মে—থৌগৎপ্রে ॥
সতী ওইবী থোইবীনা বাশক্কুনা তপ্লকপা,
খুবাক অনি পাল্লব হিদাক মমা অহুনা,
মংগন মরু ফংখিদা তাসিনখিবা অহুনা—
ঙসি কাক্তা তুখুন্দা লাংবন খরাই ওইরম্মে।
চাওবা মখুজীন্দুনা চিরোং খোংকৈ থাক্লরে ॥
লেম্লে নোংবাম অহুবু চাংখ্রং পোকপী সোয়কমদা
থনম্মেদো থিংহুনা। থেংনরুরে চাওবনা ॥
চাওবা লাকপা উবদা—'মচা লৌথোকউবনি,—
তৌনবদি সি-সি-নি।" তম্মি নোংবান মপাদা।—
"হুদি নোংবান চুমত্রে নং! পাপ্পা পাপ্পু চাবনি।"
চৈরে মফম অহুদা অঙোম নিংথৌ মচাবু।
চাওবা চংশিল্লক্কুনা—"ঐদসু হুল্লকএনে!
নপা মচা অনিদি, কৈদৌরি হৌজিক কাওবা?"
অঙোম নিংথৌ শাওবনা হায়নি হায়রোই খংদরে—
"লাইগেদগী শিক্রুখাক, মুংশিদনা মুংশি শা!
নংনা তৌবা মৎতরা—পাম্ন পিজখিহুনা।"—

"কৎচরম্বগা নচাগী মশাই মুংশিৎ, অদুগা
নংনা ঐবু নং হায়'দি—নয়াম্বনি হায়রগা।"—
"হায়দ'দিনা, নচংনা হায়রিবনি কৈদৌনি।"—
"নপা করি ওইদুনা –" হায়না চাওবা মখুত্তই
শগোন শাজি অদুনা ফুরে অঙোম নিংথৌদা।
খাম্ব্রাকপা, চাওবা নোংথোন্—য়েনবক্লে শাজেনা।
নোংবান খাম্ব ভমদরে য়াই থাবা ভাগুমথরে,
মকোক অদু ভাওবনা মমিৎ ভরু ভরুপাং,
লৈরে কুম্মৈ য়েংদুনা। তুংদই ফৈরোইজাম্বনা
মপা মতোন খংনবা থৌগৎলক্লে উদুনা।।
মসেন অভাং য়েংপগী লমন শিংগে নিংখরে।
লাংগোই কারন লাকতুমা কুজিল্লকপা অদুনা,
খাম্বা শারে মচিন্দি ফৈরোইজাম্বা শাজেনা,
খাম্ব্রাকপগী মরেংদা ফুরকপবু, অহন্দো—
চাইরেন কেগাম মৈন-চিং, অঙোম নিংথৌ পেখরে।
নাপ্রমাল্লে খাম্ব্রাকপা মপি ঈরা চেমখরে॥
"পাপী হাংলো নখোইগী নপা নচা চংদুনা
করি তোকই য়ৈখোনা" কপখ্রে অঙোম নিংথৌদো॥
"শাগৈ হায়দোক্লবনি।" শাওখ্রেদা খাম্ব্রাকপা।
ফৈরোইজাম্বনা—"খুরা ইবুংঙো হজিক্লিদো,
তোগে তৌবা নংচদে—শোইপ্রবনি" হায়রকই।
"পাপী! পাপী মীনম্বা নচীন থিবা নত্রদো?"
চৈরে ফৈরোইজাম্ববু। "মীনম্বদি ঐ নত্তে,
মীনমদুনা ভাংবদি খুরা ইবুংঙো খোইদনি।
ইশেন অভাং খম্ববু কাক্কা লমজেন য়েংলম্বা,
'লমজেন চেনবা য়াদরে' অঙোম খুংনা মীনম্বা।'
ভসি সনা মাংদুনা মীনম্বগী মীশক-তু,

খংগদবা কুইদরে।" খুম্মে কৈ'বাইজাবনা ॥
বাকম অসি য়েীবদা মরৈ লে।ঃম খাম্রাকপা,
মানা শাওনিংউবদো শাজে চৈনা খোন্দুম্ন,
পাম চাবই হাক্তম্ন্ পুম্মেম ওইনা নেমখরে।
মাগী মরান অহুনা মাগী শাওবা কোকখরে ॥
মমৈহুদা খাম্রাকপা—"কৈ কৈ ইবো! বাদবু,
হায়'নি ফজবরদো।" হম্মরক্লে খাম্রাকপা।
য়েনবদা ভারুবা মাগী শমজিন অহুবু
মদোম লৌনা হাপচরে, মনিং মমাং ওম্লরে।
অহনহুবু ফুরুবা কৈরোইজাম্বা মুংঙাইত্রে।,
শমজিন অহু শেম্মিরে—ওখাক মখে তেনগুম,—
"লেংখৎপিরম্মো হান্না খুন্না ইবুংঙো খোইদি,
ইশেন ইনাও অনিবু পুজয়ক্লগে ঐনা।"
কৈরোইজাম্বা হায়রক্লে। য়ামে অঙোম নিংথৌন্মু ॥
অহন অনি থৌগৎক্রে মপু উত্রা য়োনবা।
ঙাম্ব কথেন য়েীবদা চাওবা মাবু উবদা,
মজাইবেম্মা থোইবীনা হংবিরক্লে চাওবদা—
"ইপু চেংলৈ লাকপও! ইপু সোমদা নম্বুনা—
তাওথোং থোইথারুববু, কবি ঙাবু থুহৌই?"
"ভিম্ম্রোক য়াংদো চোংবীচা লাংগোম থোইদৈ লাকহৌরে,
ঙমু চাক্বাই থৌনিদো। লৌখোক্লমদে ইপুদি।
বাক্লরমু॥" হায়রগা মোইরাং চাওবা মহাক্লা—
খুবাক খুনম্ ওক্লম্মি। থিংগৎলম্মী খুদোনবী—
মজাইবেম্মা থোইবীদা—হুগা অহুম থৌখরে ॥
খম্ম্ থোইবী অনিনা লৌনহৌরে পাও অদো।
মোইরাং চাওবা য়েীখরে মপু মোইরাং নিংথৌদা ॥
"মোইরাং লমজা লৈহৈত্রে, মপা মমা লৈভবা

য়াওকদরে লমজেন্সি।" মোইরাং নিংথৌ খংখরে।
"য়েংপিরবরা ইপু"—"য়েংংয়েঙ খংখিদরে,
লৌথোকচরুরিসিনি।" হংগৎখরে চাওবনা॥
খম্বদমক শাওখরে—মোইরাং নিংথৌ মবুক্তা।
"শোইরমোইদ্রা হৌজিক্তে ?"—
"শোইরমোইদো ইনিংথৌ।"—
"কমদৌহৌই কনানা ?"—"খম্ব কায়জদবনা
লাইগী বাযেন হায়হুনা।" হংনখরে উত্রানা।
নিংথৌ সনা পুক্লিংদা "খম্বা মানা থোইসনু।"
থাংজিং লাইবু খুরমই। মোইরাং চাওবা অমুক্তা
লমজেন থৌরু হায়হুনা তাকপিরকই—নিংথৌনা॥
খাত্রাকপসু হংগৎলে—"অসাইদোনা তৌর'দি
মাংবা ভরে" হায়হুনা খাত্রাকপসু হংগৎলে॥
নিংথৌ য়াথং খজুনা, চাওবা, খাত্রাকপা-অসি,
থৌখরক্লে অমুক্তা। মোইরাং দোলাই পাবনা
লমজেন লম্বী হাইদোক্লে। মোইরাং লৈপাক তিক্লক্লে॥
থিয়াং মীচাও য়াইফরম্, হৈয়েম থৌবা মীতুরম্,
থোইবী মনাক য়ৌত্রিদ্রৈ হাওদিবীদি খিভেন্দা
চাওবা সগোন খামখরে। লমজেন হুবু ভাইখরে॥
লীখিবনা কুইরুবা থাখিবনা পাকপনি।
থোক্লরিবা অপুম্বা কুইব নত্তে মম্মামসে॥
খম্বা নোংবান অম্দিদো মত্তম অসি বাইদদি,
লৌ পরি অমগী মখুং মক্তলাপ্পরে।
খুমন মানা তাক্লকপা কংগদোরে নোংখানন্দো।
তেরা নেকচেৌবংবী থম্মে কোন্দা লৌ লিংই।
খুম্বক খুথা অনিনা থুমী হুক্ মখিজি॥
লমজেন হুগী বারিনা পান্না খাইবোক তারকই।

"খুম্বক মুপী নহোংগী খম্বা হায়বা অতুদি
কেগে কাক্তা ইরক্তা লমখৈন ওন্না চংখরে ॥"—
"খুম্বা মুপী নহোংগী নোংবান হায়বা অতুদি,
লমওক মাবা ওন্থুনা কাক্ত হুপচিং'অতুদা,
লৈহৌরে হায় নিন্দুনা কাওথ্রুম খুম্বা চাহৌই ॥"
অম্মম খৎনরকপদা মতৌ অমা ওইরক্লে।
ইশৈ ওইনা লাওনরে—"তুরেন বাংল-সংখুবী !
শৈদাগসি শৈ খুম্ম ॥—তুরেন বাংমা কীম্বুবী।
শৈ-হৌরকউ শৈ-খুমগে।" হৌনরকই ইশৈনা ॥
"নহাবী লৌকুম ওনবী ! খুৎলং লৌকা মাগ্লসি।"—
"কোম্না থাবা লৌহোন্দি লিংবিরনি কনানা ?"—
"কোম্না লাকপা লৌহোন্দি লৌভা থেংবি' লিংগনি।"-
লৌরং খুৎলং ইশৈনা শক্ররক্লে ময়ামদো।'
মুয়া হেঙ্গৎনরক্লে—"বাতোন' তোংবা চরোইগুম
চচ্রাবীদি চিম্থিবী।"—"চিংদা হৌবা এন্দং-গুম্,
লুখোইবীদি শকথিবী।"—বাহৈ অসি য়োবদা,
খুম্বা তোরো চোংসিনরে খুম্বক পায়বতীগী
মশম খুদাং য়েংখরে—ময়াম হৌরে ঈনরে ॥
মুপী হুঙ্ক্ মরিনা থিমরকপা অতুদা,
অওল্ লৌদ নংতরে—লৌনি শারৌ ভারৌগী।
লৌ পরি অনি মখাক—লৈনাং ওইমা তাখরে।
থুংগদবা তোং 'মতা ভাইরবনি লিংবদা,
লৌহোন মনা অমতা উখিদরে লৌহুদা ॥
অবাৎপা লৌহোন্ খম্ব পুরম্মা লৌপুদো
কুম্জরক্লে লমুক্তা ময়ামদুনা য়োমশিল্লে।'
নহৌ অসি শিংবিগনি অম্বক থোকই হায়কহ্।
বিচার তৌথো হায়রুরে। 'কম্ন নিপা অদুদা

মখোং খুকউদা থম্মে। কৈনৌ হায়েম তৌরকই
"মুকয়াম্বা খিবিক্লিবু, ইয়াম্নি লৌপু ঐগী,
কম্নিনা অতৈ সিদি হায়নবা হাগী মতাও,
কৌবোইরেদো খংনবই। ঐনা চংথোকন্তরবা,
খামগদনি শোইদানা চংথোকপনা লানবনি।"
হায়রম্বিঙৈ অসিদা খংহৌদে মতা'মম্নি—
তাওথোং-লেপ-হাংবীগীদি শমজি থোংকম হুমক্তা,
খুৎলাই ভাইরম্মাম্লেদা লৌহোন অদু শংতনা,
থারে মুগী অমনা—য়েনখরে অমুকা॥
লৌপু অদু চেনখরে। লৈখোম পুম্ন্প লুপ্নরে,
মুগী হুক্ক মম্নিদো। মতা মোইনা উখরে॥
হারহুনা লেপ্নরে মহৈ মহৈ হন্দোক্লে।
কপ্লে তাওথোং লেপ হাংবী শম্বান্দোংবু কৌহুনা।—
মাগী পাম্বা শিংহুনা খিবিবদা কংউবে,
নেৎশিল্লম্মে লৈখোমদা চামথোক্ত্না পিবিরে।
কপ্প তোক্লে লেপহাংবী॥ হাশক্লবে ময়ামদো।
"লমজা খম্বা লাকপদা খুম্বা মখৈ য়েংনরোই।"
"কোংয়ানবনা লাকপদা খুম্বক মখৈ য়েংমরোই।"
লৈরে লৈথোক্লহুনা। অঙোম নোংবান ফাওরক্লে॥
খুম্বা মুগী মখৈনা—পাম্নি নোংবান চেম্বংলো,
মথোই-দোক্কী মথোইদোক নোংবান সিয়া চেম্বংলো।"
লাইজা লৌনা চাইরকই—নোংবান মাবু থারক্লে॥
লমজা মাগীদমক্তা খুম্বক মুগী হাপ্নরে।
খিন্দে খম্বা ফাওরক্লে - খুম্বক মুগী হেংগৎলে।
"খুমন 'বুংঙো চেম্নকউ। কৈবা মরেং ভাগম্নু।"—
খুম্বক মুগী মখৈদো হাখরে খহাইদো।
পানা মমাই চোপকনি শিমগীগা হাবনে,

লমজা শারা মচানি হুগী মুংশিরুবনে,
হান্দক চেনবা মঙাইরি সিমগীগা খম্‌বনে।
মপান ফবা নোংবাম্না লমজেন মাংগ থাখরে ।—
ইথৌমাংবা চেক্‌ম্না খুৎলং মুপী ঙাইরকই॥
সমৎ থাজ কৌবগী পৃথি লৈপাক লৈমন,
সংবা চরৈ থোনবদা নাপী নাপুংফাবগী।
পুমশং ওইনা সংবদা মুমদাংবাইগী মতমদা,
কোরৌ নোংনা মংবদা চুমথাং লীরুং থনবগুম,
থাংচেৎ থেরো চা'দৈবা খুমন খাংদা ইঙাং ঙাং,
নিংথম্নদি ইঙৌ ঙৌ, ফীজিম্‌'মুক মচু'মা।
লোয়াম্বগী মচুনি, খদাং চেৎতি লোলৈনা।
উরেক শেক্না নোইমিং খোই কুলৈ কুচু অহুগা ।
শাবান নোংশা মাঙবা কেগে কক্তা লখীদা,
সংত্রিক সংবা লমদমদা য়ারৌ সংগাই নদৌগুম,
নোংবান মাবু তাম্লকপা উরুবদা পেল্লক্লে,
খুম্থক মুপী মথেদো। খুমন নংবু চেম্থংলো,
মোংয়াই মাবু থৌরক্লে। অহল ওইবী অমনা—
মিত্তা পিবু তাহ্না লাওবিরক্লে লমজাবু।—
"ইমাইবুংঙো শাজোবা। খুমন নংবু চেল্লকউ!
কোরৌ নোংগাখরবী লৈচিন খোংনেৎনপ্রবী
মুজা শজীক মতুংইন, থবা মমৈ বাইথ্রবী
পলেম ইতা, নমাগী লমজা! মহুৎ শিন্দুনা,
ইমা বোর পিবিয়ে ঙসি কাক্না লমজেন্দা।—
ফৈবা তাঞোল্লগমু বায়রপাজল শামাতা,
পাখং অয়েং চেংববু - ইমা লাইজ খুজোকপু,
খুমন চাইগে চেল্লকউ। লাইজ সিনা চোংবদা,
নোংয়াই পাজল হজিন্নু। পলেম খোম্নাং শক্‌না,

চুঙৌ তাংকক ওইহনা, চয়ন থৌগংনবগী
শকচৌ তাওজিং অধুখা! ফুদিং খাইরু খত্তুনা
খুমন য়োকচরকপগী নচেম লমন শিংখৌকো
ঙসি লমজেন থোইজোকো পারি 'বুংঙো য়াইখোকো।"
খুৎলং মুপী মরক্ত মমা মত্তা শায়রি,
অহন অমা য়াওরম্মি ম্বিৎতা শিবু তাহনা,
থৌবিরক্লে খম্বা। ইথোং লাইজ লৌহনা
চাইবিরক্লে শাজৌবু মোংয়াই পাঙল হাপলক্লে॥
মুপী ময়াম অদুনা খুবাক প্রোক প্রোক খুডুনা,
লমজেন থৌগৎনরকপা খুম্বক খুথা অনিনা,
তারে মোইরাং তাওথোংদা। লমজেন লাকএ হায়হনা
লাংগ্রে মোইরাং লৈপাক্তো থোইরেন মশা পাইখরে॥
নোংয়াই নোংবান অনিদো সরোংবুংদা মায়প্রে।
থোইনি মখুৎ শাংবনা ঙাংনখরে অনিবু॥
তাওথোং য়ৌরে পুরুম চিঙ্, হনুবীথোং লানখরে।
মথং মথং য়োরক্লে সাঙ্গেনবুং য়াংবী য়োরে,
পেংবা শোই-দৈ হাওথিবী য়োরে খম্বা নোংবান্দো॥
লমথাং সিদা লৈরম্মে নোংবান পোকপী মমাদো।
খম্বা নোংবান মায়রি — খুরাই লৈমা লাওরক্লে—
"পারি নোংবান ইমালৈ, কুমজা খুদিং থোইবনি,
পাংগন ময়েং তাবরা? পারি 'বুংঙো চেত্থৎলু।"
মমায় য়াবা তাবদা নোংবান মাংদা থাখরে॥
মোইরাং বা বা লাওখরে—"হৈঙ্গৎখরে নোংবান।"
পুম্নিন ওইনা নিরক্লে। কৈবোইজাথা মবাইনা—
"মাক্লৌরেন 'বুংঙো খম্বা! শানৌ মবুক মুংশিম্মু
ইমা লৈদো ঐথোইস্নু।" মবাই বাহু তারদা—
"অরৈবনা লৈম চেন, লৈত্তবনা লৈরেদো,

থনবিরুম্ব ইবাইবু।" খুমন মানা তাম্লকই॥
খুয়োন সেবৌ তুমৌখা, তোয়থেক কোচিন অমদা,
খুমন মাবু মচেম্না, খোম্লাং কাদা তাংহনবা,
পিশক পিকওঁ য়োম্লকপা লৈরম্মি মমা তরেং।
"নোংবান পাঙম্না নত্তে মমা খৌনা খোইরনি।"
মথং মথং লাওরকপা তারে সুপী তরেংতৌ।
"অঙাং মসেন নত্তবা মমা তেংবাংলবোইরে।
খোংয়াই মাগী মমা লৈ করি তুমিল লৈগনি।"
হায়রম্লনা তরেংতো চোংথোররক্লে লম্বীদা—
"পারি ইবুংঙো খম্বা! পলেম তরেংনা য়োকপা,
নংত্তবরা নহাক্তে। খোম্লাং নামা তরেংনা,
ইচায় মবুক থনবনি, ইমাখোই লৈ কিরুম্ব।
অমত্তনা য়োকপ-মা, তরেংনা য়োকই নংদি।
অমুতগী শুন্, ঙাক্উ পারি 'বুংঙো চেম্লুনা!
পাঙন-তাংজেংনবরা? মমা ওইবী কনাগী
মচা ওইবা অমনা হায়নৈ শিংবা ঙম্নদে,
খোম্লাং নামই-লমনবু। হৌজিকমক লোইনরসি,
হান্দক লাওবা সিদবু খুমন নংবু 'মাখোইনা,
নত্তাও নোংবান অসিবু বাইর খোংকাপ অমত্তং
অমুক-তংদা হেন্সংপা ঙম্লবদি ইবুংঙো!
খোম্লাং লমন কোকচরো!! ইমাখোই "স্যা" লমথাগে,
চেম্লো পারি ইবুংঙো! "হায়শা লাওবিরকপদা,
"ইমা লৈর্তে নিংবদি ইমা লৈরে অসিদা।"
খুমন মবুক সুংশিরে। খুমন খোংকম্ লৈদা কাও,
মমা তরেৎ অহুনা খুবাক প্রোক খুরকপীগা,
নোংলৈ সুংশিং ওইহ্না হৌরকপনা খোংকম্না
হেন্সংথরে নোংবান-দৈ, লম তম্না মাখোই লাম্লনা॥

লৈপাক য়াবা লাওখরে   নোংবান, চেম্মু কোংয়ানবা !
খুমন চেম্মু শাজোবা ! থোংলেমবী, নোংথোনবীগা,
মথং মথং থৌরকপা, নোংবানবু, লম্ কুন্-তরেং
হেক্সংখরে খম্বনা। লৈপাক য়াবু লাওখরে॥
হোগায়বী লমশাং চেল্লক্লে। "অঙোম নোংবান চেম্মু !
চহি তরেং থোইমগা খুম্মবদি নমাইবু
ঙসি লমজেন অসিদা শিরে নোংবান চেম্ফংলু।"
থৌনরক্লে লমজেন্দো। নোংবান চেন্নাও লাওরকই
"হোরেন থুংঙমদাইদুদা খংনগনি হৌজিক্তি
চেনখিসন্নু তৌবনি।" নোংবান মন্না তাবদা
ঙাংনরকই লৈপাক্না—"থাকই হায়না নোংবান্দে।"—
"কৈদগীনো হৌজিকপু।" ঙাংনৈ লাওনৈ অন্মুম্না॥
ঙাঙ্খি কথেন য়ৌরক্লে অনিদুনা চেল্লকপা !
খম্ব্ থোইবী লৈরম্মে। "ইদু নিংথৌ চেল্লুদা।"
খম্ব্ স্থম্না লাওদুনা, নূরা মাস্থু খংহৌদে,
নূরা মাস্থু চেন্নুরে থোংকাপ তন্না মঙাদং॥
খম্বু মতৌ উবদা মোইরাং প্রজা কপ্পখি।
অপং অশিং অপুম্বা মপি তাবা মাম্মখি॥
খম্ব্ চেন্থোকউবদা দোলাই পাবা অনিনা
ঙাংউই খম্ব্ মহাকপু— সেম্মু চোংথোমক্কুনা
কারে নিপা অনিদো, পুশিনখরে থোইবীদা।
সনা য়াথং খমখরে দোলাই পাবা অনিদো॥
থাদোই চোংথোরকতুনা—"ইবুং ঙাইবা কৌসিন্না ?
কোমা কুন্দ্রি হায়বা তান্ন ! পাবুং পানা পাম্বোম-ও !
চেম চেনবিরবদি— মনা ফংন' চেনবিমু।'
লাওজরক্লে থোইবীনা খম্বই লমজেন য়ৌরক্লে॥
মবাই লাংগোই তোংদুনা মসেন তুংবু ইন্নকই।

মপা মপা অনিস্থু নোংবান নুপী অহনগী
ইন্নে মবুং অদুস্থু কুমাবমগী মবাইনে।
কেগে লমজেন ওইদরে মোইরাং হুয়েল লাল ওইরে॥
লাংগোই ভোংবা মথৈনা শাজে শাজে হাইনরে।
লাংগোই মশেন মশেন্না থুমাং ন্যোংদোন লান্নরে।
মসেন মসেন মাংদা থা মবাই মবাই তুংদা ইন,
মপা মপা নিংদা খম, নাকন্ য়েৎলোম-ওইয়োমদা
চিঙ্-শুম প্রজা লৈবনে, মোইরাং নোংদোন কুনখরে.
কেগে থাবি উকুম্না খোইরাং লৈপাক ফিকখরে।
অকনবস্থু কনবগী অসোনবস্থু শোনবগী,
ঙসি মোইরাং লমজেন্দি কুরু ক্ষেত্রে লাল্ ওইরে।
কেগে মাগী কান্থদা রাম-রাবোনগী লান্দগী,
হেল্লে শরুক কয়াবু। মীচং অনি থোকখরে।
য়েকউ ইরু নিপানা মঙাই বাৎকদবদি,
হান্দক মোইরাং লৈপাক্তা পোক্লরিবা খম্বদি
ইরি হায়নৈ পুরান্দা চুয়ে মোইরাং নঙ্ঙেদি!
চিংউ লাইগী ছাইওন্নি শিব মাগী শক্তিনি।
সিগী লান্বা ওইরিবা কেগে নোংবান কোংয়ানবা,
হুস্থু মোইরাং নঙ্ঙেদো খোয়ুম লাইগী লাংওন্নি॥
থোইবী হায়বী সতীদো দুর্গা শক্তি লৈবিনি।
মীচম অমা য়াওনদে লাইগী লাংওন মক্তনি।
থাংজিং মামা শিল্লিদো হান্দক লীলা অসিবু।
কুম্মৈ সিবু য়েংজরি খোয়ুম অত্তে অতৈনা॥
ভাবোক্তগী থোইবনা কুম্মৈ অসি তৌবগুম,
শক্তি লক্তে অথোইবা থোইবী খম্বে লীলানি।
শান্নবস্থু লাই-ভাক্তি ভাবোকস্থু লাই-ভাক্তি।
করম ইনি মীশিংদা লাইগী লীলা অসিবু,

তারি মখে পেন্নদে মতম্ কুইনা তারক্লে।
হৌজিকমকম্ তু পেন্নদে মতুংদম্ তু চম্মরোয়।
সাহিত্যগী পুক্লৈবু মোইরাং ঐগী ওইনরি।
লৈরাং থিগে নিংবদা কাব্য কুঞ্জবোন্দগী,
ঝোন সিদা চংজদুনা লৈরাংশিংবু ফংজরি।
মুংশি মুংওম অমাবা, ইকাই ইকি হঙ্গোইবা,
অকি অখং তু-চুংবা মুরি লৈরাং লৈখনবু।
শিঙ্গেন মশিং তাদনা শাৎচরিবা লৈকোম্নি।
মৈতৈ কবি গুরুশিং—গুনবু লৈবা খিবিরা
শরুরকই লীলাসি খুংতা বীনা পায়দুনা॥
বীনাদুগী মুরনে, তানে, মাত্রা, ছন্দনে,
কবিগুরু শিংসিগী চিক্ষেন তানৈ অদুনে,
নিংথিজবা খোম্ফম্নে শরুকপদু লীলাসি;
অমা'মুংওাই পুম্বগী রাগ মখন মখন্দা।
ওাল্লী তারি ঐখোইনা তাওরি থমাই হকচাংসি।
অকংবা কোলোম মামা মশাই প্রেমম্ নৎতনা,
মশাগী মমিৎতগী মপি মক্ম্ নৎতনা,
ইব-শারে মথুংমা অমোৎপদি কাজিনা,
লীজ খোচ্চ শাদুমা মানখ্রোইদো কৈদৌঙৈ,
শৈশক খিবিক লাইশিংগী। মাল্লরোইদি উদুনা
ওম্মোইদবা থন্দুনা শরুদেদো কনাম্,
অসিগুম্বা লীলাসে। অশিংবদি খিবিরা॥
অপংবদি অতাংনা অপং থৌনা য়েকপদি,
কজৈ হায়দি মথংজ—মমি কাওবা মান্নদে।
লৈখি হায়বা থংজবা লীরুবদি অদুগী।
মতিক চাবা নিপানা খিরক্লগা শেমসদু,
লৈরাং মখোং শোম্বরা, শিঙ্গেন চার লৌবমা।

লাইজ খিক্লেন চাইহনা য়োকপীসন্থু লৈরাংবু।
লৈরাং মানা শাংলগা লৈগী লৈচন থিহনা,
লেংবিসন্থু পরেংদো শেম্বিসন্থু নাচোমদো॥
কেগে মোইরাং লৈপাক্কী শিংভেন থম্বান ওইবরী,
পোকচবনা তম্পাকমুম চাওখিবনা কোমুংদা,
লৈরাং তোম্ব-শাংনববী থাদোই লৈরাং মুমুংলাং,
থোক্লরিবা লীলাসে ওসি মোইরাং লৈপাক্ল,
লাক্‌ফম অম্মা ওইরক্লে কেগে থারি ময়াঙদা॥
বাবাবাবা গুংগুংগুং নিকত্রে মোইরাং লৈপাক্লো।
থোইবী মমাং থৌরমদায় ভাক্ল কথেন ময়াইক্লা,
মবাই কৈরোইজাবনা খুমন মাবু য়েঙহুরা—
"মাংলীরেন ইবুংঙোত্তোল! খুমন ইবুংঙো লোংয়াই!"—
"ইবাই 'বুংঙো ত্তাকুপিয়ু।"—"ইবাই কাওথা য়াদরে,
মুংভাইতরে ইবুংঙো। পোজসন্থু নচেমন্থু,
য়েংজসন্থু থাদোইন্থু। লেংনা-'মুক্লা ভাও-গনা?"—
"ইবাই 'বুংঙো তৌগেদো?"—"খিল্লে শাক্লৌ।" হায়রগা,
নোংমাই লকক লোংকাপ্ল— নোংবান সম কারকই।
হেঙ্গৎলক্লে বাবাবা নোংবান মপা ওইবদা,
নোংয়াই নিৎমৈ লৈহনা নোংবাম য়েথকী মথোংনা
তাঙ্গা অহু য়েংহনা ক্রুৎলকপা মহুদা,
খুমন লেংজাও অহুনা হাইজিন্দুনা থেংখরে॥
থোইবীরোমদা নোংবাঙ্গো খোংদম ভাওদা চেপ্সিল্লি।
"মথেনিদো মুংভাইদা, হুম্হায়ো—" নোকই থোইবী॥
ভুংদা লৈবা খাক্লাকপা লাংগোই কাবন য়েরক্লই॥
খুমন তম্না থৌজিল্লি। সাজৈ অহু হাইগৎক্লে॥
হাইথকাৎত্রিক্লেহুনা, চাওবা কৈগাহ থিংভরে।
সংগোনগা সগোনগ'য়া শাজৈ শাজৈ হাক্লথনৈ॥

কেগে মোইরাং ময়াম্মা বা-বা-বা লাওনরকপা,
দোলাই পাবা চাক্রুল্লা খুৎতা লিচৈ পায়রুনা,
লম্বী নাক-য়েং অতুদা পরেং শানা পৈখিবা,
মোইরাং উত্রা য়োকাওবা লম্বী হোত্রোং ফাংতুনা,
লমজেন নাকএ হায়রুনা মপু মোইরাং নিংথৌনা,
মঙান ফবা কোরৌশুম লেংথোক্লম্মা ঙাইরকপা,
পাত্র মন্ত্রি খিবিল্লা মপু থৌগল তৌরকপা,
লমজেন মীনিন খোন্দুনা মোইরাং পুম্নিন নিনথরে।
অতুই মীখোন অহুনা থাংজিং চিঙমাই য়্যেরকপা,
চিঙ্গী উচেক কাওবতু মহুমদগী পাইথোক্লে,
চিঙ্দ তোংবা হাওশিংমা মংপোৎ মচৈ য়োম্নরে।
চিঙঙহুদৈ হুলকপা মীনিনখোম্না য়্যেররে,
লোক্তাক ইশা মাপন্স লাইজ ইথক হৌখরে॥
পাৎতা তাবা চেল্লা-চা কোবৌ থক্তা পাইখৎলে"।
কেগে লোক্তাক থবম্মে চেম্নরক্লে অবাংলোম'।
হৈরেম খুঙ্গাম খুমল্লোম, লোইনা হাইগৎনরক্লে।

পোইরৈ লমদম মাইকৈ পাং—

চেল্লা লোইনা পাখংগ্র।—
ইপুক থনবা ভুরেনগী ভোবর্বান ইনম্ খায়তুনা,
ইরৈ কন্বা লাইজনা থৌরী মরৈ তাবগুম,
য়েৎনতুনা চেনবগুম য়েৎনরকপা লমজেম্মা,
কেগে হুয়েল-লাল-ওইরে, খম্বা শোংবান অনিদো॥
চেল্লিনরকপতুনা কেগে ঙান্বা চিন্নাই খোং,
ঐগী পুঙ্দি কদাফনো — পুঙ্ খিবগী পুঙ্তাক-লম্,
লমজেল অতু য়োম্নক্লে — নোংয়াই নোংবান অনিদো,
মপা মপা মবাইনা লাংগোই তোংবা ভুংবু ইন্।
কৈরোইজাম্বা মবাই খুমন ঈজিৎ তৌরক্লে—

"মালৈয়েন 'বুংঙো ভোম্পোক মতাং ওইরে থারসি,"
মচিন থোক্তে ভুঁংদগী খুনেং নাকথং থিঁন্নক্লে।
তুংদা চৎপা মবাইগী লাংগোই চিন্দোন অহুবু
খুমন মাংদা লিংখৎপ্রেঁ। লান্দবদি খম্বনা—
ইতাও 'বুংঙো নোংবান-ও মতৎ ওইরে থারসি,
হায়রম্লগা খম্বদো, লমজেন অহু থাখরে।
মকু মবাই অনিনা য়েৎকঁা ওইগা চপখরে,
লাংগোই অনি অহুনা নোংলৈ সুংশিং ওইহুনা,
নোংলৈহুগী মাংদা থা—সুমাং লাকং পাইবগুম্,
নিংথৌ কাংক্রমনদৌগুম মখোং নাচন ওইখরে,
খুৎনা মশা ওইরক্লে য়ারুসংঙাইনদৌগুম
চেন্থৎলক্লে খম্বনা— অঙোম নোংবান থনম্মে।
কেগে মোইরাং থমখরো, বিষ্ণু ওইবা মপুদো,
মপু চিনবু থোরক্লে "খুমন 'বুংঙো চেন্নকউ।"
লাওরে নিংথৌ লেংখৎলে। নিংথৌ মাগী পানাদি
কোংয়ানবনি অশিবু খনবিরুদে মপুনা॥
মোইরাং কম্লাই চাক্রকনি অঙম অথৌ লিশিংনি।
অম'মগী রেংখিত্রে "নোংয়াই লমজা চেন্নকউ,"
খম্মোই য়াওনা লাওবনা কেগে উত্রা পোকখাইরে॥
কেগে চৈরাপ থৌদাকম—থোরনায় জাম্না' লৈথোনবা,
খুমুজাম্না লৈনেৎপা, কংলা লাখোং শাবমাং,
য়ৌরে লমজা চেন্নকপা— "নহাদে, খুমন খম্বা,
পুরেম্বগী মচাদে, ভাম্বৈমা মপারি,
লমজা খম্ব মৌপ্াদে, থোংলেন চাওবৈ মচাদে,
খুম্বক পানা মহাদে মন্াও'খুডো পাম্বোমদে,
ইনিংথৌগী মন্াইদে।" হায়না লমজা খম্বনা,
খুহুপ তরেং বাংনদি চোংখৎভুনা লৈশাদো,

পায়ব্রে। মচী অনিংহু খেক্রে মরে, অহৃগ্য
খৎতুনা খম্বা কুংলে মপু সনা চোরোন্দা,
মকম নিপান শোকচনা খুকমখরে ঙিংথৌবু।
খোংলেনবদি মপানা লোংম্বাই—পোন্দেন কুপখরে।
মবাই ফৈরোইজাম্বনা চুপ্লে নবাই কোইরেন্দা,
মশেন লমজা অহুবু কামজখরে সেঙ্গুংবা॥
খুহক পুংবু য়েখরে লৈপাক যাবু লাওখরে॥
খুহক পুংখোন তাবদা মজাইবেম্মা খোইবীনা—
"খুহক পুংনি ইনম্মা। লমজেন খোইরে ইনম্মা।
মুংঙাইজরেদা।" হায়না থাদোই জগোই শাখরে॥
লমজেন অহু লোইরগা কেগে মুক্রা শামরে।
খুমন মামা থাখয়ে খুহক পুংবু য়েখরে।
খোংবী মাংজোং চেঙ্গোংদৈ লাইনা খোইরে খম্বনা॥
সম্বা খুজিংগীনা মনা পিয়ে নিংখৌনা।
পরিফী খুম্বোন লোইনা হৌনবী পিগ্রে হাংতে।
পেন্নখয়ে লমজাবু কেগে মোইরাং জীবনা,
মুংঙাইজবা হায়রবু নোংবান মাদা মঙাইয়ে॥

---